# অনৌবা মণিপুরী

## ৱারী মচা





দি কলচরেল ফোরম, মনিপুর

# অহোবা মণিপুরী ৱারীমচা

সম্পাদক

লৈমপোকপম দামোদর সিংহ

খোকচোম যোগেন্দ্রসিংহ




দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর

# অনৌবা মণিপুরী ৱারী মচা

(An Anthology of Modern Manipuri Short Story
*Published* by The Cultural Forum
B. T. Road. Imphal)

[redacted]

লাইরিক ফংকম:
এস, আই এণ্ড কোং
পাউনা বাজার, ইম্ফাল
ফোন নং ২২৩৮৮০

মমল লুপা ২৫/-

---

নমকম: সুচেতা প্রিন্টিং ৱার্কস মোইরাংখোম লোকলাউবুং
ইম্ফাল, ফোন—২২২৫২১

# ৱাহৌদোক

ৱারী লীব! তাবা হায়বসি য়েন্নহৌঙৈদগী লৈরক্লবা মী-ওইবশিংগী হৈনবী অননি। ময়েক্তা ইথোক্লুনা খঙনফ্রিঙৈগী মমাওদগী মীওইবগী থম্মোয়গী ইছুল অমস্তং ৱাখলবু ৱাহৈগী মতেংনা ফোঙদোকপা ঙম্লকপদগী হৌরদুনা মখোয়না থেংনরুবা নত্রগা উরুবা তারুবা থৌদোক কয়া ৱারী ওইনা লীতুনা তান-রকই। মসিগী মথক্তা অমুক মখোয়গী কল্পনা হাপচিন্দুনা তাবদা নুংঙাইনবা ৱারী কয়া লীনরকই। ৱারীশিং অসিনা অতাবশিংদা নুংঙাইহন্দুনা ওহাক পোথানবগী পাম্বৈ পী। মসি নত্তবা পাউতাক অমস্তং শিক্ষা পীবা ওম্বা ৱারী কয়ামস্থ পুথোক্লকই। অঙাং-শিংনা তাবদা নুংঙাইবা ফাগিগী ৱারী, ধর্ম্ম অমস্তং অচুম-অরানগী ৱাখল উৎপা ৱারী কয়া অমস্থ থোরকই। ভারতকী সংস্কৃত সাহিত্যগী হিতোপদেশ অমস্তং পঞ্চতন্ত্রনচিংবদা তাবদা নুংঙাইবা অমস্তং পাউতাক পীবা, ফজরবা ৱারীমচা কয়া থেংনরি। পাউ-তাক পীবা ৱারী (কেবল) অমস্তং ফুঙ্গাৱারী (ফোকটেল) কয়ানা তারিবশিংদা নুংঙাইবা অমস্তং লৌশিং পী। অসিগুম্বা মখলগী ৱারীশিংদা শা-ডাশিংগী অচম্বা মীওইশিংগী থাজনবী কয়াগী ৱারী কয়া ঐখোয়না তাবা ফংই।

মীওইবগী সমাজনা অমসুম মপুং-মরৈ ফাবকপগা লোয়ননা ৱারীগী হীরম অসি নিংথৌ মহারাণী, অকল অথৌশিংগী থৌদোক; মখোয়গী পুন্সি অমসুং হুংশি-হুংওন লোমদা তেম্না খল পীরম্মী। অদুবু অসিগুম্বা ঙল্লিঙৈগী ৱারীশিংদা মহৌশাগী অচুম্বা অমসুং অওইবী হায়বদু য়াম্না য়াওদে। মসিগী দমক্তদি অনৌবা যুগকী সমাজদা পুথোরকপা ৱারীশিং ঙাইব, তাই।

ভারত অমসুং পৃথিবীগী অতৈ লৈবাকশিংদা সাহিত্যগী মওং অমা ওইনা চৎনবল্লিব' ৱারীমচা হায়বসি থোবকপা কুইদ্রি। চুম্মী, ভারতকী লিরবা সংস্কৃত সাহিত্যগী পাউতাক য়াওবা ৱারী কয়ানা গ্রীসকী এইসোপস ফেবলগী নমুনা ওইখি। ঐখোয়গী নিংথৌ মহারাণী, নিংথৌমচা, নিংথৌমচানুপী, অঙম অথৌ, লাইশিং, অচৌ-অশাং, ললোনবশিংগী হুংঙাইববা ৱারী কয়া লৈরকই। অদুম্মদি ওইরগা সাহিত্যদা ৱারীমচা হায়ব, তোপ-তোপ্পা কলা অসি ভারত্তা অনৌবা যুগতদা চাওখৎলকখি, মরু ওইনা নোংচুপ অমসুং ইউরোপকী প্রভাব তারকপদগী। অসিগুম্বা প্রভাব অসি অহানবদা বাঙ্গলাদা ফাওরকখি। বিটিশনা কলিকতা, মাদ্রাজ অমসুং বোম্বেদা চাউ-রাক্পা মতম অমত্তদা মখোয়গী লোইলম শন্দোরক্লবসু মতুংদা য়াম্না চাউবা শক্তি অমা ওইরকদবা ইষ্ট ইন্দিয়া কোম্পানিগী কোম্নুংদি কলিকতাদা ওইরম্মী। বোম্বে অমসুং মাদ্রাজদা মপানগী শক্তি-শিংনা পীখিবা প্রভাবতি মরুওইনা মথংশিংনা ললোন-ইতিক অমসুং ধর্ম্মগী লমদনি, অদুবু কলিকতাদদি শিক্ষা অমসুং সংস্কৃতিগী লমদা

পীবা প্রভাবনা হেনখি। মরম অসিদগী বাঙ্গলাদা ওল্লিঁঙ মতমদা ব্রিটিশগা শয়রুবদগী সাহিত্যগী ঈহৌ অমা লাকখি। বাঙ্গলাদগী অতে ভারতকী সাহিত্যশিংদা প্রভাব তাবকখি।

সাহিত্যগী অনৌবা কলা ৱারীমচা হায়বসি ভারত্তা অসিগুম্বা অনৌবা য়াওল অসিদগী থোবকখি। হান্নগী ৱারীশিংনা থৌদোক অমসুং প্লোটতা হেন্না খোয়জঙলম্মী. অনৌবা ৱারীমচাদনা চরিত্রদা থোইনা হেন্না পুক্নিং থিংজিন্নরকই। চাউরাক্না তরানিপাল্লুবা শতাব্দীগী ময়ায়চল্লকপদা ইউরোপতা ইন্দস্ত্রিয়েলাইজেসনগী শাফু লাকখিবদগী মীওইবগী মগুণবু হেন্না মশক খঙলকুনা সাহিত্যগী লমদা উপন্যাস অমসুং ৱারীমচাগী কলা অসি য়াম্না কন্না কাওগৎলকখি অমসুং পান্নরকখি। ব্রিটিশ সাম্রাজ্যনা ভারত্তা মরু লিংখিবদগী ইউরোপকী ঈথিল ফাওবক্কুনা ভারত্তুসু অসিগুম্বা সাহিত্যগী কলা অসি লাকখি। বাঙ্গলাদা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা অসিগুম্বা ৱারীমচাগী লময়ানবনি। ভারতকী সাহিত্য অয়াম্বদা মহাকী প্রভাব তাখি। পৃথিবীদা মহাক অচৌবা কবি অমা ওইরতা নত্তনা অফাওবা ৱারী মচা ইবা অমা ওইনসু শকখঙনখি। ৱারীমচাগী লমদা রাসিয়া, ইউরোপ, ইংলিস অমসুং অমেরিকাগী প্রভাব ভারত্তা মথং মথং লাকখি।

ৱারীমচা করিনো? কলা অসিগী থুনা-য়াওনা হোংলক্লিবা ঈহৌ য়েংলুরগা মসিগী সংজ্ঞা অমা পীবা হায়বসি অয়াম্বা নত্তে।

সাহিত্যগী তোপ-তোপ্পা মওং অমা ওইনা ৱারীমচা হায়বসি তরা-মাপলমুব শতাব্দীগী পোখোক অমনি। হৌজিক কুনমুবা শতাব্দী লোইরমদাই কাওবগী মনুংদা মসিগী শক্লোন থুনা-য়াওনা হোংলক্লি। মরম অতুনা মসিগী অরোইবা সংজ্ঞা অমা পীবা ওইথোক্তে। পৃথিবীদা খ্বাইদগী ফাওরবা ৱারীমচা ইবশিংগী মনুংদা অমনি হায়না লৌনরিবা ঐচ, ই, বাটেসনা অসুম্ন হায়খিঃ "The basis of almost every argument or conclusion I can make is the axiom that the short story can be anything that the author decides it shall be." অছুবু কলা অসিগী চৎন-রক্লিবা মওংশিংগী মরুওইবা মচং খর লৌখত্তুনা য়েংবা য়াই। মসি ৱারেংদা ইবা অতেনবা ৱারীনি। মসিদা থৌদোক অমসুং চরিত্র য়াম্ন য়াওদে। মকুওইরিবদি মসিনা শাফু অমখক্তং সিঙ্গল ইফেক্ট) পীবনি। সাহিত্যগী কলা অমা ওইনা ৱারীমচাবু পুথোকখিবা আমে-রিকাগী অইবা এদগর আলেন পোনা হায়খি: পূংখাই অমদগী পূং অনীমুক্তী মনুংদা অমুক্তং ফম্বদা (সিঙ্গল সিত্তিং) পাবা লোইবা য়াবা য়াম্না অতাওবা শাফু অমখক্তং য়াওবা ৱারীনি। য়াম্না তেনগ্রবা ৱারী ওইবা মরম্না ৱারীমচা হায়বসি উপন্যাসগসু থেৱৈ। উপন্যাসতা অইবা অমনা চরিত্র অমসুং থৌদোক শেমগৎপদা মনীংত্মা য়াম্না শাংনা মপূংফানা মকোক্তগী লোইবফাওবা উত্তুনা লীবা ৱারীগী খুৎলি অছু ৱারীমচাদা থেংনরোই। উপন্যাসতদি অইবগী কেনভাস চাউই; ৱারীমচাগী কেনভাসতি য়াম্না পীকই। পূংখাই অমদগী অনীফাওবসু চঙদবগ্না য়াই। হিন্দী সাহিত্যগী নৌনা থোক্লক্লিবা প্রমান পাদ্রে

মাননা ৱাহৈপরেং অনী অহুমদা ইবা লঘুকথ। হায়বা ৱারীমচা পাবদা মিকুপ খরদমক চঙগনি। য়াম্না তেনবা ৱারী ওইবনা হায়গদৌরিবা খরদু য়াম্না মচং ওইবা, য়াম্না তাশিল্লবা শুংজিল্লবা, শাফু য়াওবা মচাক ওইবা তাই। কান্নদবমখে লৌথোক্লুনা মচং ওইবা ৱাহৈ খরতনা শাগৎপা অকনবা শাফু অমা পীবা ঙম্বা ৱারী ওইগদবনি। কলা অসিগী দরকার ওইরিবা কায়াৎকী মন্নুংদা অইবনা মহাক্কী হীরম অদু শাগৎকদবনি। অরোইবা অদু অহৌবদা উগদবনি। ("must see the end in the beginning"— A. H. Upham.) মাঙজৌননা শেমশারবা ৱাখল পরীংদা অইবগী লোল অদু য়াম্না নীঙ্কা শৌজিন্নবা তাই। পাশ্চমদি "অরোইবা মশাক" (ফাইনেল ইম্প্রেসন) অমা পীননবা হেৎনবনি, ৱাখল অমা ফাওদোকহন্বনি অমসুং এদগর আলেন পো না হায়বা "মপ লৈতবা শাফু অমখক্তং" (a certain unique or single effect) ফাওহন্বনি। মতাং অসিদা অফাওবা ৱারীমচা ইবা সোমরসেট মোমগী থংমু-নাউমু ওইখিবা এচ, জি ৱেলস্না হায়খিবা নীংশিংবা য়াই: "A short story ......... aims at one single vivid effect; it has to seize the attention at the outset. and never relaxing, gather it together more and more until the climax is reached. The limits of the human capacity to attend closely therefore set a limit to it: it must explode and finish before interruption occurs or fatigue sets in." ৱারীমচাদা য়ুনিটি য়াওগদবনি হায়বসি

অইবা অমসুং সমালোচক কয়াগী মোতমি; হায়বদি অপান্বগী মরম, পান্দম, এক্সন অমসুং তাহল্লিবা ৱাখলগী য়ুনিটি য়াওগদবনি হায়বসিনি। ব্রান্দর মেথ্যুজ কৌবা সমালোচক্লা হীরম অসোমদা য়াম্না চঙশিনখিহ্ননা অসুম্না হায়ঃ ৱারীমচাদা ফ্রেঞ্চ ক্লাসিক ড্রামাগী য়ুনিটি অহুম—থৌদোক অমা, মফম অমা, নোংমগী মতম অসি ঙাক্কদবনি; মসিদা চরিত্র অমথক্তং, থৌদোক অমথক্তং, পুক্লিংগী ইহুল অমথক্তং, নত্রগা থৌদোক অমথক্লা থোকহল্লকপা পুক্লিং ইহুল খর উংকদবনি। মোত অসি লোইনমক ইনগদবনি হায়বা লৈত্রবস্ত ৱারীমচাদা পান্দম অমথক্তং অমসুং অপান্নবা থৌশিল অমগা লোয়ননা পুথোক্লবা ৱাখল অমথক্তংদি য়াওহন্বা তাই। ("A short story must contain one and only one informing idea, and that this idea must be worked out to its logical conclusion with absolute singleness of aim and directness of method"—W. H. Hudson.) উপন্যাসতদি মখল-মথেলগী পোৎলমশিংনা অপাবগী পুক্লিং মাইকৈ কয়াদা চিংথোকখিবা য়াই; অদুবু ৱারীমচাদদি অপাবগী পুক্লিং চাইথোকহল্লোইদবনি। মপুং ওইবা অসুপ্পা নিয়ম (সেন্ট্রেল ওর্গেনাইজিং প্রিন্সিপল) অমনা ৱারীমচাবু পুনগদবনি। মরম পুম্নমক অসিনা ৱারীমচাদদি মথক্তা পনখ্রিবা মখি অমথক্তং তাহনবা (য়ুনিটি ওফ ইম্প্রেসন), পান্দম অমথক্তং পীবা অমসুং শাফু অমথক্তং ফাওহন্বা হায়বসি য়াম্না মরু ওই। নিয়ম খরসি মহৈয়াম্না ঙাকপা ঙম্ব-ঙমদবদা সাহিত্যগী কলা অমা ওইনা ৱারীমচাগী মগুনসু লেপ্পী। থাঙ্গেশেংনমক ৱারীমচাদা

মপুংফাবা চরিত্র, থৌদোক্লচিংবা উবা ফংদবা য়াই। অতুবু য়াংনা চেল্লিবা পুন্সিগী মিকুপ অমত্তং নত্রগা থৌদোক মতেক অমখক্তংনা য়াম্না শাফু য়াওনা অপাবশিংদা মপুংওইবা পুন্সিগী মরুওইবা শক্তম খরদি ফাওহন্বা অমসুং খঙহন্বা ঙম্মী। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা মহাক্কী ৱারীমচাশিংদা উরিবা অতু তাউথরিবা হিগী থোংনাঙদা উবা বেঙ্গলগী পুন্সিনি হায়রম্মী। ৱারীমচাদা পীক্লবা শক্লোনশিংগী কল্লবা শাফুগী মতেংনা মপুংফাবা শক্তম খর উহন্বা ঙম্মী। তেনখ্রবা পুন্সিগী শরুক অমনা মপুং ওইবা পুন্সিগী মাইথোং উহনবা ঙম্মী। মসিমক্তনা মতম য়াম্না সীকনা ফংলিগা হৌজিক্কী পুন্সিদা ৱারীমচা হায়বসি য়াম্না চানরবা অমসুং পাম্নরবা সাহিত্যগী মওং অমা ওইরি। মথক্তা পনখ্রিবা মচন খর অসি মতীক চাদবা য়াই। খরতং লৌখতুনা তোয়না হোংলক্লিবা ৱারীমচাগী শক্তম লাকনবা হোৎনবতনি।

মণিপুরবু ব্রিটিশনা ইং ১৮৯১ দা খুত্থুম চনখ্রবা মতুংদা স্কুল কয়া লিংখৎনরক্তুনা মহৈমশিং তম্বগী খুদোংচাবা ফংনরকখি। ইংরেজী শিক্ষা ফংবগা লোয়ননা বাঙ্গলা লোল তম্বগী খুদোং-চাবসু ফংখি। বাঙ্গলা সাহিত্যগী প্রভাব মণিপুরী সাহিত্যদা তাবা হৌরকখি, লোয়ননা ইংবেজী শাহিত্যগী ইথিলসু চঙলকখি। মশাগী ওইবা ৱাবাগী চৎনবী অমসুং মগুণ লৈজবগা প্রভাব ময়ামগা তিন্নরগা মণিপুরী ৱারীমচা সতাব্দী অসিগী ঙল্লিডৈ মতম ইং ১৯৩২দা কনাঙম্বা সর্ব্বজিৎ কৌবা অমনা য়াকাইরোল চেক্ষোংদা 'য়ুমপানবা' হায়বা ৱারীমচা অমা ইহান হান্না ফোংখি। মথংদা ললিত মঞ্জরি পত্রিকাদা ইং ১৯৩৩ দা ডাঃ কমলগী 'ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা,' কৃষ্ণ-মোহনগী 'লমন' (১৯৩৪), শ্যামসুন্দরগী 'হেম প্রভা' (১৯৩৭),

তেলেম আবীরগী 'ফাঁসিগী হুকুম' (১৯৩৮), অসিনচিংবা ৱারীমচা কয়া ফেণ্ডলকখি। অসুম তৌনা চেকোং কয়াদা ৱারীমচা কয়া ফোঙনরক্নুনা মসিগী ঈহৌ শাগংনবা অহানবা মরূ হুনবা হৌখি। ইং ১৯৪৬ তা শীতলজীৎকী "লৈকোন্নুংদা" অমসুং "লৈনুংশি" কৌবা ৱারীমচাগী লাইবিক ফোঙলক্নুনা মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারীমচাগী শক্তম পুথোবকখি। মহাক মণিপুরী ৱারীমচাগী লময়ানবনি। মথংদা ফোঙলকখি চিত্রে-বীরে-তোম্বী-চান্দগী ৱারীমচা লাইরিক "তুপী" (১৯৫১), আর, কে, এলাংবমগী লাইরিকশিং "চাংগা তনয়া" (১৯৫৫), "যুমগী মো" (১৯৫৮), প্রমোদিনীগী "পুন্সি মৈরা" (১৯৫৮)। চেকোং কয়াদা চোইনা ৱারী-মচা কয়াসু ফোঙলকখি। ভল্লিদৈগী ৱারীমচাশিংদা লৌখংলবা হীরমশিংদি অপাম সুংশি নপান্দুপীগী মবা, ফিদম অমসুং আদর্শ, জাৎ খেন্নবা অসিনচিংবনি। কমলগী অমত্তা ঙাইরবা ৱারীমচাদা সমাজগী চৎনবিবু পামদবগী, শীংনবগী হাখল খরদি উংশ্রুবনি। শীতলজিৎসু সমাজগী চৎনবিবু য়ানিংদবা উংলি। অদুবু মখোয়না থায়নগী চৎনবী সমাজগী কোব মনুংদা লৈদুনা অচুম্বা সমাজ অমা পাম্বগী আদর্শ অমসুং পান্দম উৎপতনি। মখোয়না পামজরিবা ভেল্যুজ অদু উংনবা চরিত্র খর অমসুং থৌদোক খর পুথোক্নুনা পাউদম্বনি। ইং ১৯০৫ দা বিনোদিনীগী "মুঙ্গায়লক্তা চন্দ্রমুখী" ফোঙলকখি। মথংদা পুথোরকখি প্রকাশ, কুঞ্জমোহন, শ্রীবীরেন, নীলবীর, গুণনচিংবগী ৱারী মচাশিং। মতাং অসি যৌরকপদা মণিপুরী ৱারীমচাগী তাংদাংবা মফম লৈরে মণিপুরী

সাহিত্যদা ৱারীমচাগী ঈচেল কনখৎলকই। মথংদা ফোঙলকখি দীনমনি, বীরমনি, ইবোমচা, চিত্রেশ্বর, প্রিয়কুমার, প্রেমচান্দ, আর কে মনি অসিনচিংবা অইবশিংগী ৱারীমচাশিং। মতম অসিগী পুন্সিগা চানবা ৱাখল, মিংয়েং অমসুং মকোঙদোক্কা লোয়ননা ৱারী মচা কয়া ফোঙলক্লি। অনৌবা অইবশিং থরদি হান্নগী য়াম্না ডাইরেক অমসুং ত্রেদিশনেল ওইবা খুৎই অমসুং ইমোসনেল ওইবা থম্মোয়গী ঈহুল থাদোক্তুনা হৌজিক্কী লৈতাত্রবা পুন্সি অসিদা মীওইবগী কন্সসনেস থিবদা চঙশিল্লকপন্নু য়াওই। মখোয়গী ৱারীলীবগী স্তাইল হান্নগীগা খেন্নরকই।

লাইরিক অসিদা হৌজিক হিংলিবা অমসুং ইরিবা অইবা অইবী তরাতরুক খক্কী ৱারীমচা অমমম য়াওরি। মখোয়গী ৱারী-মচাশিং অসি পারগা হৌজিক্কী মণিপুরী ৱারীমচাগী ওইরকইবা চাউরাকপা শকুম অমা উবা ফংগনি। ঐখোয়গী নুপী অইবী-শিংগী মিংয়েং, সেন্সিটিভিটিগী মথৌ য়াওবা, থোইবী, বিনোদিনী অমসুং প্রমোদিনীগী ৱারীশিং লাইরিক অসিদা য়াওরি। থোই-বীনা অথাঙকনবী থৌনাফবী মণিপুরী নুপীগী মশক, বিনোদি-নীনা য়াম্না থোৎনা নৌনা নুপীগী থম্মোয় য়েকপা, অমসুং প্রমো-দিনীনা থম্মোয় লকান্নংদা লোত্নুনা লৈরিবা মীওইবগী নুংশিবগী ঈচেল উৎপা মখোয়গী ৱারীমচাশিং অসিদা উৎলি। গুণসু মহাক্কী ৱারী মচাদা মীওইবশিংগী হৌনশাবু য়াম্না কুপ্না থিজিন্দুনা থম্মোয়-নুংদা লোৎলিবা নুংশিববু য়াকাইহল্লি। মখোয়না ৱারীমচাগী য়াম্না নৌবা তেক্নিক শীজিন্নত্রবসু মতীকচাবা এটমোসফেয়ার শাগৎপা

অমস্তুং অতেনবা মতমদা চরিত্র য়েকপা ওম্বগী অহৈবা উংলি। নীলবীরনা নিপা মুপীগী লৈনবা মবী থিজিন্দুনা অচাওরম তানবী নিংথৌমচান্নপীগী নিঙমহৌদবা অৱাবগী মশক ক্লাশবেক তেক্লিক শীজিন্নহুনা তাকই। মুপীগী থম্মোয় ঈহুল কুঞ্জমোহনগী ৱারীদা থেংনগনি। সোনামনিনা মীওইবগী মীনুংশি প্রমান ওইনা শাদানবগী মথুক্তা মথৱায় থারবা শক্তি অমোম্মা মচাগীদমক্তা ৱাজবদা য়াকাই-হল্লি। মপুরোইববু ল্হাইমক্লি থাজবী মুপীগী শক্তম শ্রীবীরেনগী ৱারীমচাদা থেংনগনি। অহোংবগী শহুমদা ওইবক্লিবা সমাজ, হুম্বরবা পুন্সিগী শক্তম অমস্তুং মখোয়না পাম্লিবা পান্দম অমস্তুং ভেল্যুজবু উৎপা ৱারীমচাশিং প্রকাশ, চিত্রেশ্বর, দীনমনি, বীরেন, ইবোমচা, প্রিয়কুমার, বীরমনি, প্রেমচান্দ অমস্তুং আর কে মনিগী থুংইদা থেংনগনি। অদুবু খেন্নরিবদি আর কে মনিগীনা মেংলবা খোস্থাংনি, প্রিয়কুমারগীনা চরিত্র অমস্তুং সিচুয়েসন খরতনা থৌশাবিত্রবা পুন্সি য়েকপনি, বীরমনীগীনা ৱাহৈ খরভনা ইঙ্গিং খরতনা মীগী চরিত্র তাকপনি, প্রেমচান্দগীনা অচেংপা উচন্দা শাবা ফুঙ্গাৱারীগী য়ুমফমদা লাইরবগী অৱাবা উৎপনি, চিত্রেশ্বরগীনা মুংগী অর্থ পীবা থুংইদা চংনবীগা মতমগী অহোংবগা থেঙ্গায়নরকপদগী হোংলকপা মিংয়েং উৎপনি। ময়ামসিদগী খর তোঙাল্লিবনা ইবোমচানি। হৌজিক্তী পলেপফম খঙত্রবা পুন্সিগী চিংথাইনববু মায়োক য়ারিবা মীওইবগী ইন্নর কন্সসনেসবু থিবা সিম্বোল য়াম্মা য়াওবা অনৌবা টেক্লিক্তা ইবা ৱারীদা উংলি।

ৱারীমচা খুর অসিদা অনৌবা ৱারীমচাগী শক্তম অমখক্তং পীননবা হোৎনজবনি। অথুবা মতমদা পুথোক্লবা হোৎনখিবনা লাইরিক অসিদা অশোই অঙাম কয়া য়াওরম্বা য়াই। মথংগী খুৎনমদা চুমথোক্লবা হোৎনজগনি। লাইরিক অসি তম্নবা অমা ওইনা থনবিবগীদমক মণিপুর য়ুনিভরসিটিবু তৌবিমম্ম খঙবা উৎচরি। শ্রীএলাংবম সোনামনিনা অরাবা পুম্নমক লৌবিদুনা লাইরিক অাস ছাপা তৌদুনা পুথোক্লবা হোৎনবিবগীদমক ঙমখৈ লৈত্তনা থাগৎ-চরি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা অইবশিংনা মখোয়গী ৱারী-মচাশিং ফোঙবা য়াহনবিবগীদমক্তসু মখোয় পুম্নমক্তা লমন তোনশিঞ্জরে।

সেপটেম্বর ৩০,১৯৯২ ইং

ইম্ফাল

সম্পাদকশিং

## হিরম লমায়

# ১। অধিকার

[কুমারী অখেল্লম্বম থোইবী দেবী :— খৃষ্টকুম ১৯২০ দা য়াহেংবম লৈকায়দা পোকই। ১৯৫৩ দা গুৱাহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী মখাদা আর্টস গ্রেজুয়েট অমা ওইখি। মণিপুরগী শীংথানবা য়ারবী লেখিকাশিংগী মরক্তা মাওজীন থারিবী অইবীনি। মাগী কলমদগী রচনা, উপন্যাস য়ারী মচাগী লাইরিক কয়া থোকখ্রে। অতুগী মথক্তা মণিপুরীদা অনুবাদ তৌরবা লাইরিক খরসু পুথোকখ্রে। ফোঙলবা লাইরিকশিংগী মনুংদা 'রাধা'; 'নুংশি-ঈচেল;' 'চীংদা শাৎপী ইঙচেল্লৈ;' 'লমজা'; মিৎয়েং; 'পোষ্ট মোর্টেম' (য়ারী মচা) নচিংবা পনবা য়াই অতুগা অনুবাদকী লাইরিক্তুনা 'মীরাবাঈ'; 'বিক্রমাব্বশী'; 'কায়না ঈহৌ'; রবীন্দ্রনাথকী য়াবী খরা' অমদি 'দৃষ্টি পাট' শীংথাবা য়াই। মণিপুরগী সংস্কৃতি অমসুং সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগা মরী লৈনৈ। অইবী মশা ওজা ওইনা হৌরকপনি। সরকারগী হায়স্কুল কয়াদা হেড মিসট্রেস ওইবমই। হৌজিক্তি থবক্তুগী পাথারে। কলচরেল ফোরম, মণিপুরগী সভানেত্রী ওইরমই। হৌজিক হৌজিকমক সংস্থান অসিগী অচওবা মেম্বরনি। অসিদগী হেন্দোক্তুনা ঈশৈ নোংমাইগী লমদা থোইদোক্না পুক্লিং থিংজিল্লি। হৌজিক হৌজিকমক 'চুমথাঙ' সংস্থানগী লমজিংবী অমনি। অইবী অসিবু ৫৪শুবা চহীগী মণিপুরী সাহিত্য পারিষদকী 'সেসন্দা সাহিত্য ভূষন' উপাধি লান্থোক্তুনা ইকায় খুম্নখি, লোয়ননা ১৯৮৯ দা 'দৃষ্টি পাট'

অনুবাদ তৌৰগী অনুবাদ সাহিত্যদা ভারতকী 'সাহিত্য একাডেমী এৱার্ড' পীখি ।

মহাক্কী 'পোষ্ট মোর্টেম' ৱারী মচাদা য়াওবা 'অধিকার' কৌবা ৱারী মচা অসিদা অইবীনা সমাজদা হন্থনা য়েংবীরবী, কনা লৈজব্রবী. মরায়বক থীরবী কয়াগী মীচংদা লেপ্তুনা থৌনা ফনা অধিকাব খরা তাল্লি ।

মনুং মতম চাদনা মপুন্নোইবা নৌনা কায়নববী মৈতৈ নুপী অসিনা লৈহৌরিবা মচাশিং অহুবু মী ওইননবা য়োকপা তারকপদা নীংহন্নবা পোকখিদে। অহোয়নতুম থৌনা ফবা হেঙ্গৎলি। চাননবা শেংননবা, মহৈ তমহন্নবা হোৎনবদা কিবা, হঙ্গোইবা, মীনা থীনা ভাঙনবা, করেম্নবা. ৱাবা পূম্নমক তুংওইননা থনম্বা ভম্বী মশাদা অকীবা পোকত্রবী থৌনা ফরবী মৈতৈ নুপী অমগী মশক তরু-তরুনা য়েকলি। মহাক্কী শাফু কনবা তক্‌শিনবগী মায়োক্তা কনানা লেপ্পা ভমগদগে]

চান্দনী, নুমিৎ খুদিংগী গোবিন্দ মঙ্গলার্তিদা হৌগৎলি, মচাশিংনা তৌগদবা থবক পূম্নমক হায়বদি, ইমুঙগী ৱাইতৈ-লমদৈ, অসিনচিংবা লোয়শিল্লগা শেংনা ইক্রুজথোকই। মহাক্না ইক্রুজবা কাবকপদা মচাশিংতু ফমুঙদা লেঙলি-লেঙলি তৌরক্লে। চন্দোন থিন্ন-থিন্না, চান্দনীনা মচাশিংদা হায়রকই, "য়েংঙোই, মেমগা চেঙফুদা লৈহৌরিবা চেঙতুনা অয়ুক্কীদি চন্না ফাগনি, অতুগা এঙ্গাঙদি

ইখোলদা হৌরিবা মনা-মশীং খরসি হেক্লগা অহুম থোংলম্মো। হোরেল নুংদাংগীদি ইমানা হল্লক্লগা অহুম নংগনি।" মেমচা মমানা হায়বহু হোয়-মাই হায়দে তুমিন্না তায়। মচানুপা তোম্বহুদি ফমুঙদগী হৌগদ্রি, থৌরাঙদি তৌরক্লে। মমানা মেমচাদা পৈশা তবাদং পীরম্মি, হোবেল মচাতোম্বনা স্কুল কাবদা অচাপোং চারুনবা। মথংদা মাগী চৎনবগী শেম শাবে,—খাউ অমদা ফি-বোল খবা হাপচিল্লে, মহু পাযবগা বৃন্দাদেবীদা মখুৎ লোন্ন-হুনা, নোংমহুগী য়াইফ-মঙ্গল নিজরগা থোঙ্গাল ব্রাংমা লানখ্রে।

অস্নুন্না নুম্নিৎ খুদিংগী চান্দনী, নোং হেক ঙানবগা থবক-ইংখাঙ খরা লোইশিল্লগ ফি মযোম অমগা হেক্তা থোকখি। নুমিদাংবাইবমগী পূং ৫/৬ তাবকপা মতমদা ময়োম অমদা চেঙ খবা, চা-চাক খবা যোয়গা নযমদা হল্লকই। চাত্তু মেমচানা খোংলগা থোংলে নত্রগনা মমানা থোংলে। চান্দনীগী মচানুপী অহন্দি মযুম পানখ্রে, মহুম মঙোন্দা কযা য়েত্রে, নুপী য়াইমহুনা পি, ইউ অনীশুবা চহীদা তম্নি, মেমচাসু হন্দক মেট্রিক থাগদৌবি, মচানুপা অতোম্বহুমদি এল, পি; তম্লি। চান্দনী মপুরোইবা নৌনা কায়নখিবদগী, মমা, মচা মখোয় মঙাসি ব্রানা হিংজরকপনি। হিংনবগী লানফমদা, চান্দনী, অচৌবা শকক য়ারিবী লাম্মী অমনি। অহুবু লাইবক খরদং ফবদি মচাশিংহু থোইনা লমহেন-হুহেনবা য়াওদে, হায়ন-তানবা অহুম ময়াই। অতোম্বা অহুমতংদি অতোল-অতাংনি হায়হুনা নাউধী শাজবনি।

মুপীমচাশিংত্নস্ু, মতম মাণ্ডহন্দে, অহাণ্ডবা মতমদা মানা-মানা হৈবা শামতু লোনবা অমস্থং ফিশা-লোনশা অত্নুমক মতৌজৈ। শম্না হায়রবদা মখোয়গী খরচ মমাদগী তান্দনবা হোৎনৈ। অস্থুম্না মীপান তাংদনা হিংবগী পুন্সি অমা ঐখোয়দা তত্তনা উবা ফংই। অত্নুবু ৱাফম অমদি চান্দনী করি থবক্তৌদমক অয়ুক ওম্না চৎলিবনো হায়ৰসি কনাস্থু খণ্ডদে, অত্নুগা মহাক্না মচাশিংদস্থু হায়দোক্কে।

ওসিদি চান্দনী, করি'মতা য়াওদনা খুৎ হাণ্ডনা হন্নকই, ৱা ঙাঙদে ইমুগুদা তুমিন্না চণ্ডলকই। মচাম্নুপী য়াইমা সবীতানা হংই, —"ইমা কদৌরে, ওসিদি করি'মতা য়াণ্ডরক্রুবদি?" চান্দনী তপ্পা খুম্মি,-"ইবেম্মা ওসিদি, ইমা থৱায়সি খরা মুংঙাইতে।" সবীতা তৈহাক তুমিন্না ৱাখল তৌই, মুংঙাইতন। মখা তারকই,—"করিনোনে ইমা, কনানা লাকচ-খুত্নুম চনবনো, হায়য়ুদনা, করিগী,মীবু পংলাকস্থ লাকচনা তৌবা য়াত্রা! চান্দনী য়াম্না থৱায় চাক্না খুম্নকই,— "মহাক্না ঠিকাদারনি শেন পায়বনি, হায়বগী মতাগুম য়াম্না থৌ-ওই উশিত্তবগী মওংদা হেক্ত তৌবনিনে,— ঐখোয়বু মুপীনি হায়ত্নুনা তৌরিবনি, মত্নু ঐখোয়স্থ খণ্ডবা নত্তে।"

ইমা, করিনো? মরোন্দু অমুক্তদি হায়য়ুদনা।

'সিনি, য়েংঙোই, খুৎস্থুমনস্থু তানা পীবা, অত্নুগা মতমং চানস্থু পীদবা!

ইমাবু করি থবক শুরুবগে?

করিবু ওইরুগনি, ইবেম্মা নোংমগী হাজিরা হায়ৰসি মঙায়-রেদনা !

সবীতা, মপুক্লিঙদা থুক লাউবা পোকই,—মরু লুক্লা রাখল তৌই, মমাদা য়েংলগা তপ্পা পাউথুম্লকই, --"ইমা, মতুদি নহান-মথৈ ইমাদি ঐখোয়দা করিমতা হায়বিদবা ?" চান্দনী তপনা পাউথুমখি,—'হায়রুতুনবু করি কান্নরিবগে, ঐখোয় ময়ান চরা অমা হেন্দ্রগা লোইরে ।

সবীতা, পি, ইউ, সেকেন্দ ইয়ারদা তম্লিবীনি, ভাবস্থ খরা তাজরবনিনা রাখল খনবা হৌরকই,—"করিগীনো মীগী খুৎশুমনবু শোৎলিসিবু ! অঙকপনি, লায়রবা, ইনাকথুনবা, কনাগী খুৎ-শেম্নো ! মচা, অচৌবা কনা-না শাযরিবা !—পূন্নমক খঙনবা ঙাক্তনি, হায়দোকপা ঙম্নদবনা, মতম পুম্বদা অরাবা নংলিবনি ।" অস্থুম্না সবীতা তরেৎ-তবাথোক্লা খল্লগা মমাদা হায়রকই, "ইমা, কমদৌবা তারে ? নহাক্তীদরা নত্রগা ময়ামগীবা ?" চান্দনী উপায় লৈজদবা মঙংদা হায়রকই,—"নত্তে, ঐখোয় ময়ামগীনি । মহাক্লা হায়রিবসি পীরোই হায়বদি নত্রগা হোরেল হয়েং, নত্রগনা মচিৎ-মরাঙ, অসিনচিংবনি । অতুদগী খ্বাইদগী মরু ওইবিবদি মুপী শিল্মৌগা মুপা শিল্মৌগা খুৎশুমন মান্নদবগীনি, নুপানা হেন্না পী, মসি ঐনা খনবদি খ্বাইদগী হেন্না অবানবা থবক্লি হায়না খল্লি ।" সবীতা থম্মোয়দা ওমচাক্লৈ, নতোমতা হায়ফম খঙদনা শাউনিঙড়ি হায়রকই; "করিগী ! মতমস্থ চপ মান্নদা মাঙমিন্নবা, পাঙ্গনস্থ চপ মান্নদা শিজিন্নবা, অতুগা খুৎশুমন্না তানা পীবা, মতু শুকয়া

য়াফম থোক্কে।” চান্দনীস়্ু য়াওশিল্লি,—অদুনিনে ইৰেম্মা, ঙসিদি ঐখোয় ময়ামস্ু ৱাফম অমা লেপ্পরক্লবনি, হয়েংসি মহাক্কা উন্নরগা অশেংবা অমা ঙাংনসি হায়দনা।” সৰীতানা অচেৎপা ৱাখনগা লোয়ননা হায়খি,—“মদু তৌদবা য়ারোই ইমা, মীগা মীগা অক্কানি. মী অমগী হক মী অমনা মুনবা নত্ত্রগা মাঙহনবা য়াবোই।”

মথংগী নুমিত্তা চান্দনী মহৌশাগুম শেম শাদুনা বৃন্দা-দেৰী খুরুম্নন্নগা যাত্রা তৌখ্রে। থবক শুফম য়োৌবগা ময়াম উন্নদুনা ঙাংনবা য়াবা ৱাফম কয়ামরুম ঙাংনরবা মতুংদা ঠিকাদার লাকপা ঙাইদুনা লৈখ্রে। ঠিকাদার মহাজন অয়ুক্কী পৃং ১০ রোম তাবা মতমদা থৰক মফমদা লাকই, ময়াম পুন্নমক তুমিন-তুমিন লৈনৈ। মহাজন্না হৌরকই,—“ময়াম থবক শুবিদ্রবদি কবি তৌরৰগে? চান্দনী তপ্না ব্যবহারদি কায়দনা খুম্মি—‘ইবুংঙো, ঐখোয়গী খুৎশুমন্দু ঙসিদি খবা পীবিরো. ইবুংঙোনা ঙবাং খুৎশুমন পীদবদগী ঐখোয ঙরাং চবা-হেল্লবনি, অদুগা মচিংস্ু তৌবিগন্নু শুনা পীবিয়ু। মরুওইৰা ৱাফম অমনা ঐখোয়গী খুংশুমনসি হেঙ্গৎপিদবা য়াররোই মরমদি, ইবুংঙোহোয়না হেন্না খঙবিৱিৰদুনি, হৌজিক্কী মতমসিদা.........।

ঠিকাদার:—ইতৈমা, খুৎশুমন হেঙ্গৎপগী ৱাফমসিবু, মবমদু মতিক চানা লৈব্রনে?

চান্দনী:—ইবুংঙো, খুৎশুমন হেঙ্গৎপগী ৱাফমসিদি, ঐনা অমুক

নৌহৌনা হায়দ্রবস্থু খণ্ডবিবা য়ারেনা। হাকুম ইবুংঙো-হোয়গীইমুঙদা চাবদা খুরচ কয়া কাইখোকক্লবগে কুনশিনা কয়া কাইথোক্লবগে ? হৌজিকপু চেঙ কিলোদা কয়া পীরিবগে? খুৎশুমন্দি চহি অনীগী মমাঙদা লৈরম্লিবহৌদগী করিস্থু হেঙ্গৎপিদ্রি। মতমসিগী পোৎ-তাঙ চৈতাঙসিদা পীরিবা অশুমনসিগা করম্না হিংবা য়াগনি ! খণ্ডবিয়ু ঐখোয়গী হুমাংসি ঈ নি, ঈ-মরিক শিন্থরিবা. ঈ মরিক অসিগী মমল মতিকচানা ফংদবা য়ারোই।"

ঠিকাদাবঃ—ময়ামগী মহুৎশিন্দুনা ইতৈমনা শুাঙবিরবনিনা, রা অমতং হায়জগে—পোৎকী মমল হেঙ্গৎলকপা হায়বসিদি ইতৈম-হোয়গীতা নত্তে, ঐখোয় পুম্নমক্কীনি। অহুগা ঐখোয়গীস্থু অরাবসি লৈতবদি নত্তে, ঠিকাগী বেত্তি থোইনা হেনগৎপা নত্তে, পোৎ তাঙবসিগা য়েংনরুরবদি ঐখোয়গীদি মাঙবনা অয়াম্বনি। অহুগা অমুকস্থু ঐখোয়গীদি থবক লোইরে হায়হুনা বিল হেক ফংবা নত্রি. শেল লৈগা, লৈতেগা, বাজেত্তা য়াওইগা-য়াওদেগা, চ্যেক মনা লাকই-লাক্কে, অসিনচিংবা কয়ানি। অসি ফাওবা য়াওরিবনি মহুদি, লেবরগী শেল পীনবগীদমক ইমুং-মনুংগী সনা-লুপা ফাওবা বন্ধব থম্লিবনি। মরম কয়ামরুম অসিদগী ঐখোয়না ময়ামগী শেল পীথোকপদা খরদং পম্থজরিবনি, ম্রারৌবীগস্থ য়াম্না থুনা পীথোকচনবা হোৎনরগনি।

চান্দনী :—ইবুংঙো, ঐখোয়গী শেন্দি থীস্থবা য়ারোইনে। হায়রিবসে ঐনা নত্তে ঐখোয়গী লৈরিবা মুপীগী 'শিন্মী লুপ্পা' হায়বনি, অদুগা হন্দক্তি খুৎশুমনস্থু হান্নদগী তখ্বায় অমা হেন্দবা য়ারোই নত্রবদি ঐখোয় হয়েংদগী থবক লেপ্লগনি। ঐখোয়না থবক লেপ্পা হায়বসি ঐখোয়না শুদ্রগা মী অতৈনা শুগদবা নত্তে,—শিন্মী পূম্নমক থবক লেপকদবনি।

ঠিকাদার :—হোয় ময়াম্না তাকপীবিবসি ঐস্থু য়াজরগে অদুবু স্থমিং ১/৩ নিদংদি মতম পীৰিযু, ঐহাক ময়ামগী শোয়দনবা তৌজরগে।

অস্থুম্না ৱা খবসি ডাঙনরবা মতুংদা ঠিকাদারগা শিন্মীশিংগা য়ানবা অমা পুরক্নুনা ময়াম পূম্নমক হন্নরক্লে। চান্দনীস্থ ময়ুমদা হল্লক্লে, ৱারোল পূম্নমক মচাস্থুপীদা তমহনা খঙনরে। ৱারোল্দু তারগা মচাস্থুপীনা হায়খি,—"অদুনিনে ইমা, হৌজিক্কী মতমসিদি মুক্লদবা ইয়া য়াদবনি, মুক্লদ্রবদি কবিমত্তা পাঙথোকপা ঙমদবনি। অরৈবশিংনা লৈতববু নৈহৎপিবা, নমথাক তৌবিবা, অকনবনা অশে'নববু তুহৎপিবা, হায়বসি মহৌশাদগী চৎনরক্লবনি; ইমাহোয়-শুম্বা লাইরিক-লাইশু খরা হৈজদবদদি করি অমুক হায়রুগনি!"

---

# ২। লমন্দগী লাইমন

[মহারাজ কুমারী বিনোদিনী দেবী :-খৃষ্ট কুম ১৯২২ দা সনাকোন্নুংদা পোকই। মহারাজ চুড়াচান্দ, কে: সি: এস: আই:, সি: বি: ই: গী মজাইবেম্মনি। নবদ্বীপ, কলিকাটা অমদি শান্তি-নিকেতননচিংবা মফম কয়াদা অঙাং ওইরিঙৈদগী লৈহুনা মহৈ তম্মকখি। বাংলা, ইংরাজী, চিত্রকলাগী শিক্ষা নীংথিনা ফংলকখি। বিশ্বভারতীগী গ্রেজুয়েটনি। মণিপুরী সাহিত্যদা মহাকপু ৱারী মচা ইবী অমা ওইনা শীংথানৈ। মণিপুরগী কলাবিদ্যা চাওখৎনবা হোৎনবা অতুগা স্ক্রীন-প্লে কয়া ইতুনা ফিল্ম-জগত্তুম্থ থোইদোক্লা মমিং লৈরবী কলাকার অমনি। অইবীগী ফোঙলবা লাইরিক-শিংগী মনুংদা ৱারী মচাগী 'মুঙ্গায়রক্তা চন্দ্রমুখি'; ড্রামাগী 'অশংবা-নোংজাবী'; উপন্যাসতা 'বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী'; অনুবাদতা 'অমসুং ইন্দ্রজিৎ' নচিংবনি। ফিল্ম শ্রীপুরা পৃথিবীগী মনা কয়া ফংলরুবা 'ইমাগী নিংথেম'; 'ওলাংথাগী ৱাংমদসু' মমিং পনবা মতিক চায়। জৱাহরলাল নেহরু মনিপুরী ডান্স একাডেমী, ইম্ফালগী সেক্রেটরি ওইনা মতম শাংনা থবক পুবমই। মণিপুরী কলা বিদ্যাগী সংস্থানশিংগা য়াম্না নকুবা মরী লৈনৈ। মরূ ওইবনা মণিপুর ফিল্ম ডিভেলবমেন্ট কোর্পোরেসন, রুপ রাগনচিংবনি। ইণ্ডিয়ান ফিল্ম ফেস্টিভেলগী কম্পিটিটিব গ্রুপকী পেনেল ওফ জজেসকী মেম্বর ওইরুই।

১৯৬৬ তা অইবীগী ৱারী মচাগী লাইরিক 'মুঙ্গায়রক্তা চন্দ্রমুখি' দা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদনা 'যামিনী সুন্দর গুহ মেমোরিয়েল গোল্ড মেডল' পিখি। ১৯৭৯ দনা 'বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী' উপন্যাসতা ষ্টেট কলা একাডেমী অমসুং সাহিত্য একাডেমীগী সাহিত্যগী এৱার্ড পীখ্রবনি। অইবী অসি ভারতকী ইকাইখুম্নরবা পদ্মশ্রী সনমান ফংবি অনীশুবী মণিপুরীনি।

অইবীগী থোৎনা-মেওনা ফোঙদোকপা মফোঙদোক্লা থৌদোক বাথোক্কী, ৱাখলগী মন্নুং হুপ্তিন্না য়োৎবা ঙমহনবা অসিমক অচৌবা শক্তি অমনি। লৈমকোন্দা থোক্লিবা থৌদোকশিংবু অপাবশিংদা মাইখুম হাংদোক্লগা শং-শং উহনবা ঙমহল্লি। মাগী 'লমন্দগী লাইমন' ৱারী মচাদা লোন্নবী মুপীশিংগী মরক্তা শাথিরবা কল্লক খম্নন্নবগী লৈরিবা পল অতু কয়া য়াম্না চাউবনো তাক্লি। ঙাম্বিতোন লৈন-লৈনা মপুরোইবনা সনা অমা অত্তোনবী ওইনা পুশিল্লকপা অতু মঙোন্দা অচৌবা শীংনবা অমনি লৌই। অতুনা মাগী য়েক্লবা ওইরবা মপুরোইবগী মথক্তা লমন শিঙনিঙবনা লাকহত্তুনা কোম্নুং-খনখি-মচা ইবুংঙো অতোম্বগী য়োকচবী-সনা মপীতোন-ওইহনা চুম-শো পুন্নমক পায়হনা তৌনিংবতা তৌখি। মাগী লৈরিবা ফিভমহ লৈকায় হরাউবদা, কৈথেল কাবদা উৎননবা—কল্লক পেন্না উৎননব হোৎনবদা অফবা তাঞ্জা ফংখিদে। অতুনা অনীংবা পুন্নমক নাপলগা লোয়ননা নাতুনা লৈরিবা মপুরোইবা হৃংবা চৎপদা উথোকপা তাখি। মহাক্লা তাথিনা লৌরিবা মপুরোইববু লমন

খুন্নবা হোৎনরুবা থৌরাং পুন্নমক অরেম্বা তাখ্রে। মপুক্লোইবনা হেন্নদুম অপাম্বী নহাগা অচেৎপা মরী লৈনরম্রে। হোৎনরুবা পুন্নমক মায়থীবা ফংলবী কল্লক খন্বন চাউরবী ঙাম্বিতোন পুন্সিদঃ অনালোয়খিদুনা সনা কোন্নুংদগী মযুমদা হল্লকপা তাখি। অম্নমা অহৈবীনা মবিক চন্না মুপীশিংগী থম্মোয়গী ইহুন ময়েক শেংনা মশক তাকলি।

হেক লাকপা মুমিৎ অতুমক্তদা ঐবু হন্দুনা চৎখ্রসিরা খল্লি মানা। ইমাইপেম্মা করি লোনচৎ কাবুনো—মফম মরাঙ মুপখঙ হেক খঙদে। মরম অমত্তনা মরম ওইদুনা লাকপনি, পাইরক্কি খল্লকপা রাখল অমত্তনা হুমদুনা পুরকপনি অদুবু হাকথেংনরক-লবা মতমদা নিঙহন্নবা পোকলকই।

লোইনা লৈ, হেন্দোক্না লৈ অদুবু মাগী অমত্তা নত্তে ঙঙ তাফম খঙদে।

মসিগী রা অসি ইচে চাউবীযাইমনা হান্না তাকপীদবা করি-গীনো রারোই মবুক্তা। হোয়, মাগীদুবুদি অপাম থোগল কৌই হায়কো লেক্তুনা চাদুনা লৈবা নত্তে, ঙহাক কোয়বোইনা চৎপ-তনি। মদুদুম তোজরমদবু নিঙমলক্তে অমুকস্থু। ইচে চাউবী-য়াইমনদি হায়খি "নপুক্তা লেপ্লসে ইবেম্মা। কোন্নুং হায়বসিদি হৈনখ্রগা পঙনুঙ মুঙাইবনি। হৈত্রগনা নপুমস্থু থিৎপা মীরাস্থু তাবা......।"

খঙদে করি থোকলগবা!

মমিঙনা ঙাম্বিতোন। অতুবু কোম্নুং য়ৌরকপা মুম্নিৎতগী মমিঙ অতু মাঙখরে। মচা ইবুংঙো অতোম্বগী য়োকচবিনী হায়-দনা সনামপীতোন, অতুদগী মপীতোন হায়না কৌনখি।

ঙাম্বিতোনগী মচুত্তা মপীতোন। মতোমতা তাবদা শৌবিং শৌবিং লাউই। নোকস্নু নোকনিঙই। করিনো মখোয়স্নুৱায়সিবু শাদৌনা মীদবু মপী হায়রিসিবু। ইচে চাউবীয়াইমনা মপুক ফাদুনা হায় "খাঙবতা কল্ল, অতো। নিংথৌমচাগী য়োকচবী হায়বসিদি ফিরাংজি ফিদা ফমগদবনি. নমাঙদা শেনজেং চাইশেন খিনগদবনি— অতুবু মীনা পাক্ পাক্ ফংবরা?"

অতুনিনে মানা পামলিবস্নু। নোংমদি লৈকায় হবাওরক্কনি হায়বা। অতুদনিনে ফিরাংজি ফিদা ফমতুনা মানা লেন্নগদৌরিবা। মতম. অতুদা মা কমদোগে যেংশি হায়বা। কৈদৌনেগে মানা সনা অখূনবা অমা লৌতুনা মীনা তাঙাংকা খরা কৌবিরগা। মাবু কনানা খঙবিদৌরিবনো।

লমন খুমনিঙবনি মীনোক নোকলকই ঙাম্বিনা। মমিৎতা উরকই লাই হরাউবা নুমিংকি কুম্মেদো।

অতুবু লেরমলিবা ময়ামদো ইচে চাউবিয়াইমগুম্বী ঙাক্তুদি নত্তেদো। মানা খ্বায়দগী হৈনদবনা— সনামপীয়াইমা, মচাইবেম্মা য়াইমগী য়োকচবীদো। ঙকচাউ থেকপী ওইনা তৌরদনা।

নোংমা ঙাম্বিনা হংলুই, "ইচে লেংয়ান হায়বু করিনো? ঐদি'মকম মরাঙ শুপখঙ হেক খঙদে নখোয় অস্নুৱায়গী লোনচৎসে।"

নীওথিনা তাকপীরকদরা হায়রগা শেং শেং লাউনতুম খুম-লকই, "হো ইবেম্মা, কোম্মুং খনগে হায়রবদি থৌগল্লোন ব্যবহার খরা তমশিল্লগা লাকপা য়াদ্রা ? নমায় খরা নাল্লগা হেক্কা চন্ননি খনবরা ?"

ইস নানা হায়খ্রেদা !

ঙাম্বিস্মু থা থা নত্তে। হাইফেৎ, মুংখোইনবা জাৎনি। অতৈ পাম্বৈ থিরকই। সনামপীয়াইমনদি লাকচহনবা চুমদে। তা শামু চপ্রাসীদা তাপ নপশিল্লি। মানা তাকপী— লেংয়াননা খুদৈ, খোঙনেৎনা খোঙুপ, ফনেক হায়বা য়াদে খ্বাংজেৎ হায়-গদবনি অসিনচিংবা .....। ঙাম্বিনা খল্লি—তস, মঙোন্দা হৎদ্রগা শিদ্রা।

খরা হৈনরকলে। খল্লি নোংমা ফমুংদা হিপ্পা হিপ্পা—মাবু তাররিদ্রা ? হয়েংদি য়ুমদা চৎলুখিগে। ইনম্মতোনবু কোয়বা শাহুনা চংহল্লুগে, অহুগা পাউ তনহল্লুগে। তাদি তারমলনিদা, ঐগী ইল্লা ইপাউদি য়াম্না তাজনিঙবনি।

ঙাম্বিতোম্না য়াম্না কন্না শিংলিবা য়েকনবা অসি মাগী মপু-রোইবা পঞ্চায়গী দোলাইপাবা তোলহনবুনি। মমা মপানা লুহোং-হুনা পীবনি। ঙাম্বিখোয় ইমুঙদো হায়ফেং লিংনা পাল্লি—মপোৎ মচৈ হাইফেং ফজনা উনবনি। মানা দোলাইপাবা ওইবগী প্রানামী ফাউবা মপানা পীখিবনি। হৌজিকপুদি মরাইবকননি হায়রেদনা। "হায়জশন্নু ইচাসিদি পাউথংনবা হৌনদে। মী মচা অহুগা মান্নে হায়বরা।" মপানা থেমজিনখি।

মচা মরী পোকপা ফাওবা পানরম্বনী। কদায়দগী সনা রাশি য়াউদবী অসি থেংনরুবদগী থোকখ্রিবা থবকনি। চহী মরী প্যরা শুরে হন্না য়েংনদবা। সনা অসিনা ঙমলিবস্থু মচা নাৰা ফাউবা লাকহন্দবা ঙম্মিহে। মত্তুবুদি ফরে মীনা খঙবিপোং নত্তে লৈম-পোকপম মাগুপতা মচানা থৌরাণী শাবা ফাউবা থোরকহন্ত্রিবত্নি। লৈতবা নতেকো মণিপুরগী লাইরাসে ইবেনখোই নোংমা মনম্ম-তোননা হায়খি।

ঙাম্বিনা খল্লি—হেরা হেরা, মা' অমুক্তংদদি খঙলক্কনিদনা। কোন্নুংদত্নম মুংঙায়রেমখৈ লৈথোকখ্রগে খনখি। তৌববুদি মানা মুঙায়তত্নুনা ইচেচাউবীয়াইমদা ৱারী তৌরুবদগী বুদ্ধি অসি মানা তাকপীরকপনি, অত্নদগী লাকপনিসে। অমুকস্থু খল্লুবগা কপনিঙই ঐবু মীগী মচেং চাত্নুনা মীনায় হায়বত্থু ওইরেদকো। অত্নবু অমুক্তংদি খঙহন্দৰা য়াদে—লমন শিঙনিঙই ঙাম্বিনা। লাই হবাউবা কয়া ৱাংলি মখুং থেক্কুনা থা মশিঙ পায়।

মচা মরীদো মনম্মদা শিন্নরমলগা লাকপনি। চৌভিক্তি ফিৱাংজি অঙাংবগী শেনগাও অমদা শেন জোম জোম হাপত্নুনা সনা কৈথেল কায়—পৈশা মঙা তরা পীথোকলগা ন্নপী অমবু পোং কোকথোং অমা পুহন্দুনা মতুং ইলহল্লী। লোয়বং হিজময়েক ইশু তাবা অমা শেংলি, হঙ্গাম মপালগী মোইরাংফি চন্বা অমা ইল্লি। মকোক হাইফেং খুম্মি; সনথোং হেক লাম্থোকপদা কোকতগী ইনফি নানথখি সনামপী লাকলে হায়দনা ময়ান্না তরাম তরাম কৌশল্লি, কোন্নুংগী ৱা হুংই। পোংফম অমত্তদা নিঙথিন্নুঙায় লেপীপোং নত্তে সনা

মপীতোন চৎনা চৎনা খুম্মি "কনানা খঙবনোদা মপু কোল্লুপকি রাবু ...হা ইবেম্মা নঙগী থরাক অসিবু মঙাতুদা কয়া হায়রিবা? মশাদি নাদেকো।" পোৎ তীকলৈ সনা মপীনা। ফিরাংজি শেনগাও ঋন ঋন খিঙই। নাপদগী তখেলৈ নাচোম অদু ঙায়োম্বীগী লুকমায়দা পোপ হেক তাই। নোক্কুনা হায় "নাচোমসে নঙ চিনজহৌরো ইবেম্মা। গোবিন্দগী নির্মলনি। তা তুহোন মেরানা সনা মপী চিনগেরা হায়দনা পীরম্বনি চুসাইকৈথেল থোরকপদা।" পীথোক-লম্মী নাচোমদু মৌ মহা ঙায়োম্বীদুদা। ভক্তিগা লোয়ননা খুন-জিনজে। মচা নাহৌবদু নিঙশিঙলকই—খল্লি গোবিন্দগী কৃপা লাকদৌরমালে।

অদুবু অম্বুক চাউবা সনা কৈথেল থুংনা কোয়ববু নোংমত দোলাই পাবা থেংনদে। সনাবুদি উনদু উন্ননিঙদেদা "লাইমা ফজদেদকো মাগী শমজা খেং ফমদো।" ফাক ফাক নাক্কুনা ইচে চাউবীয়াইমদা রারী শাখি নোংমস্ত;

চহি কয়া লানথরের, সনা মপীয়াইমনা হেনজিনবা য়াবা মপীতোন নত্তে হৌজিক্তি চুমশো ফাউবা মানা পায়। থৌগল মচাশিংনা চাক চারিঙৈদা ঙারৌ খুবাম অমা লৌতুদা হাপ্পী, হায়—"মনাইনি হায়-দনা চাদবা য়াপোৎ নত্তেদা চাও চাও ইতৈমনা পীগনি মপুগী মরলবু কনানা চাদনা লোইগনি। নুংঙাইগে হায়দনা মপু খনবনি নত্রনে তোলপিশক?"

মসিনী 'মপীতোন' নোকপনে খেবনে, মশকনে মতোনে। পুলে কুচুনি। মী ফূলৈনৈ, ময়াম্মা হায়নৈ, তৌরিমখৈ ইপকতা পকচে

সনা মপীতোনসে। মপীয়াইমনদি য়ানিঙদে। "পকচৈ পকচৈ ইবুঙো-খোয় মপুনবু চাল্লবদি অফবতা শরুক ওইরিদনা।" মচুক পৈথোক্তুনা হায়রকই অতুগা মাগী অকায়বা খুনিঙতদা হন্থতুনা য়েংই।

হংনিং হংনিংদনা নোংমা হংলকই, "সনা মপীতোন নঙগী খুনিঙ-হিদাকসে করি ময়াম্না শেম্মী?"

"তৈনিঙলগা তৈয়ু ইচে—আ কাংখদা লৈবনি।" ময়ালগী ৱা অতু তাশিন্নদে।

নোংমস্থু কনানো অমনা হংই, "সনামপী নঙগী উরিরোম মচুসিবু করি হাপতনা শঙই—মীগা স্থুকমান হেক মান্নদেদা।

"কনান খঙবনো ইন্দোন, ময়াম্না শঙনরিবতুমঙায়। থোইনা করিবু হাপলুগবনো—য়েঙ্নহে ইন্দোন, শংগায়শংবা লোয়শঙগী তাইবুংঙো রামসিংনস্থু নোংমা হংইনে। মসিগী নুপা অসে ঐদি হৈনখিদরে ইখি হেক খিগৎলদনা। সনা পুকৈদগী ঐনা লুকথোং লৌবা চৎপা খুদিঙগী মানা ৱা অমতং ঙাংলক্তনা তোকপা লৈতে। নহালনা তোতিদা ইরুজতুনা লৈরম্মী অতুগা ঈশিং তপ তানা চাইশিনলক-ইনেসে ঐঙোন্দা ঐনা থীবেমখৈ পায়থেকপীরমলবনি। মসিবু মতূ-মচাকা লৈত্রা শক চাখিদ্রেদকো..........।"

মনম্মতোন লাকপদা নোংমা হায়রৈ—"ঙাম্বি নংবু ইরাক লাক-খিদ্রে। নচাশিংসে নুংশিদ্রবরা নঙ ৱা অমা তাদ্রিবরা? নখোয় দোলাই পাবা অতুবু য়াম্না কন্না নাই হায়নৈনে।"

ঙাম্বিনা মসিগী পাউখুম পীরমদনা 'খুদোং অমুক্তা কংশিনলুখিগে' হায়রমলগা চঙখি। ফনা কুইনা থোরক্তে। হল্লকলগা "নোংমা

অনাবা হংবা চৎপা হায়বহুনি—সে ইনম্মা য়ুবীসিমতা পায়খো অঙাং-শিং চানবা।"

ঙসি মপীতোন অনাবা হংবা চৎকদৌরি। ঙরাং মবেম্মদা হংগৎলি—কার অমত্তা পীনবীয়ু অহুগা ড্রাইভরদি ননাই গুলামজাং অপাবী থোহনবীয়ু। সনা মপীতোন অনাবা হংবা চৎকদৌরি। দোলাই পাবগী অনাবা হংবনি। হিগোক ফনেক অমা কৌতক শেৎলি। লৈঙাঙ হাইফেৎকী শুকরথান ফিতুপ। লিকলু পরেং ইঙাঙ ঙাঙনা শি। নাপদা লৈ চিন্দে—নাইনদগী ফাগৎপা ঝিঙ্গুরনা নিক নিক লাউরি। মংগ্রামচুগী রেশম শেঙ্গাও অহু মবেম্মা তাহন্দনা ইবেম্মা অপাম্বী নহাদগী রায়বনি। মবেম্মগা মনাও ইবেম্মা অপাম্বী নহাগসে চিন্দদি ফজনৈ হায়ববু মমুংদদি কয়া নুঙায়নদে। অহুবু ঙাম্বিদি লোম্না লোম্না খরা খরা মচঙই। নোং ফাদোকস্থ হুংখিল গ্রেম শানবস্থ ময়াওরুই। তৌববুদি পাউ লৌথোক্কে হায়দনা মাবু লুনা তৌবনি। মপীতোন্দগী পাউ লৌথোকপা! মানহুম লৌথো-রকই, পোৎ-চৈ রায়দনা শেৎতোকপী।

সনামপীতোন অনাবা হংবা চৎলি। ষ্টুডিবেকার অমুবা অহু মখা পাংনা সুম থৌথে। গুলামজাং অপাবীনা থোই, ওইদা ঙাম্বিনা ঙাল্লি। গুলামজাং অপাবী ড্রাইভরমক ওইরবস্থ ময়ামগা মান্নদে, মচু তাই। মশা পাত্তক তৌরহুনা ফনহুম ফজে। লমশাঙ অদো সনামপীতনা রা ঙাঙবনি। ড্রাইভরদি করিগুম্বদা হোয় ইত্তৈমা, করিগুম্বদা নোক্তা মনোকই।

কোম্ছোং য়োরে।

সনামপীনা থেক্ থেক্ ময়োম অমা পায়হুনা চঙখি। সনা হায়বহু ওইরমালে মৌ অমা থোরক্লুনা "ঐখোয় ইচেনিনে চংলকউ চঙলকউ।" তরাম তরাম কৌশিল্লি। হাইফেং য়েংলকই সনা-মপীগী মৈতৈকুম ফনেক্তা। সনামপীস্থু উই অহুবু উশিন্নদে। ইমুঙ চংলমদায়দা ফনেক অমুক হন্না শেংলগা হায় "মাইবম লৈকায়গী ফনেকসে ফিসা চঙমন্দনা শেংপা ৱাখ্রে...মাইপাক্সী ওমদে তাদনা লাকপনিনে সনা-কোন্নুংগী থবক অসিদা ওহাক্তা চংথোরকপা ওমদে। চুমশোনগা ঐনা পায়দো করম্বা মতমদা কৌনরকপা খঙ-পোৎ নস্তে...ইমাইপেম্মা য়াম্না শোকলমজেদা মাইপাক্সীদে। ওশাই-না ডাক্তর পুখো মতাকপীনে। ইহে ইবুংঙো ড্রাইভর অসি মপালদা লৈহৌরমালেনে .... হো ইবুঙো চঙলকউ মন্নুঙদা।"

"কনা কনা লাকমিন্নে?" শোম্বাংননা হংলকই ফমাঙদা হিপলিবা অনাবহুনা।

"হেন্না ঐখোয় ইবুংঙো গুলামজাৎ অপাবীতনিদা। লাও লাও চঙলকউ ইবুংঙো! হঙোইমু। ইতৈমগা হেক্তা ফমশি লাও। অহুদি নোংমা অমমুক ঙা চাক পুহুনা লাকপা হায়বহুনি। মফম অমা চং-লুদৌবা ৱাংলি।"

ওহাক্তং নোংথাংগুম ওথকহল্লমলগা থোকখি। অনাবনা তিঙক তিঙক য়েংহুনা লৈহৌই। কার থৌখিবা মখোলদো অস্তুম লাপথোকখ্রে।

মসিগী মথাগী ৱারীদি কয়া লিফম খঙদে। খরা চনৈনৈ। থা অহুম মরিগী তুংদা নোংমা ইবেম্মশিং কোলুপতা ৱা ৱা লাউনরকই।

অহিঙ অথেংবনি। খুদক্তা সন্ত্রি চেনশিন্নৈ। ইমাইপেম্মা ইবেম্মা অপাম্বীনহাগী য়েনখাদগী মশক খঙদবা নুপা অমা থোরকই হায়। করিনো হংবদা খুমদে, ফুরগা হংবদদি করিনো অমা খুম্মি হায়। অতুবু হায়দোকনখিদ্রে নুমিং নীনি চাক পীজদনা সনথোঙদা থম্মী, নুপাদো হংনবদা মমিঙনা—তোলহন দোলাইপাবা।

"হন্দকমরক অসে সনামপীতোনগা খুরা মাইবা অশৈবগা য়াম্না চিকথনৈকো।" সনামপী য়াইমনা অফং অফং ফাহনা রারী শায়। নোংমদি তানজা য়েংহুনা মাইবা অশৈবনা সনাচরন্দা হংগৎপা তাখি—"ননাই সনামপীতোনগী অনাবা অসিবু কয়া মথোঙ চারোই-দৌরিমালে। মাইবীহুম চঙগদবা মতা মাল্লি। ময়ূমদা নোংম নীনি লৈহন্দুনা য়ৈশিন্নবা তৌহল্লুবনহুম ফগদরা ঐজ্ঞা?"

"ফৈ কৈদোগে। ইনাও অপাম্বীনহানা লায়েংনবা শেন হুল্লি হায়বদাইনে।" তাকপীরকই সনায়াথং।

মতুংগী নুমিত্তগী সনামপীতোন অমুক কোম্মুংদা উখিদরে। চাননা মাইবী চঙগ্রবরা খঙদে।

সনামপীয়াইমনা ইশিশিনা নোকহৌই।

---

## ৩। হোটেলগী কুন্দালৈ

[ হিজম গুণ সিংহঃ—খৃষ্ট কুম ১৯২৩ ফেব্রুৱারীগী তাং ১ দা কৈশামপাৎ থোকচোম লৈকায়দা পোকই। গুৱাহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী আর্টস গ্রেজুয়েট অমদি আইন্দা বি, এল, নি। মণিপুরী সাহিত্যগী উপন্যাস অমদি ৱারী মচাগী লমদা থোইদোক্না শীংথাবা য়ানা খুদোল তম্লবা অইবনি। মহাক্কী থোইদোকপা হৈনবসি উপন্যাসতনা ৱারী মচাদগী হেন্না লৈবগুম উই। অইবগী হৌজিক ফাওবদা ফোঙলবা লাইরিকশিংদি—'লমন'; 'ঐখোয় তাদা'; 'খুদোল'; 'অরোইবা পাউদম'; 'ফিজং মরুমদা' 'বীরটিকেন্দ্রজিৎ রোড; লংজিন মাঙ্খ্রবা কিশি' নচিংবা অসিনি। মণিপুর সরকারগী ডিষ্ট্রিক অমস্তুং সেসন কোর্টকী শেরিষ্ট্রদার ওইনা ওইনা সাহিত্যগী সংস্থানশিংগা নকুবা মরী থমখি। ১৯৬৪/৬৫ দা 'কলচরেল ফোরমগী 'ঋতু' গী ইডিটর অমুগা ১৯৬৫/৬৬ তনা সংস্থানসিগী প্রেসিডেন্ট ওইখি। ১৯৭১/৭৩ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী জেনরেল সেক্রেটরী অমুগা ১৯৯০/৯১ গীনা সংস্থানসিগী প্রেসিডেন্ট ওইরি। ১৯৭৩।৭৮ দনা মণিপুর ষ্টেট কলাএকাডেমীগী একজেক্যুটিভ বোর্ড মেম্বর অমুগা সেন্ট্রেল সাহিত্য একাডেমীগী এডভাইজরী বোর্ডকী মেম্বর ওইখি।

১৯৬৫ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা অইবগী উপন্যাস 'খুদোল' দা 'যামিনি সুন্দর গুহ মেমোরিয়েল গোলড মেডল,' পীখি। ১৯৮৩

দনা মাগী ৱারী মচাগী লাইরিক 'লংজিন মাঙখ্রবা কিশি' দা ষ্টেট কলা একাডেমী এৱাড ফংখি। ১৯৮৫ দনা "বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড উপন্যাসতা সাহিত্য একাডমী এৱার্ড লৌখি।

অইবগী ৱারী মচাশিং অসিগী খুলাঙ্গোক অমদি মফোঙদোক অসিদা থোইদোকপা অওনবা নত্রগা মথল মখাগী ওইবা টেক্নিক শীজিন্নদে। এটমোসফিয়ার শাগৎপা নত্রগনা কেরেক্তর য়েকপনা হেল্লা থৱাই য়াওই। সমাজ অসিদা লৈরিবা তোল্ল-তারবা লায়র-অনঙ কয়াগী পাঙ্গল থোকত্রবা পুন্সিবু কুপ্না য়েংলগা ৱারী লীরি। 'লংজিন মাঙখ্রবা কিশি' লাইরিক্তা য়াওবা 'হোটেলগী কুন্দালৈ' মিংথোনবা ৱারী মচা অসিদা অইবনা মরায়বক থীরবি পীক্লিবী কুন্দালৈনা মতীক মপা চান্নদবা হোটেলগী থনক পূম্নমক খোন্দা থীনা থীনা চৈগল্লবী ইমা, থোরানীগী খদাং মখাদা লৈহনা হুমীৎ চুপ্না থবক তৌবহু নীংথিনা ইরি। অহুক শাথিরবী ভেরবীগী মর্তি লৌরবী হোটেলগী ইমা থৌরানীনা কুন্দালৈগী মরায়বক থীবগী অশেঙবা মশক খঙলকপদা অমুক থাদোকপা তৌদনা মথাঙ্গুংদা চেৎনা কোনশিনখিবা উৎলি। অরোয়বদা পুন্সিগী য়াম্না ওন্ন-তৈনবা মশক অমা অপাবশিংদা উহল্লি ; ঈরোয়ননা মীওইবগী থম্মোয়ঙ্গুংদা লোত্তুনা লৈরিবা মীওইববু হুংশিবগী ঈচেল অহু য়েক্নুনা অপাবা-শিংদা অনৌবা ঈহৌ অমা পোকহল্লি ]

"হাই শকথীবী, কামুরোং, নোং হেক ঙানবদগী ঈশিং বালটিন অমতা শোকউচো চংখিবত্থু হৌজিক লাক্লিবসিরা ? নখিবোং চাবদা থৌনা ফবদোনা নোম্বদস্থু ফরবদি ফগদৌনি। হয়েংদা ঙাইরে নমা মোলহাইনবীত্থুনা ইচাগী তলব পীরো থৌরদৌৱা। শেলদি পৈশা অঙাংবী অমত্তুংকা ৱাংকে য়ারোইদৌনি।"

থৌরানী মায়মুনা অয়ুক ঙন্তাত্থুদা শীংলি নাওরী হেক থোক-পমখৈ লাউরকই থোঙজিনপান অত্থুদা লেপ্তুনা-মমাংদা লেপ্লিবী, মুপীমচা কুন্দালৈদা। মুপীমচা কুন্দালৈ চৈরিবত্থুগী অর্থ খঙলম-গদ্রা খঙলমলোইদ্রা খঙদে। চাউদম থীবননি খঙদে চহী য়াম-দ্রিবননি খঙদে মুপীমচাত্থু পংচাউ চাউনা উদে; মশা মউস্থু কনগদৌৱা মতৌ মান্দে, মশা পায়, তচেপ তচেপ্পী। মখুৎ অনী চঙত্থুনা পুরক্লিবা ঈশিং চোল্লবা বালটিন অত্থুনা ঙম্লপ তৌনা উই। অত্থুবু মথৌনাদি কাবক লৈনা উই। য়েপ্পা থুংবোই থুংদবোই মশমত্থু লুতুংদা ফদি মচেৎ অমনা পুল্লপ পুনশিল্লি, মতিক মপা চাদনা চাউরৱা লুম্লবা বালটিনত্থু মখা চীক্কুনা পুরকই।

হোটেল কাখৎফম থাক্তা ঙাইহাক লেপ্লুবদা থৌরানী মায়মুনা চৈরকপনি, মমিং অনীমক ঈ হেক কাবমখৈ শাওনা। মহাক উতিং-ৱগুম চপ লেপ্তুনা লৈরে, মমায়মায়থোং থাঙ্গংলক্তে, মাগী থৌ-রানীগী ভৈরবীগী মূর্ত্তিত্থু উগনি কিবদগী ওইরমাল্লে। মনাক অত্থু-রাইদা অয়ুক্কী চা কপ অমত্তুং য়োৎহৌদ্রবদি নোংমত্থুগী শিন পাঙ-লোই থন্দুনা লাকপা তোমাল বাবুনা অরাম থৌরাংনা ঙায়রম্লবা

অচৌবা লীনগী মাংদা চোংফম খণ্ডদনা তনিক তনিক খাঙবা হণ্ডোই মচাতু উবদা মুণ্ডাইরুদ্রমাগ্লে অমুম্না হায়রকই, "কদায় কদায় খুরা থাঙ্গৎপীগে, নংগী থৌরানীসি মরীন য়াম্না খাবনি। নঙদি হায়রুম্নু অজ্ঞাহোয় ফাওবা আ—কাচিন্দা বোগ্না হৌনরিবসিনি।"

থৌরানী মায়মু কুচুদবু কয়া পান্দে, শনদোন ঙাংই, মতু থরা চোম্মী হায়বদনি গোড়ীয়াগী জাত্তি মানা হৌদোকচবগুম ঙস্থোক্না চেকশিন্না ভাকচরিবনি ; ঈরুজবা কারকপদা ঈশিং চাই চাইতুনা কারিবা জাংনি। অয়ুক্কী 'শিঙ্গার' নংনবা ঈরুজবমক্কদা কুচু নৈশিনখ্রিবনি। থায়না মমাংদৈ ওইরবদি আ মমুংলোমগী অশেংবা বামোন থৌরানীনি হায়তুনা য়াম্না শেংনা লোইনগদৌবা জাংনি।

"তাদা কৈনো অ:শেংবনিনে ঈশিংদো! শম শাকা তৌবীনু। ঈরুজরগা শোকহণ্ডরিবনি। মী খ্বাইগী হোটেলগা ঐখোয়গী সিগা মাম্নবোই নীংবীনু!"

হায়রম্লগা থৌরানী দারীদগী ফন হেক চোংথরকই। মানা চোংথরকপদা ফোপ হাতুনা শাবা হোটেল শঙতু খা-ব্রাং ফেৎ ফেৎ হাইহৌই। অচৌবা মপাম্বোমতুনা চাউই হাযবা বালটিন্দু তাপ পায়তুনা লাকখুৎখিবতু মশা নানবী ইবেম্মাশিংনা হেণ্ড বেগকা য়ানবতু মভাই। তোমাল বাবু ফনা মুংঙাইবা কুপ্মে অমা য়েং-বগুম য়েংহৌই। মুপীমচাহুম্নু মাগী থৌরানীগীতুংদা তবি তবি কাখংচৈ। তোমাল বাবুম্নু হোটেল মমুং য়োখ্রে, শোনতক তোরবা চৌকী অমদা ফমথখ্রে!

হোটেলগী চাকথুমদা বোয়া হৌবগী, ঙৌবগী, থোং-থাকপগী জি-জো ভৌবা মরক অতূদা থৌরানী মায়মুনা লাওইবদু মতা অমনি, মুপীমচা কুন্দালৈ কাং থরো ওনবগুম উন্ন উন্ন লৈরি পাউখোন চৎপদা। মপান অসোমদস্থু শেংদোক্কবা য়াদে। বাবুশিং ময়াম্না চা থকপা, বোয়া চাবা হেক লোইয়কপদা লুখাক চাখাক ময়ামদু শেংদোকদবগী চেন্থোয়কই কুন্দালৈ। চৈরক অসিদা লাউরকই থৌরানীনা,

"হাই শকথিবী নওবুনহাই য়েনখাদগী শীংদু পুরকউনে। গাড়ী থারমদাইগী ইমন্ত্রিভৈসিদা চাকসি লোইংথোকহৌগেনে।"

কুন্দালৈ কপ প্লেটশিংদু টেবল অমদা প্লপ্ থনয়গা য়েনখা-রোমদা তনচেন চেনখ্রি। চিঙৈনা বাবুশিং খরা লেওশিল্লক্রে।

"থৌরানীহোয়গীসিবু অঙাংকা অমত্তা লৈজক্রবরা ল্‌থাকঙাক্তা ঙাম্নরিসিবো"

"হো ইবুংঙো অঙাংনেদনা চাবতমক থৌনা ফবা থবক্তনা লিরি খোইরিবা অমা ঐখোয়গী আজ্ঞাহোয়সিনা হোয়া ফবদগী যজামানগী মচা অমা থম্মিয়ে। অহাঙবা অদোমদা লেঙশিল্লো!" শীং অথায়বা অমা অনী পুত্তুনা ঙম্বোই ঙমদবোই চেনশিল্লকই কুন্দালৈ। মাগী থৌরানীনা মখয়াৎ শেগায়বমখৈ কৌরকপগা তান চান্নরুরে। কিবোই খংবোই লময়াইদুদা তুশিল্লে; কপপ্লেট পৈরিবা টেবল অদোমদা থোকউতুনা ঙম্নমক লৈমায়থক্তা ওন্থরে—অকাই অতোই য়াওরে।

থৌরানী মায়মুনা পাইথোরকপা নোংথাং কুপ্পগা চপ মান্নৈ। "শিররনিহাই শকথীবী, মথোঙ থাঙবদা খুবৈ অম্পূপ চুমদবসিবু করিনোনে। কপপ্লেট মথৈ ওয়া থুগাইরেদনা সিদে!"

মাবু ভুরুব্রা হায়বহুমক য়াই কুন্দালৈনা হৌগৎখিবা। তনহৌ হৌগৎলক্লগা শীং অথায়বশিংহু চাকথুমদা থম্মুরগা ভম্বোক থোক্ল-ক্নুনা কপপ্লেট অকায় অতোয়শিংহু থুঙংলৈ। থৌরানীগী আজ্ঞা শানোইস্নু লেঙথোরকই, "মায়মু নঙননে চৈবগা থাংবগদা অঙাং অসি পুমঙাও হেক ঙাওরে। পোং পুন্নমক লোইবা তারেনে পেশ্মা, থুরা হল্লোনে নঙবো।'

"করিগী লোইজন্ননি, লাকখিসনু মমা পেদৎনবীহু। মচানা থুগায়বনি মমল ককহৌবা তারে হায়রগা হেক লোইরে আজ্ঞানা নক্রনেসিবো?"

"হরে হরে ঐঙোন্দহুম তারকদৌরিনা নংগী ব্রাসিদি!?"

"তাবা নত্তেনে, থবা ওন্না থোং-থাকসি. নংবোই নংদবোই হোৎন-বসি মেন তাদে, য়াহৌ খিত্তং ঙনসি হায়জবদো ক্লমিদাং অরা পোথারিবনি হায়হুনা চে হেক পায়খিবদগী মী লাক্কুনা থোঙ থিঞ্জিমথৈ হৌদবা নত্রা ঐখোয়গী হোটেলসিবু!"

ময়াঙদা পায়রক্লমাল্লে মথা তারমদ্রে অজ্ঞাহু।

চৈন-চৈন লাউনা লাউনা অযুক চাকচামাং লেনখ্রে। থরা মী লল্লকপা তাঙ্গা অসিদা ফান অশাংবা অমদা কুন্দালৈ তুমিন ফয়ম্বদগী উইরুম উইরুম তৌরুই, ফান্দগী ওম্বরমগদৌই। মায়মুম্নু উরমাল্লে চৈরকই,

"নয়া তেল্লগেরা শক্তা-থী। নথিবোংতু চাথোক্লরোনে মী থরাঃ লল্লিগ্ঙেসিদা !"

ইফিং ফিংনা হৌগৎলক্লে কুন্দালৈ। চাকথুম-কারোমদা উইদা শানা চঙশিনখ্রে। মাগীনি হায়দুনা লাম্থোক্লক্লিবা চাক-এন্দোং-বোরা কাংঙৌ হাপ্লা সিলভরগী পুখমতু মমাংদা চিংশিল্লগা চাক চাগদবগী ফমথখ্রে। চাক চখোম অমা হেক থাঙ্গৎলকপদা মঙায়রি কদোম-দগীনো হাইজিল্লক্লে ; হংলকই — "থৌরানী চানবা করি করি লৈবগে ?"

"ইরৈ হেক লৈ, করি তৌরকউগে ইবুংঙো ?"

"টেবল অসি অমুক্তদি শেংদোকহনবীয়ুদনা !" অমনা হায়রকই। ৱাতু তাবদা কুন্দালৈ চখোমদি থাদদে, ফমফমদগী হৌগৎলে। খৌরানীনা লাউরকই, 'নথিবোংতু নীঙথিনা নবুক থল্লবা চাখো-নহাই অঙাওবী ! নঙনা লেপ্নতু কনানা চাবীনি, মাঙহল্লগেরা ?' মপাল্লোমদা থুম্মুই, "অঙাং চাক চারি ইবুংঙো; অহাঙবা অদোমদা লেঙশিল্লু, হৌজিক্তা তৈথোকচরম্বনি মানা, বোরা পুথোরক্লগে।'

কুন্দালৈ কমথখ্রে। মশানা চাবা থকপা তপচৈ। মপান্দা লাক্লম্বা চা থক্লম্বা বোরা চারম্বশিং চৎনখ্রবাফাও মাদি চাবা লোইদ্রি। মখ্যাংগা কল্লা লাকশিনবনে, চাক্লগা য়াম্না চাশিনবনে পোকখায়-দৌগুম উরে কুন্দালৈ। চিঙৈনা মাই থৌরানীনা অমুক ওনশিল্লকই, 'ওক্রিবরনে নঙবো, করি হাপ্লীরকখো হায়বগে ?"

"ওকএ ইমা থৌরানী।"

"ইহে উকাবী অমা লৌবসিন্থু হাপহৌদ্রে লাঙবদা, সে অসিন্থু চাথোকখো।' চাকলুক পান্দা থাদরকই থৌরানীনা।

ন্থমিদাংব্রাই য়াচংলকপদা অমুক শগোন কাংজৈ চাবগুম নোমজৈ ন্থপীমচা কুন্দালৈ থৌরানীগী খুৎলম চানবা। ন্থমিদাং পুং তরেৎ হেক তাবগা হোটেলগী থোঙ থিংই, কোল্লীক ফেংচান্নবগী, হয়েংগী অমুক শেম শানবগী। কাংলম হারম চাদবশিংনা অতাওবা, কংঙৌ য়াম্না হংলৈ হোটেলসিদগী, মখোয়না পাম্বা থুম-মোরোক্কা চুনৈ হায়ত্থনা অত্থবু পুং ৭ কী মতুংদদি থক ফংদে। ন্থমিদাং থৌরানী-খোয়দা হল্লক্লগা ফমুং হেক য়ৌখিবগা কুন্দালৈ তুমথবনা হান্নি। খোন্দা থীবা অত্থমুক অঙাং অত্থগীন্থু চেকশিল্লি মায়মুনা, নোংমতা মানা তুম্নমদাইদা কুন্দালৈগী ফমুংদা চঙলক্কনা য়েংলমদবা য়াওদে।

নোংমা নীনি লৈরগা পোইলা তাবিক শুরকপদা কুন্দালৈগী মমা থরো য়ৌরক্লে। মচান্থপীনা কপ-প্লেট ফেংলম্বা থেংনৈ অত্থবু কৌরমদে চাথুম-কারোমদা পবপ পরপ চঙশিনখি। কুন্দালৈনা মমা লাকপা উবদা হরাউ হবাউ য়াতোন ইরং লংনা নোক্লত্থনা কৌগে তৌরম্বা মমানা উশিন্নরমদনা চঙখিবা উবদা ন্থংশুক ন্থংজা-ননা লৈহৌই। মথুং মশা হামদোক্লগা মান্থ চঙশিল্লকই অত্থবু থোঙজিন কানশিনবা ঙমদ্রে, মহাক্না নহান কায়হনখিবা কপ-প্লেটশিংত্থ থোঙজিনপান অত্থদা পুল্লপ পৈরিবত্থ উরুবদা—

থৌরানীনা উরাউ থরাউ কৌরকই. "কুন্দালৈ শক্তাথী" লাউনে অসিদা" খাই লাউই কুন্দালৈ অত্থবু চঙদবদি য়াদ্রে, চঙলক্লে।

"নমা লাকইৰসি নমিত্তু উদ্রা নঙবো ? নহানগীছ্ পুরকউনে।"

কুন্দালৈ ভঙক ভঙক য়েংহুনা লৈরে নহানগীহু পল্লকপদা চঙক্করিঙৈ অসিদা মায়মুনা খংলাউ লাউরকই, "অপঙ অসিদে, নহান নঙগী তাচৌগীনি হায়হুনা ঐখোয় অনীনা লৈরকপা মোজা ফুরিংতুবু হায়বনি। কাওরব্রা নঙবো মীথীবোং ?"

খোইরুম নোকচৈ কুন্দালৈ, পরপ পরপ চেনখিহুনা থৌৱানী-হোয়দগী লৌজক্করে মোজাফুরিং অহনবছ্।

মমানা হায়রকই, "নঙ পাজিস্ মশা থৱা ফরে, নংবু উৱাীংই হায়হৌই।"

"চংনীংব্রনে কুন্দালৈ ?" থৌরানীনা হংলকই।

পাউখুম পীবগী মহুত্তা কুন্দালৈনা অমুক হংলকই, "ঐখোয় তাচৌবু কদৌঙৈ লাক্কনি হায়বগে ?"

"পাউ অমত্তা তাদ্রিদা।"

ইঙক ঙক্কা য়েংথোরকই মায়মুনা হংলকই,

"কদায় চংখিবগেনে মাবু ?"

থরো খুমদবা য়াদ্রে।

"ননাই ঐস্থু অহুক মুন্না খঙদেদা আজ্ঞা থৌরানী। মাগী মাম্নগী মতুং ইন্দুনা চংখিবনি, আসামদনি হায়ব্রা কৈনো। পাপ ওইরবনি ঐনা তৌরিসে।"

"এ, অঙাং মানা আসামদা ?"

থরো মমায় পুবা ঙম্রক্রে, মমিং অনীমক পিনা, থমহংলে।

পিক্লিবী কুন্দালৈস্থ মমিংভা মপি ঈরা চেন্লে। মমানা পাক খুম্নক্তবা উবদা হিক হিক তৌনা হায়রকই, "চেক শাবনি হায়রম্মী ইমা থৌরানি।"

মায়মুদো মমিং মনা চপ য়ুংখ্রে কুন্দালৈদা চাগদৌগুম অমুক য়েং মমাদা অমুক য়েং অতুক লাউগল্লবী মানা রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙখিদ্রে।

"খঙদ্রেদা আজ্ঞা থৌরানী ঐগী ইনাক্তা ঙাইহাক্তা লৈয়ু য়াদে মচিন মৌপ্বা অনীমক। মখোয়বু লুনা তৌদবস্থ নত্তে মপা অসিনা, মখোয়গী খনবদা থোকউবনি ননাই ঐস্থ। করিন্নুংগীনো ঐনা তৌরুরিবসি খঙদ্রে।"

কুন্দালৈনা অমুক হায়রকই, "ঐখোয় তাচৌনা হায়রম্মী, মহাক লাক্লগা ইখোল অমা লৈগনি অতুগা য়ুম শাগনি, তাচৌগা ঐগদা লৈগনি, "ইমাগা মাগা অতুম লৈজহৌনি হায়।"

"মা হায়বদি কনানিনা ?"

"ঐখোয় ইমাগী নুপাদো"

থরোত্থ মমায় হাইগৎলকখিদ্রে। কুন্দালৈনা থৌরানী মায়মু- রোমদা ওনশিল্লগা অমুক হায়রকই, ইমা থৌরানী ঐখোয় তাচৌ লাক্লিফাও ঐ নখোয়গী হেটেলসিদা থবক তৌখিগে।"

থৌরানী মায়মু কুন্দালৈবু য়েংলগা মমিং অনীমক মপি ভরং তরং চেল্লি। হিংচায়াইতম্বী; 'হাৎ তুপকদোগুম উবী; চৈগন্ থাঙ্গল্লবী মায়মু রা অমত্তা মচিন্দগী থোকলকউ য়াখিদ্রে। মমাংদা

লেপ্লিবী শকথীবী কুন্দালৈবু মথান্নুংদা চেক্তেং কোনশিনবীরে; মনাক্তা ফম্লিবী থরোদা তপ্না হায়রকই;

"থরো; কুন্দালৈসি ঐগীসিদা থরা লৈজখিসন্নু মাগী তলবত্তু পুখো নঙ আজ্ঞাদগী।"

মাগী অচৌবা মপান্থোমত্থনা কোল্লগা কুন্দালৈবু পুত্থনা মপান্থোমদা থোকখ্রে; থরো ৱা অমত্তা য়াল্লকখিদ্রে; লোন থোক্নবা মীগুম লু-রুক্লনা অত্থুম লৈহৌরে।

# ৪। ইমা খুল্লাকপাগী নোংগাংহৈদো।

[ খাইদেম প্রমোদিনী দেবীঃ—খৃষ্টকুম ১৯২৬ তা কাককৈথেল থোকচোম লৈকায়, ইম্ফালদা পোকই। কুমারী অইবী অসি গুৱাহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী আর্টস গ্রেজুয়েট অমনি। সেণ্ট্রেল ইন্সটিট্যুত ওফ ইডুকেসন, দিল্লীদগী বি, এড্স্ পাস তৌখি।

অইবী অসি ছাত্রী ওইরিঙৈদগী হৌনা শৈরেং ৱারীমচানচিংবা ইবা যাম্না পামজবা মীওই অমা ওইরকই। অতুনা মবক মরক্তা শৈরেং, ৱারী মচানচিংবা কয়া ইতুনা লাইরিক ওইনা ফোঙবা হৌরকই। মহাক্না ইহান হান্না ফোঙখিবা লাইরিক্তি, ৱারী মচাগী 'পুন্সি মৈরা' কৌবসিনি। মসিদা য়াওবা ৱারী মচা অনীনা অইবী মশামক্তীনি অতুগা লেমহৌরিবা অহুম অমনা মহারাজ কুমারী বিনোদিনীগীনি। হৌজিক ফাওবদা অইবীগী ফোঙলবা লাইরিক পূম্না ১৭ ওরে। সাহিত্যগী মচলনা, শৈরেং, ৱারী মচা, লীলা মচা, ওমাং লীলানা অথোইবনি। মথোয়গী মরক্তা—মুজা ফিদম; লৈমরোল; খোর্জেইগী মঙলান; পলেম লৈপাকলৈমা; লাংলেল থাদোই; লোইক্তিং লোইয়া শৈরেংলৈ, থিংঙেল লাইজ ঈৱাওখোল; ইমা খুল্লাকপীগী নোংগাংহৈদো; মমাদো লৈশাবীদো অঙাওবীদো; অবোকী মঙলান; হাউইকো হৈথা হাউইকো হৈয়েন; মহালক্ষ্মীগী খুংপায়শেল, কবোক ওইখরবী কবোকলৈ; নূরা ৱাইখিংকোম্মু; হেলোই হেলোই মীহেলোয়; ইক্রিসাটকী কুলী মুপীনচিংবনি। হৌজিক হৌজিক-

মকস্তু লাইরিক ৫/৬ নম্বনবা প্রেসতা লৈরি।

অইবী অসি অহানবদা ১৯৫০-৫১ দা আনন্দসিংহ একাডেমীদা ওজা ওইরমই। ১৯৫১ দা তম্ফাসনা গার্লস হয়ার সেকেণ্ডরী স্কুলগী ওজা অমুক ওইখি। অসুম্না ওজা ওইরম্লগা ইং ১৯৫৯ গী নবেম্বর তাং ১৮ দা ডিভেলবমেণ্ট ডিভাগতা মুপীগী প্রোগ্রামগী ডিভেলবমেণ্ট কমিসনর ওইনা থবক পুবা হৌই। অতুগা ইং ১৯৭৬ তনা ডিভেলবমেণ্ট বিভাগকী অঙাংশিংগী প্রোগ্রামগী ডাইরেক্তর ওইনা ফম কাখি। লোয়নননা অইবী অসি সাহিত্য কলা অমদি সংস্কৃতিগী সংস্থা কয়াগা নকুবা মরী লৈনৈ।

'ইমা থুল্লাকপীগী নোংগাংহৈদো' মিংথোনবা লাইরিক অসিগী মিং অসিমক পীরবা য়ারী মচা অসিদা অইবীনা লোতুনা লৈরিবা মীওইবগী মুংশিনবা মরী অসি য়াকায়হনবগী ফজনা লীবা য়ারীনি। য়ারী মচা অসি ট্রেভেলোগ কাওলুপ্তা থম্বনা হেন্না মফম চায়। অইবীনা সরকারগী কর্ম্মচারী ওইরিঙৈদা থবকী ওইনা তমেংলোংদা চংলুবদা, মতম অমদা চংনরম্বা হোজিকনা থওইবিত্রবা কুইরবসু ফজরিবা দৃশ্য কয়া য়েক্লি। অহল ওইরবী থুল্লাকপীগী মফমদা অইবগী উরুবদা পোকখিবা মুংশিবা অমদি অঙৈবীগী মকমদসু অতুগা মান্ননা পোক্লকপা মুংশিবা চীং-তম, ধর্ম্ম, জাৎবিজাৎনা খন্দোকপা ওমত্রবা মীওইবগী মুংশি লিচিংনি থাইনরমদাইদা মচা মুপা অইবীদা তমখিবা অচম্বা থুদোল অমদি মীৎ মরীগী পিরাংদি [illegible] শীন্থরি।]

মোংচুপ চীংশাং চৎপা অহানবা খোঙচৎনি পুন্সীগী। পুক্নীং ভয়াং ভশোই। অন্না মুংঙাই য়াম্নৈ রাম্নু ন্নাই করিগীনো খঙদে। নাল্লবা কোলাস লম্বীদা চেল্লি জিরি জিরি ঐখোয়না ভোংলিবা জীপ গাড়ীদো। খেন্না খেয়না ঙং ঙংহুনা কাখৎলি জীপতুনা। অঙম্বা কাবগী সোর মপী হে জিন'[illegible] জীপতুনা ঙংলিবদো।

লেম্বা লৈতা স্নুম খোরকপনা ফনা য়াম্না চঙশিল্লক্রে। চীংশাং পারংশিংহু উবদা নীংশিংলকই অহল লমনগী পাউরো। পুক্নীং হুনা নীংথিজরবা তুমিন তুমিন লেপ্লিবা চীংজাও পরেং কয়াদা মোং হাস্ত্রিবা লেঙ খোৎপস্নু ভোদে লেমখ্রে। মসি উবদগী প্রমান তৌনরম্বা ওইবা তায়—চীং লেমখ্রেদা কজখ্রেদা ভম্পীদা হায়বসে। চংলি ঐখোয়গী গাড়ী খৌরি লেম্বা লৈতা। উরকথি ঈশিং চাইবী মচা কয়া ইরং ইরং লং চীংমায়দা চেন্থবা। তারকথি উচেক মচা কয়ানা মুংশিনা খোংবা।

অস্নুম লাকপনা মুংথিলগী পুং ২ রোম তাশিল্লক্রে। ঐখোয়না ইম্ফালদগী সাত্রা তৌরকপদি অয়ুক্কী পুং ৭½ দনি। মতমদো ভমেংলোংগী লম্বী ফংত্রি হৌজিক্কুম। ঙহাক পোৎথাসি হায়হুনা গাড়ী থাম্মগা পোৎথাই খোং ১গী মপান্দা।

ঐবু ভমেংলোংদা টুর চৎলূসি থবক য়েংঙুসি হায়হুনা পুন্নিবা অবুংবনা হায়—মফমসি ভমেংলোংগা থারোনগা অনীগী লমথায়নি। অন্নাংথংবা ভোর্ব্বান্দা চৎখ্রিবা লম্বীসিনা থারোন তাবা লম্বীনি। মাইল ৫ রোম চৎলগা থারোন [illegible]

পাকপসিনা তমেংলোং য়োৎবা লম্বীনি। গুরুং পল্লকপা অহুদ: ঐনা খঙনীংখি করম্বা মথক্‌পী গুরুং গুইরমগদগে? ফুঙ্গাৱারীগী ভাবনা শাবা গুরুং অহুগুম্বা ওইরিদরা? নত্রগা মমাংত্তৈ চেরাপুঞ্জিদা চঙলুবা গুরুং অহুগুম্বা ওইরিদরা? ঐনা হংঙি—অবুংবা নঙনা থারোন্দা গুরুং লৈ হায়রিবসিবু কয়াম চাউৎলোনে? মী চঙবা চনবা জাৎলা নত্রগ। লমহুই মথুলগুম্বরা?

অবুংবনা খুমলকখি—ওঝানি হাইকেৎ চাউমাল্লে। ঐমক্তি চঙলুদ্রি। মীনা হায়বদগী ভাবনি গুরুংহুদা নুং মমল য়াম্বকাম্ব ফংমাল্লে। য়াম্না শাংনা চঙঙিম্ব হায়। অহুগা শেকপী অঙৌবম্ব য়াম্না লৈ হায়নৈ।

অম্বুম্না ৱারী শানা শানা চংলি তমেংলোং পাংলি। থারোন মম- খাইদগী মাইল ৩।৪ চঙশিল্লগদি লম্বীহু য়াম্না থুই মপানহুম্ব অঙকপা ফংনা ওম্মী। ঐগা চংমিল্লরিবা পিয়ন অমুনা পাড়ী মহুংদগী মখাদা লোকখাদা য়েংথরুমাল্লে—ইস হায়রগা মমিং মমায় খুমজিনখরে। করিগী মমায় খুমজিল্লিবনো হংবদা মানা খুমলকখি - উত্রবদি থরা কৈ। ভমগ্রে ফল্লাংগা চপ মাৱৈ মসিদা ওম্বরবদি শক পুম্নমক বেসন অহুনা উদনবা মায় মিং থুমজিল্লিসিনি।

অবুংবনা হায়—মসিগী লোকমায় অসিদনি লম্বী ককপদা চীং নীংখায়রকুনা মী ৭ পুম্নপ নক্দুনা লোকখাদা শিখি হায়বদো। অহুদগী মফমসে ৭ লোক কৌখিবনি। মহু ভাবদ্বা অমুনা অবুংবগী মচিন মেম্লি হায়—ভম্মহু কিবনা হকচাংসে চেঙ খৈগুম নীল্লে। ভম্মগুকো তা অবুং।

অসুম্না লাকপনা নুমিদাংবাই মমলি মমলিবা অচুবাইদা ঐখোয় তমেংলোং য়োরে। অবুংবনা হংডি—ঙঝানি কদাইদা থুংসিগে ? বিডিও সাহেবনবুদি আইবিদা লৈনবা শোয়দনা শীল্লমগনি। অচুদা ঐদি ঐখোয়দা থুংহন্নীংখ্রেদা। ঐনা থুম্মী—ঐস্থু নঙগীদা লৈবা পাম্মী। বিডিওদা পাউ হোদোক্লম্মসি অচুগা নখোয়দা লৈক্লরসি। অসুম্না ঐখোয় অবুংবগী ময়ুমদা থুংলে।

নীংথম থানি। চুংশিং মরক্তা লমশাং লাকপগী ঈংবন' ঐখোয় পূমমক মৈ ভীকনীংল্লম্মী। অবুংবনা ইমুং চঙলসি হায়দুনা চঙলে। য়ুমলো চাউই শাংডি। চাউর চাউরবা য়ুংলিবা য়ুম্বী মখোঙশিংদু উবদা ইমুংদো হাইকেং লিংবা মাল্লি। য়ুমদুগী মনীং উথং থংবদা মৈজাও অমা হৌরম্মী ওয়াং ওয়াং চাক মৈতাল অচাকপশিংদো ইম্ফালগী মৈদু ১০ য়োম হাম্না ওজনি। তারিবা ওাঁশং ওাঙবা অচাকপা মৈতাল ময়ামদো। মৈনাক্তদা ফমলম্মী হন্নবী অহল অমা ফাল ১ দা। লাক্লিবা ঐখোয় পূমমকীগু মৈনাক্তা থাই ফাল অমমম ঐখোয়বু কাল হায়দুনা। অবুংবনা কোয়লাং লাংডি। মথন্নতা লাওবদা ইমীল নিল্লি চাউপ্রবা মুমজাওদো। ঐখোয়গী চানাথক্নবা থোং থাক্লবা কুকবীজন শীক্লি লাওলি। হাম্না লৈরমলিবা মীশিংদু মথৌ অমজম শীচুমা চাক থোংনবা শীল্লমলগা মাস্থু ঐখোয় ময়ামদুগী মনাক্তা ফাম অমা থাদুনা ফম্মী।

অবুংবনা অহল অচুদা মখোয়গী ময়োলনা করিনো থরা হায়থি। অহল অচুনস্থু খুমলকথি। ময়োল হঙদখনিনা ঐখোয় তুমিজ্জা

য়েংহুনা লৈ। অহুদগী অবুংবনা হায়—ওঝানি ঐখোয়গী অবোক্লা ওঝানিবু মাই মনাক্তা ফম্মো হায়রিবনে। ঐস্ন হৌগৎতুনা ফালহু পায়রগা অহলহুগী মনাক্তা চঙহনা ফম্মী। অহলদুনা মচিন্দা করি করিনো মুরুম মুরুম শোল্লি ঐগী কোকতত্নু নানবী। অবুংবনা হায়রকই—ওঝানি অবোক্লা হায়রিসে অবোক্লা পোকপা মচান্নুপী ঐখোয়গী ইনে অমা শিথ্রে কুইরে। ইনেহুগী মশক্তা ওঝানিগা চপ মান্নে অবোক্লা ওঝানিবু উবদা শিথ্রবা অবোক্তী মচান্নুপীহু হল্লক্লবনি হায়না থক্লে য়াম্মা মুংশি ইনশাং হাওনা থোংহুনা পীজৌ হায়রিবনে তবোক্লা।

অস্নুম্মা ৱারী শানা শানা মৈ তিকলি ইকোয় কোয়না ফম। অহল অহুনা ঐগী খুৎ পায়হুনা য়েংভি শিংপী নানবী। অহল অহুগী মতৌ উরগা মাগী খুইরবা মায়থোঙহু য়েংলগা ঐগী লৈখিত্রবী ইমাহু নীংশিংলকই। মমা অমনা মচাদা মুংশিবগী প্রেমহুনি ঐনা মুমিৎতুদা অহল অহুদগী ফংহখিবদো। অহানবদদি খঙলমদে ইমুংদো খুল্লাকপগী ইমুংনি। অহলহুনা লৈখিত্রবা খুল্লাকপগী মুপীনি। অবুংবনা মশু নীপা। খুল্লাকপীদো ফনা লৈশিন্নে চহী ৯০ শুকয়া ওইরম্মা য়াই। মশু মুপানদি মবোক্তী চহী তাংদাংবা খঙদে।

চাক শোংবা লোইরে শীন্নে। লীকান ২। ৩ দা চাক ইনশাং থেন্নে। চাক চারসি হায়হুনা ঐখোয় কাল অমকম থারগত্র লীকান মনাক্তা ফমলে। অবুংবগা ঐগা থংবনা ফম্মী। মামা হায়-ওঝানি ঐখোয়গীসিদি চীংলমনিনা লম্বীথোং ফক্তেদো অহাওবা করিমতা ফংদেনে। চাববু য়াগদরা খঙদে।

ঐনা হংজি — অবোকহোয়দি ?

মখোয়না ঙসাইনা মুমিং ভাত্রিঙৈদা চারম্মনি। মৌজিক্তি অবোক কমুং চঙথ্রবনি।

পিয়ন অমুনা হায়হল্লাম চমফুং উবদ ইস চমফুংসিদি পাম্বীনিনা।

ঐনা থুম্মী—হঙ্গামদি অহুম হায়না চাগদবনি। মহুনা চীজাকী মঙোন মাঙহন্দনা চাবগী অচুম্বা নিয়মনি। ঐখোয় অমগী মৈতৈ-শিংনা কুম্মা শোইহুনা কুপ্পা মন্দুনা চামখোত্রগা থোং থাবজিবসে মীতৌ অমদগী শোয়রবনি লাল্লবনি ভিটামিন লোইনা মাঙহন-খ্রগা চারবা চাবগী কান্নবা নৈত্রবনি। থুঙঙেদন অমু। অমুম্বা হাকুম অম্মা ঐ হায়ত্রাবাদতা ট্রেইনীং চংলুইদনা চাবা থকপা থোং থাকপগী শিন্নম লৌবা। অদুবু মতুম্দা তমলকপদো ঐখোয়-গীদি ইপা ইপুনা অহল লমম্মা থাইনদগী শীজিন্নরম্লবা চংনরমলবা ভাক ভুইরম্মে অনৌবা অমতা ওইরমত্রে।

নোং তালে। ঐখোয়না হৌগংলকপদা চাক লোইরমলে। চাক চায়ে। তোক্লগা থুনতুগী মীয়াম উনয়ে। ঝারী ঝাতাই শানরে। অরাং জপা সমস্যা কয়া থম্ম নৈনবা লোইরবা মতুংদা লম য়েংলুসি কোয়থোকলুসি হায়দুনা ঐখোয় চংলি।

অমেংলোং থুরজাওয়ুগী নোংচুপ প্রাংবদগী ঐখোয়না চুংপদো। অমুম্বনা ঐখোয়বু লমজীংতি। মখা চংদুনা চীংমায় অমদা হাইরবে। মমাংথক্লেনা লমদগী লো প্রামেন উপালশিংদুনা ছুমিন কুমিজ লেতবা খোংপা হাই হুম্বা তৌদনা নোমুক্লা তরাম তরাম্না ঐখোয়বু ওক্লিবোই

খল্লুই হৌরিবা পামেলশিংত্থু উবদা। কুমথফম থাক ফজনা লৈ লোক-মায়দ্দা। অদুবু কনানদি থৌওইবিদ্রবা মাল্লি মফমদো। শেম্বা হৌগৎলকপা মতমদা উপালশিংদুনা নৌরিঙৈ মুংপাকশিংদুনা হল্লিঙৈ ফজরমগদবদো কয়াদা ফজরমগবা? ফজরি হৌজিকসু মল্লসু মল্লা লিরবসু লিনা। লোকমায়দো হাইফেং ঙম্মী, চাউই পাকই। লোকমায়দু থম্লা হৌরি নোংগাংহৈ পাম্বী ঙাক্তা। অতৈ অতোপ্পা উপালদি হৌদে। লাঙতক্করবা পুক্নীংনা থঙনীংলবা থম্মোয়না হংজখি অসুক য়াম্বা নোংগাহৈ পাম্বী ঙাক্তা কনানা করম তৌনা থারম-লীবা? লোকমায়দো তামথখ্রি অা মখা য়েনা বরাক খোঙবান য়েনা।

অবুংবনা হায়—থায়না মমাংঙৈদা ঐখোয়গী পাথং লৈশা ময়াম হৌদুনা বরাক তুরেলদা ঈরুবা চৎনরম্মী। হৌজিক্লা মখা-দোকানগী, লমফেল্লগী সিনেমা হোল মমাঙদা চৎনরে। যুগ অমা ওইরেনে ওজানি। নুংপাক অশাংবা লম ২ রোম শাংবা খুত্থুপ ১½ রোম পাকপা নুংপাক ১ গী মথক্তা খিল্লি নুংগী চফুঙম্বা: মওংদো চাইতেঙ্গোং মওং মাল্লি। চিদাই অমদনা নুংপাকুগী মখুল অরাওবা অমসু ছুংলি। মদো বরাক্তা ঈরুবা চৎকদৌরিবা পাথং লৈশা ময়ামগী চৌংহী লুফম্লি হায়। অদুগা ঈরুবা লোইদুনা কাখৎলক্লগা পোৎথাকম্লি হায়দুনা চাং মাম্নখ্রবা নুংপাক পরেং কোয়না থারি। ময়ায়দুদি হাংভি শুমাংমুক পাক্লা। মভাই ওইরম্বা নোংগাংহৈ পাম্বী অচৌবা ১ গী মখোঙদা নুংপাক ১সু থারি সিংহাসন মাল্লা।

মথুনা কয়াদি ফজখ্রে। বিচার তৌফম মিটিং তোফমকা মাল্লি। মফম-দো সভাপতিগী ফমফমকাস্থ মাল্লি। বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথকী বিশ্বভা-রতী শান্তিনিকেতন্না ফজবা হেনবগী রাকম লৈতে। ময়ায় হাওলিবথুনা হরাও কুমহৈ তৌফম জগোয় শাকম্লি হায়। অথুগা বরাক খোঙ-মুংদা কুমথনা ঈকজরুবদগী কাখৎলক্লগা অৱাৰা পোৎথাকম্লিস্থ হায়।

নোংগাং হৈকোলদো ওস্থোকনা ফজখ্রে। মহৌশাতগী ওইৰা ফজবত্তনা লৈতেংৰা লমদম্লি। মহৌশাগী ফিজেৎ লৈতেং থোল্লিবী মহৌশাগী মমোম নোংগাং হৈকোলনে। থুঙংগী মুংঙাইবা পুন্সি চীংমুংগী ফজৰা দৃশ্য কল্লক্কবা ওমদে। মহৌশাগী অশেংবা ফজবা উজবা অহানবনি পুন্সিদা । অরোইবস্থ ওইরবা য়াই থল্লুবদা মুংশা-শোর মপী ১দি হোনখি।

অবুংবনা হায়রকই ওহাক পোৎথারিবৈত্তদা—হৈপাম্বা ওইরবদি নোংগাংহৈ পেম্না চাগদবনিদো ওজানি। মতম নক্তবনিনা চাত্রেদো হায়রগা পাম্বীশিং অথুদা হঙ্গংনা য়েংঙি কোয়য়েং য়েংঙি উপাল-শিংথুদা। ওহাক য়েংলগা হৈপাল অমদা তাপ তাপ কোন্দুনা কাখৎখি অথুগা হেকলকই পাল্লম্বা হৈরোল ৩থক মনা মখোক্কা লোয়ননা। ৩ দুগী মরক্তা ১দি কয়াগী মতীক ফজে ৬ংশং ৬াং অশংৰা মনা ৩।৪ না য়োম। অবুংবনা হায়—ওজানি হৈরোলনিনা মশক থীরৰস্থ হাওরমনি য়াম্না থুম্মমনি মহাও য়েংঙ্নে চাওনে। হৈংদো ঐমক্তি চানিংদবমি য়েংননৰা য়ুমদা পুনীংবনি। অদুৰু অবুংবনা চাও মহাও য়েংঙ্ হায়মনবদ্দা ২দি চাথোক্লে। থ্বাইদগী ফজবা

লৈরম্বনি। মুপা মুপী পুম্না ৭৮ নি জগোয় শাদৌরিদু। মখোয়না মৈজাওদুগী অকোয়বদা পরেং লেংঙি। পাকখ্রবা লম্পাক্তো পূমথল থল্লি। ঐখোয়গী মুম্বাইদা ষ্টেজদা মী ৫।১০ না শাবা জগোয় অদুগদি খেন্নখ্রে। ফিজেৎনা লশিং অঙাংবনা শাবা ফি ঙাক্তা শেৎলি। জগোয়দো কয়াদি ফজখ্রে জুম জুম জম জম পুমথল থল খনখি—মসিনিদনা চীংগী ফজবা থুঙ্গংগী শুমহৎনীং-ঙাই ওইবা পুন্সি হায়বদো। অদুক ফজবা পুন্সিসিদ' অমুক উগনি হায়বা থাজদ্রে। স্বর্গদগীসু হেল্লম্বা তায়।

মথংগী নোংঙানবা অয়ুক্তা ঐখোয় ইম্ফাল থোক্লগনি হায়দুনা ফম্মুং ফাম্নংনচিংবা য়োম্বা লোইরে। মরক্তুদা খুল্লাকপী ইমানা চাউরবা দাবু অমা চিংবোই থাংবোই তৌদুনা পুথোরকই। দাবুদুদা য়াওরম্বা ফি মখে অমমমত্তা ওইনা চিংথোক্তুনা ঐবু য়েংহল্লি। ইমা খুল্লাকপীগী লুহোংবদা মখোয়গী অহল লমন্না খুদোল তমলক-পনি মচাইদমক। মুংশিদুনা উল্লকপনি নীংশিং খুদম ওইনা ইমা খুল্লাকপীনা থমজিল্লিবনি হায়। লশিং অঙাংবনা শাবা ফি ঙাক্তনি। হৌজিক্তি লশিং অঙাংবা ফংদদুনা কনামতনা অদুগুম্বা ফি শান-দ্রেস্নু হায়। ফি ময়ামদুগী মরক্তগী অমা লৌথোরকই। শাবা কয়া কুইদ্রিবা ফিদা মাল্লি য়াম্না হল্লি। ইমা খুল্লাকপীনা ফিদু তিংথোক্লগা ঐগী নংগন্দা কুপ্পী। ঐঙোন্দা পীরিবা ওইরমাল্লে খন্দুনা ফিদু ঐনা মওং তানা ইনশিল্লে। ইমা খুল্লাকপীনা মোমোন নে'ক্তুনা চেপথা চেপথা ঐঙোন্দা য়েংঙি। অবুংবনা অর্থ হন্দোকই ইমানা

হাযরিবশিংদো। লৈখিদ্রবী অবোক্কী মচান্নুপীদো ঐনা ফিহু ইল্লগনা অমুক্কা হেন্না মাল্লে হায়রিবনি হায়না। ফিহু ঐঙোন্দা পীরকখি।

খুল্লাকপী ইমাদো ইমুংদা চঙখ্রে অহুগা য়োংচাক চরোং অমা মখুং নামনা পায় মখুং নামনা ঙরাংগী খোকখিদবা অৱাথবী অমুনবা অচৌবদো কোল্লি। অহুগা য়োংচাক্কু,গা অৱাথবী অহুগা ঐঙোন্দা পী। ঐনা কোকসে খরা নোনথরপ তৌরগা লৌই য়োংচাক্কা অৱা-থবীগহু খুম্রাকপী ইমাগী মখুংতগী। ঐগী কোক্তা নানবী মুংশিনা। মচা অমনা মমাদগী ফংবা মুংশিবহুনি ঐনা মুমিং অহুদা ফংজখিবা মুংশিবদো। ঐগী খুংতা পায়রিবা বেগ অহু ইমা খুল্লাকপীনা হাংদোকউ হায়বগী ইংগীৎ তৌবা মাল্লি। ঐস্থু ঐগী বেগ হাংদোকই। মানা ঐগী লুনা হাপলিবা নোংগাহৈ ময়োম অহু হাংদোক্লগা নোংগাং হৈহু লৌথোকই। লৌথোক্লগা ঐগী নাপদা থেংপী। শংত্রিক য়েংলগা মচীন্দা করি করিনো খরা শোনবগুমস্থ তৌই। অবুংবনা অর্থ হন্দোকই—নোংগাং হৈহুনা লৈরিমখৈ ইমা খুল্লাকপী হিংলি। লৈত্রবদি ইমা খুল্লাকপী শিংখ্রে। তাইবংপান্দা ইমা খুল্লাকপী লৈত্রে হায়না লৌকো হায়রিবনি।

ঐগী মিং ঈরা চেল্লি খুল্লাকপী ইমাগীস্থু অহুমঙাই। পি তৈথোকই ঐস্থু খুল্লাকপী ইমাস্থু। লেপতুনা লৈহৌরে খুল্লাকপী ইমাদো মপি তৈথোক তৈথোক ঐবু য়েংতুনা ঐনা চংখিবদো য়েংতুনা। ঐস্থ য়েংনা য়েংনা পি তৈথোকই জীপ গাড়ীমন্থুংদা।

অস্থুমা থাদোক্লমলে তমেংলোং, লৈহৌরে নোংগাং হৈকোল, লৈহৌরে খুল্লাকপী ইমা। নোংগাং হৈকোলদগী লুনা চেংনা

য়োমহুনা পুজরকপা নোংগাংহৈদো ঐনা ঐগী ফমফম কাগী ফক্লাংদা য়োৎপী অমা খরা ব্রাংলপ অঙাংমুবীনা শোক্রনবা য়েরে। অদুগা নোংগাংহৈদো য়ান্দুনা থমলে নীংশিং খুদম ওইনা—তমেংলোং চৎলুবগী নীংশিং খুদম ওইনা। চহী কয়া হৌখ্রে কুমজা কয়া ওনখরে নোংমতা নীংশিংলুদ্রে নোংগাংহৈ লৈরিবরা ত্রগা লৈত্রবরা হায়বদো। নোংমা খুল্লাকপী ইমাদো মঙদা উরম্মী। য়োংচাক চরোং অমা পায় মথুৎ নামনা অরাথবীহু কোন্দুনা ঐগী ইমাঙদা লেপ্পদো ইমাগা ঐগা কায়নরমদাই মতমহুদা ইমানা লেপ্পদো। খুল্লাকপী ইমাগী মুমিৎতুগী শক্তমদো খুল্লাকপী ইমানা হংবগুম তাখি নঙগী নোংগাংহৈদি। মিকপ খংথোক থোকই হৌগংতুনা য়েংঙি কমফম কাগী ফক্লাংদা। লৈবমদ্রে নোংগাংহৈদো। ঐগী তমেংলোং খোঙচৎকী নোংগাংহৈকোলগী নীংশিং খুদম। ইমা খুল্লাকপীগী থরায়দো ঐগী নাপ্পদা ইমা খুল্লাকপীনা থেৎপীবদো।

ইমুংহুদা লৈরিবা মীপুম খুদিংদা হংঙি ঐগী নোংগাংহৈহু উবরা হায়হুনা। কনামতা উই হায়দ্রে। খঙদে উদে ঙাক্রা হায়রে। অমনদি শোনথাংননা হায়রকখি চৈরাওবগী কা শেংদোকপদা অঙাংশিংনা শূম চারে, তিলাইখোম্বী ইল্লনি মিরাং থুরনি কান্নদে লংথোকখ্রসি হায়নখিবনি।

মহু তাবদগী ঐ মপাল থোক্লে অমোৎ অকাই হুন্দোকফমদা তাবরা হায়হুনা চৈত্তেক অমা পায় হোৎ হোৎতুনা কয়া য়েংঙি। থিবা ফংদ্রে। ঐগী নোংগাংহৈ নোংগাং হৈকোলদগী ঐনা পামজনা মুংশিজনা পুরকপা ইমা খুল্লাকপীগী থরায় ইমানা নাপ্পদা থেৎপীরকপা নোংগাংহৈদো থিবা ফংখিদ্রে। অহুম ফংখিদ্রে।

# তৎখ্রবা পুন্সী লৈপুন

[ শিজগুরুময়ুম নীলবীর শর্ম্মা:—২৮ ওক্টোবর, ইং ১৯২৭ তা ব্রহ্মপুর ভাগ্যবতী লৈকাইদা পোকই। সংস্কৃততা অসাম সংস্কৃত বোর্ডকী "ব্যাকরণ শাস্ত্রী", হিন্দীদা রাষ্ট্রভাষা প্রচার সমিতি ৱার্ধাগী "রাষ্ট্রভাষা রত্ন" পাশ তৌখি। স্কুলগী ওঝা ওইরম্মী। আনন্দ সিংহ একাদমীগী ওঝা ওইনা থবক্তগী পোথাই। মণিপুরী সাহিত্যগী মশক নাইবা কবি অমস্তুং ৱারীমচা ইবনি। পুন্সিদা মরুওইনা সংস্থান কয়াদা মরী লৈনত্না লৈবাক্কী সেবা তৌরকই। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, মণিপুর হিন্দী পরিষদ, মণিপুর সংস্কৃত পরিষদ অমস্তুং শ্রীশ্রীগোবিন্দজী নর্ত্তনালয়, ইম্ফালগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইরকই। সংস্থান কয়ানা মনা-মথুম পীত্না ইকায়-খুম্নখ্রবশিংগী মনুংদা যামিনি স্তন্দর গুহ গোল্ড মেদল (১৯৭২), মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী এৱার্ড (১৯৮৮) অমস্তুং সাহিত্য একাদমী এৱার্ড (১৯৮৯) শীংথাবা য়াই। মহাক্না ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংগী মনুংদা মমিং পনবা য়াবদি: অহিং লিক্লা (শৈরেং—১৯৫১), খোংজোম তীর্থ (খণ্ড কাব্য—১৯৬০), বাসন্তী চরোং (ৱারীমচা—১৯৬৭), ঈথক—ইপোম (শৈরেং—১৯৭২) অমস্তুং তৎখ্রবা পুন্সী লৈপুল ( ৱারী মচা—১৯৮৬) অসিনচিংবা।

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য শাগৎপদা মরুওইবা মচাক অমা ওইরিবা ৱারী মচা ইবশিংগী মনুংদা নীলবীর শর্ম্মা শীংথানবা য়াবা

অমনি। ব্রারীমচা খরদা মহাক রোমান্টিক ওই খরদনা কল্পনাগী শাদোংদা পুত্থনা চৎলি, অমুক খরদনা রিয়েলিস্টিক ওই, অত্থবু অয়াম্বদনা মীওইবগী ফিদমবু মরুওইবা ভেল্যু অমওইনা উৎলি। অইষা অসিগী খ্বাইদগী চাউবা মগুণদি মীওইবগী হৌনশা অমস্নুং চরিত্রবু য়াম্না মন্নুংহুপ্তিন্না খঙবা অসিননি। ব্রারী মচা তরানিথোই য়াওবা লাইব্রিক্কী মিংথোন ওইরিবা "তংখ্রবা পুন্সি লৈপুল" হায়বা ব্রারীমচা অসিদা হৌখ্রবা ইতিহাসগী লামায় ফাক্তোক্লুনা থায়নগী মতম অমগী নিংথৌগী লৈঙাক মথাদা লৈবা মণিপুরী সমাজ, নিংথৌশিংগী শক্তি, নিংথোমচা লৈমসিজশিংগী অমস্নুং মীচমশিংগী পুন্সি, লোয়ননা শাগৈ অমস্নুং জাৎ খেন্নবগী ফুরাংপান মন্নুংদা ফাওদোক্লুনা মন্নুংহুপ্তিন্না লৈখ্রবা মীওইবগী হৌনশা খরবু শাফু য়াওবা কলাদা অইবনা উৎলি। ব্রারী অসিদা শ্রীযুত চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী সনা হাক্তক্তা মজাইবেম্মা থাদোইস্নাগী পুন্সিদা থোকখিবা অৱাবা থৌদোক অমথক উত্তুনা মতম অত্থুগী নিংথৌশিংগী অকনবা চৈরাক মথাদা মীচমশিংনা করম্না খাঙবা, মজাইবেম্মাশিংগী নিংথৌমচা-ওইবগী চাউথোকচবগী শাজংকী মপানথোংগী শক্তম ফাওদোক্লুনা মন্নুংহুপ্তিন্না লৈখ্রবা মীওইবা অমা অমস্নুং য়ুনপান্নবা মুপী অমগা মপুরোইবগা লৈনবা মরী চঙথোন্না উৎলি। মেরাগী ব্রাফুকপা মুমিৎত্তা সনাকোন্নুংগী মাগুপতা জগোয় রাস খুবম্বা চৎননবগী থাদোইস্না ফি-রোল শেৎপা লোইরে। থৌগন তোগদবী মলাইম্নুপী কবোক্লৈদি মজাইবেম্মনা লৈবিখিবা ফনেক অত্থু মচেগী শেংননবা পীথোকখিবনা মরম ওইরত্থুনা মজাইবেম্মগী থৌগল তৌবদা মত্তীক-

চাবা ফিজেৎ নৈতবগী অব্রাবা খাওতুনা লৈবে। মতু খওলক্লবদা মজাঙ্গৈবেম্মনা অহনবা ফনেক অমা অমুক পীবিবদা কবোক্লেনা "ঐগ্যা ননাই ঐহাক চরৈ ফিমল ওইনা ফংজগে" হায়ন হাযজৈ। ব্রাহৈ খবা অসিনা মজাইবেম্মদা মাওলমচত্তা হোকহিবা থৌদোক অমা নীংশিংহন্দুনা ফুমবওননা লৈখি। মমা দদা অসিগম্বা মেবা থাগী পূর্নিমা নুমিৎকী জগোয বাস খবমন্দুবদা নোংমাইথেমদা যুম্বাল্লবী মজাইবেম্মনা মংমদা হল্লকপদা হব হেংহিবম্মী। মতুদা মপুবোইবনা শাওতুনা খোওপারা কাওখ। মসিন লেবাক ব্রাথোক ওইতুনা মমাক ইবুঙো নোংম ইথেম্ববু নিংথগী যাং না কৈখতুনা গারোটতা পুথোক্লুন যামা হিনা হৈবদ নত্তুন যোহ্লিং চন্দুনা শুগনুদা লোহ থাই মজাইবেম্মগী অব্রাব মতো যেংব ওমদবদগী মচেমশিজশিংনা নিংথৌদ মমাকইবুঙোগী হবাইতদি বনবিযু হাযজ-বদা মমাকইবুঙোনা মজাইবেম্মনা শেংং। খ্বাংজেং চব ফিমল মাগী নমদা থোংউ যাববদি মথব্রায কনবিগনি হাযনা নিংথৌনা য়াবম্মী। মজাইবেম্মগী খ্বাংজেং চবৈ ফিমল পুখি মচগী নুমিত্তগী হৌতুনা মজাইবেম্মগী বিধিন শেম্বা পুন্সি লেপুল তংখি।

ব্রাসবেক্তা মতং মতং ওইবা নুংগী ব্রাহৈ খব হৈশিংনা শীজিন্নতুনা মমাও পুন্সিগী নিংওমহৌদ্রবা অব্রাব থৌদোক্কী পল নমখাননা কল্লবা ব্রাখলগী ঈচেলনা অপাবশিংদা শাফু য়াওনা চৈহেং ই গ্লা। অমম্বুং মজাইবেম্মগী নিংথৌমচান্নপী অমা ওইক্রবগী নাপল তুং ওইনা হুঞ্জেক্লমতুনা মযুম পাল্লবী নুপী অমনা মপুরোইবগী

অৱাবা দশা তাবদা খাঙগমদনা লৈহৌরবী, মপুবোইবা কায়নৱবী মুপী অমগী অমসুং মা অমা ওইবগী চরিত্রবু য়ুনিভরসেলিটি য়াওনা ফজবা কলাদা অইবনা উৎলি । ]

মেরা ৱাফুকপা মুমিংনি। পূর্ণিমাগী নিংথিরবা পাজনা অতিয়া মকোয়দা মোমোন নোক্ল। থরোনচিংবা অহিং শাৎপী লৈবাং কয়ানা হবাও মথোই কাজরি। ফজবা ঋতুগী মতম ওইবনা হৈপাল-লৈপাল ফাওবনা হরাও মোমোন নোক্লি। তাইবঙ মীওইব-শিংগী পুক্নিংদি করি অমুক হায়রুখিগনি। শ্রীগোবিন্দগী মাগুপ মীনা চোন্না তিল্লে। জগোঈ ৱাসকী মুপা পালা হৌখ্রে। মতম অসি ফাওবদা ৱাস খুরুম্বা লাকপা মীশিংনা ঈহৌরকপগুম্না অতং অথম লৈতনা শ্রীগোবিন্দগী মন্দির তম্নরক্লি।

মতম অসিদা মৈত্রবাকী মপু শ্রীযুত চন্দকীর্ত্তি মহারাজগী সনা শঙ্গাইগী সিরিদা ফম্লহুনা কনাগুম্বী লৈশাবী মচা অমদি অৱাবা ঈপাক্তা লুপ্তুনা লৈরি। মুপা পালা হৌখিবা ফনা কুইরে। ঙাইহাক লৈরবদি মজাইবেম্মা ৱাস খুরম্বা লেঙথোক্লে তাকপীরক্ল-গনি মহাকম্ম মজাইবেম্মা থাদোইস্নাগী থৌগল ওইনা. থোক্কদবনি। অৱাবদি মজাইবেম্মনা মনাই মুপীগীনি হায়না থোনবীবা ফম্নক্তি নহাল মমা লাকলম্বা মুমিত্তা মচেগী শেৎনিংঙাই লৈত্রে হায়হুনা পীথোকখ্রে। ঙসি অয়ুক অঙনবদগীনি কবোকলৈ ফনেক অমতং

কোন্নুং মন্নুংদা থৌগল তৌহুনা লৈরিবী মমান্নবীশিংদগী ৱায়গে হায়না হোৎনবা, অদুবু মুমিৎ অসিদদি মখোয়গী মজাইবেম্মশিং অমস্তুং মমাশিংজশিংগী থৌগল তৌবা থোক্লদবনি। থৌগল নাইমক ওইরবসু মখোয়গী পীক্লবসু পীক্লা সংসার অমনি। অৱা-মুংঙাইগী আশা কয়াগা লোইননা মখোয়গী পুন্সী ঈচেলসু চেম্ব্রিবনি। মাগী মাগী লৈজবা লিক-কোল সিরহুনা ঐনা মহেল্লে মত্তাগুম থোক্লগদৌরিবনি।

থোঙচৎ য়াঙবা মতমগী ঈচেল মত্তিক চাউবা কনানা মীকুপ অমতং পলহনবা ঙম্বা য়াওবগে? হায়না হায়না মুপা পালা লোইখ্রে। মহাক ঙসাইনা মজাইবেম্মগী নাক্তা চঙহুনা শম-না হাৎপা, ফি-রোল লাগ্নোকপা মতম য়োৗরবনি, অদুবু মাদি মজা-ইবেম্মনা রাস খুৎলা চৎলসি তাকপীরকপদা করি খুমসিগে খনবদা ৱাথল লংজা পুন্দুনা লৈরি। কবোকলৈ অত্তংপা লৈত্তনা কাথৎ-লকলিবা পুর্ণিমাগী থাজদা মিৎ কুপ্তুনা য়েংহুনা লৈরি। মমৈ-থংদা থঙহৌদনা মিৎলু নাপা অনিদগী শিম্বরবপা পিরাংনা নিং-খিরবা চাঈরুং অনি চোৎখ্রে। শিম্বরক্লিবা পিরাংগী ঈচেলদা অরংবা থাজগী মঙাল্লা য়ৈবদা অঙৌবা থজাইদা স্নাগী মহী চেম্বরকপ-গুমখ্রে। মহাক থঙহৌদনা মরু সুকখ্রে। ৱায় ৱায় লাউনা তারক্লিবা শাইনোম্না রাহুনা উমশিল্লক্লিবা থাজগুম নিংথিরবা মাইগোং অদু কুপশিনখ্রে।

তাঙ্গা অসিদা নৌরবা খোজেল অমনা কৌরকই— "কবোকলৈ! কবোকলৈ! কদায়দা চৎখ্রবগেনহৈয়!" অৱাবা ঈপাক্তা লুপতুনা

লৈরম্বী লৈশাবী অদুনা ঈফিং ফিংনা খুম্মি—"ঐগ্যা ননাই ঐহাক লাকচরে।" অসি হায়না থ্‌না য়াঙনা মজাইবেম্মগী নাক্ত চঙশিনখ্রে।

"হায় অঙাওবী! মুমিৎ অসি কয়া থেংজিনখ্রে। মুপা পালা লোইখ্রে। হৌজিক ফাওবা ঐগী ফিরোল লাহোক্রি। হায়মা! নশম ননা ককা অমত্ত হাৎত্রিবা? কৈদৌরে নংবু ঙসি য়াসনি ককা হায়বা কাওরবয়াও?"

কবোকলৈনা য়াম্না কিনা হঙ্গচে—"ঐগ্যা ননাই ঐ হুকচাং য়াম্না ঙমজত্রে। ঙসিদদি থৌগলসি.........।"

মজাইবেম্মনা শমজেৎ হাৎনা হাৎনা হায়রকই অঙাওবীসিদি, অরাপ্পদা চংকদৌবসু নত্তবা মাঙপ ফাওবদং থোকপদা নঙ শিরনি-হায়? ক্‌ইরক্‌মসি ঙাইহাক্তং খুরুম্নয়গা হেক্তা লাকসি ঙসিগী জগোঈদি ঈচেমশি য়াঈমনা মকোক চিংলিবনি। ঙাইহাক্তংদা ওই-রবসু থোক্ল্‌দ্রবদি ঈচেমশিনা য়ারৌখিরোইত্রাও? শে শমজিরে সিহুম অমুক্ত থেৎলুসে। "শেৎকদবা পুম্নমক লোইরদুনা মজাইবেম্মা মোরাদা লেংশিনখ্রে। মনাই য়েংদুনা তাকপীরকই চৎলো চৎলো নং য়াওদ্রবদি ঐসু ইথন্নতা চৎপা স্নুংঙাইতে। ঙাইহাক্তং য়োক্লরগা তম্না হেক হল্লকসি নফি শেৎচরুয়ো।"

কবোকলৈনা য়াম্না কিনা হঙ্গচে—"ঐগ্যা ননাই ঐবু.........।"

"কয়ি অমুক ভোরবগে?"

"ননাই ঐগী শেৎনবা ইফি ফনেক অসি কয়া য়াইয়োং চাত্রে। নহান্দা ঐগ্যানা লৈবিবা ফনেক অদুসু ঙরাং ইমা লাক্লম্বা অদুদা ননাই ঈচেমগী শেৎনিঙাই লৈত্রে হায়দুনা পুবিখ্রে।" অসি হায়রগা মমিত্তা মপি তরং তরং শিম্নবা হৌরক্লে।

"থীদা অঙাওবীসিদি অতুগীদমকপু কপ্পা হৌনব্রা, হান্ননা হায়বদি করি তৌই, নচিন পান্দ্রাও ! সে শো অসি লৌ উপু হাং-দোক্লগা নহাল লৌহৌবা ফনেক অহনবদো, নংগীতুগা লৌমিন্নবদো পুজখো। থুরকউ—সে।" অসি হায়না শো অত্তু লংশিল্লকই।

কবোকলৈনা য়াম্না নোল্লুক্না হঙ্গচৈ—"ঐগ্যা ননাই ঐহাক চরৈ ফিমল ওইনা ফংজগে. অহনবা অসিদি তাকপীগন্ন ।"

"ইহে ঐনা হায়বিমক্তদা মানা অহৈ-অপা অমুক শাব শাই।" অসি হায়না মজাইবেম্মাগী স্নাথুৎনা উপুদগী লৌথোক্কুনা ফনেক অহনবা অমা পীখিরে। মনাই হুপী অত্তু মপুন্সীদা ফংজদ্রিবা মজাই-বেম্মনা থোন্নবা থম্বা ফনেক অহনবা অমা ফংবা অত্তুদা হরাও হরাওনা মাগী কাদা চংখ্রে। মীওইবনা অৱাবদসু কপ্পি অত্তুম্না মুঙাইবদসু মপি শিন্থদবা নত্তে। কবোক্লে মোমোন নোকই অত্তুবু মমিত্তুদি ঈরা চেল্লি। খল্লি কয়াদা মপুকচেল চাউখ্রবীনো মাগী মবেম্মদি। কবোকলে কেজবনা লোইরে, খল্লকই—ঙসিদি মজাইবেম্মনা পীবিবা ফনেক অসি মমান্নবা পুন্নমক্না মিৎথমফম ওইরগনি। মশম-মনা হাৎপা লোইরত্তুনা মিংশেল য়েংনা য়েংনা তখেল্লে নাচোম অমা নাপদা থেৎনা থেৎনা নোকফেৎ তৌবা শাই। মপুক্লিংনা হাযরি নহাল মেরা ৱায়ুংবগী জগোঈদা ঐঙোন্দা মৃনা মূনা যেংবা পাবুং সনথ্যাগী থৌগন্নাই পাখং অহবু ঙসিসু রাস পুকুম্বা থোক্রক্কদ্রনে। ঙরাংসু ঐনা চেংহী লুজরিগৈদা চেংহীতুম নিরবা শাই।

কবোকলৈনা কেৱা মখৈ কেরগা হরাও মথোই কানা তফিং তফিং লাকপদদি মজাইবেম্মা দি ফি-রোল হোংদোক্কুনা ফমুং থুদাদা

হিপ্পুনা লৈরম্লে। কবোকলৈ চঙলকপদা মজাইবেম্মা ভাব তাদবগুম তৌই। মিৎতা পি তত্তনা শিন্থবি। নুংশা মপী ফুইনা হোল্লি, করিগুম্বা অরাবা অমদা লূপ্পগুম তৌই। কবোকলৈনা ঙসাই হায়রম্বা "ননাই ঐহাক চরৈ ফিমল ওইনা খুঞ্জগে।" রাহৈ খরা অসি মজাইবেম্মগী নাকোংদা তত্তনা নিন্দুনা লৈরি। পাংমল উপালদা য়েৎচত্নুনা হাইহুম্না লৈজবী উরীনা অকনবা মালং ঈপোম লাংবদা মালেম লৈওন্নবগুম হৌজিক্তা হবাও মথোই কানা পুক্লিং মকা লাম্না লৈগৌবী মজাইবেম্মা থ দোই স্ন' শরা-মৈশা লাংতুনা ফমুং খুদাদা ওন্না থোইনা লৈবম্বা উবদা কবোকলৈ রাখল লংজা পূনখ্রে। ঙাইহাক্তি ফুম্বংননা রা অমতা ঙাংদনা তুমিন্না লেপত্নুনা লৈখ্রে। খঙবা শাই মানু ঙাইনবদা রাবৌবৰী মবেম্মা রাস খুবম্বা লেঙথোক্লরোই খল্লমাল্লে। ঙাইহাক লৈরগা য়াম্না কিনা হঙ্গৈচে— ঐগ্যা ননাই ঐগাকপু হন্দক্কাসিদদি ঙ'কপায়ু। মতুংদদি থৌগলদা অপনবা খক থোকহঙ্গরোই। ননাই ইমা লাইরবীনা ঐগী ফনেক পুবিখিবদগী স্না পূক্লিং স্নুঙাইতবসি থোকহল্লে। মতম অসি ফাওবদা মজাইবেম্মা রা অমতা ঙাঙবা লৈতনা করিগুম্বা অরা চৈনাখোল অমা খাওবগুম উরি। মনাই স্নুপীনা চঙশিনখিত্নুনা খোঙ পায়ত্নুনা নোইবা হৌজে। মজাইবেম্মানা য়াম্না তপ্না তাকপীরকই—"কবোকলৈ ঈশিং খরা পূরকউ ঐগী লরাইসি মৈ হৌবগুম শারে। ওঃ ওম্থোকপনি নংনা ঙসি ঐবু ওম্থোক্লা রাগল্লে মতুং মনাউদি নং ঐঙোন্দগী চরৈ ফিমল খক নিন্নুকো।" রাহৈ অসি তাবদা কবোকলৈ লরাইদা বজ্র তাবগুম থোকখ্রে। হৌজিক্তা মহাক্কী নিংথিরবা ফনেক অতুগী মপান্না পুম্নমক্কী মিৎয়েং থমফম

ওইরগনি খন্না হন্নাওজরম্বা ফি অত্থু হৌজিক্তি মত্থনা মশাদা থোংবদা মৈন্নীগুম শাবা ফাওরে। ইকাঙ্গী সুংশি য়াম্নরবা পুক্নিংনা খল্লকই ফনেক অসি শেগাইত্থনা লংথোকখ্রসিন্না। য়াম্না কিনা মমিংতা ঈন্না চেন্না হঙ্গচৈ—"ননাই ঐদি অঙাংনিনা মপুনা থোনবা চরৈ ফিমল মনাইনা থুনবা হৌনদে হায়বা খঙজরুদ্রে। মতুং অমূক হন্না তৌজ-রোই,—ঙসিদংদি ঐগ্যানা ননাইনি খন্না ঙাকপীয়ু।"
মজাইবেম্মানা মখা অমূক তারকই—ঙসি জগোঈ সুমিং অসিমক্তদা নংনা চরৈ ফিমল নিবকো।"

কবোকলৈনা অঙাং ওইবগী বুদ্ধিনা খঙবা শাই — জগোঈ সুমিত্তা মনাইনা মপুগী চরৈ ফিমল নিনদবোঈরে। তপ্না হঙ্গচৈ — "ঐগ্যা ননাইবু অঙাংনি খন্না ঙাকপীয়ু" কবোকলৈ মপুনা চানবী মনাইনি। মাগী মতৌ অত্থু উবদা ওম্থোক্না সুংশিবা পোক্লে। মহৌ-শানা থৌজাল হৈবা থম্মোইদি শৌদোকনবা ঘী মাখনগুম অন্না মৈশা খজিক্তং ফংবগা মহী চেন্নি। তাকপীরকই অঙাওবীসিদি নংনবু করি অরানবা তৌগ্রবগে? কবোকলৈনা তপ্না হঙ্গংলকই — "ননাই ঐনা থৌগন্নোন খঙদবনা ওম্থোক্না লঙজখ্রে।"

মজাইবেম্মনা তাকপীরকই — "হায় অঙাওবী কনানা মপুনা শেংপা চরৈ ফিমল ননাইদা পীবা য়াংদে হায়বগে? অত্থগা য়েংঙোই নংনা ঙসিগী সুমিং অসিদা ঐঙোন্দগী চরৈ ফিমল নিবসে মসিনা ঐঙোন্দা ওম্থোক্না অন্নাবা থৌদোক অমা নিংশিংহল্লে। থৌদোক অত্থু অকাউবগী ফিজংনা মতম কুইনগী ওইনা কুপশিন্দুনা থম্বা পামখ্রবনি, অত্থবু নংনা ঙসিদি অকাউ ফিজং শেগায়ত্থনা নিংশিং

মৈরীনা থম্মোই কায়না চাকহল্লে। থৌদোক অসিবু নিংশিংলবদি ঐগী হকচাংদা থোংলিবা ফিশিং অসি খাম্বী মৈগুম মৈশা লাংলকই।"

ন্না অসি তাবদা কবোকলৈ ঙকপনা লোইখ্রে। য়াম্না নোল্লক্লা হঙ্গৎলকই—ঐগ্যা থৌদোক অদু ননাই ঐঙোন্দস্থু অমুক্তা লিবিয়ু নচা-ননাই ওইৰনিনা পুক্রিং প্লোশিং ওইজহোগে।

মনাই মুপীগী নোল্লকপা থম্মোইগী মথা পোল্লবী মজা-ইবেম্মা থাদোইস্নানা পুন্সীগী কাউঙমদ্রবা থৌদোক অমগী ৱারী লীবা হৌরকই—"মতম অদু ঐ নোংমাইথেমদা লৈরি। মুমিৎ অদো ঙসিগুম্না জগোই মুমিৎ থোক্লম্মী। ময়ুম পাল্লবী মুপীশিংনা মপামদা চৎনিংবা মহৌশানি। জগোই থোকপা মুমিৎ খুদিংদা ঐহাক শোয়-দনা ৱাস থুরুম্বা শ্রীগোবিন্দগী মাঙপতা চৎলম্মী। স্না কোম্নুং হায়ৰসি ইপামগা ওইবনিনা ঈনিং-ঈখা তৌনা চা-থক্তুনা খরা থেঙবা ফাওবস্থু মরৈথোকই। মুমিৎ অদু জগোই য়েংলগা হল্লকপদা খরা হেন্না থেংদোকখ্রে।"

য়ুম পানবগী চংনরোল—মপুরোইবগী অচেৎপা ৱারক, মনেম-মকুগী ইকাই খুম্নবা, পুম্নমক অসিগী জ্ঞান লৈত্রিবী কবোকলৈনা ইপঙ পঙনা থুমজৰা শাই "অদুবু থেংদোকখ্রগা সনা কোম্নুংদা মুংঙাইনা হেক লৈথোকপা য়াৰদুবু। ঐখোই ঐগ্যাদবু কনানা কৈদৌজরনি হায়বগে?"

মতম অসিদা জগোই ৱাসকী মোইবুঙ খোঞ্জেলনা শ্রীগোৰিন্দ-গী মাঙপতা নত্তনা স্না কোম্নুং পুম্নমক পুম্নিন নিল্লকই। মদু তাবদা মজাইবেম্মা খুৎ লোয়নানা লু লুকথনা অমুক্তুং থুরুম্নগা মথা তাথরকই

—"করি হায়বা চরোদা অঙাওবীসিদি, মযুম পাল্লবা মীনবু নিংথৌ মচানি, হায়দুনসু মপামদা হেক লেকথোক্কুনা লৈবা য়াব্রনে। নংসি হযেং নযুম নকে পাল্লগা লম ঈহেল হেল্লদুনা ঐখোয় য়াওনা চোপ্পরনি।"

কবোকলৈদি মখা তানিংবনা খাঙবা ঙমদ্রে—'ঐগ্যা মতুং করি তৌথ্রবগে?" মজাইবেম্মনা মাইথোং লাংশিন্না শকফম হঞ্জিন্না ৱারী মখা লীথবকই—" ঐবু লৌবা মঙ্গাক ইবুঙো নোংমাইথেম্বনা ঐনা থেঙনা হল্লকপগী মরীদা পেন্দবা ফোংদোক্কনা ৱা কয়া হাযখি। ঐসু শাউবনা অকনবা ৱাহৈ কয়ানা পাউখুম পীখি। মমৈথংদা খুং থোক্লক্লে।"

"ইঃ ঐখোয় ঐগ্যাদবু খুং থোক্লা হেক ফুখ্রবা!" অসুম্না মরক থংনা কবোকলৈনা হঙ্গংলি।

"মাগী উশিং থৌওইদবা মতৌ অদু উবদা ঐ শাউবনা মৈ হৌখি। খোঙনা নেংথংলবা লীন অমোমগী মতৌগুম্না ঐ শাউবনা ফি ফি কাম্লম্মি। ইন্নুং ঙানবগা কোন্নুং তান্না লাক্কুনা পাবুঙথাদা হঙ্গংলম্মি। ৱাফম অসি লৈবাক শরা শনখ্রে। খুল্লক ইরক্তা থৌদোক কয়া থোকই, মদু অয়াম্বনা লৈবাক ৱা ওইদে। অচৌ অশাংগী ইমুংদা করিগুম্বা অমতং থোকপদা মদু লৈবাক ৱা হেক্তা ওইখি। লৈবাক পুম্বা ৱা ৱা লাউনরকই—"মঙ্গাক ইবুঙো নোং-মাইথেম্বনা মজাইবেম্মা থাদোইসনাবু খোঙপাকনা কাওখ্রে।"

কবোকলৈনা ইঙক ঙকনা হায়রকই—"ইস মজাইবেম্মদবু, ঐখোই ঐগ্যাবু মখোঙনা হেক কাওখ্রবা।"

"থীন্দনা পাবুঙখাগী স্না য়াথং পাউ লাক্নুনা মন্ধাক ইবুঙো কৌখৎখ্রে। ঐনা খল্লম্মি—মহাকপু পাবুঙখানা খন্না চৈ থাংহ্নুনা ব্লারক ব্লাতেম্বিগনি। অদুবু.........

"অদুবু করি তৌখ্রবা .........?"

মজাইবেম্মা মিক্তা ঈরা চেল্লক্লে। হায়রকই "ওম্ব্রোকপনি মহাকপু গারোটতা পুথোক্ক্নুনা য়াম্না থীনা য়ৈরম্মী। পাউ অসি খঙহৌদনা লৈবাক শন্না শনখি। ইনেম ইকু অনিমক্না কপ্লহ্নুনা ঐঙোন্দা হায়জরম্মি—"ইমৌ ইবেম্মা ইচাগী থব্লাইদদি কল্লু। ঐখোয়না য়াম্না লঙজখ্রে, ঐখোয়বু অমুক্তং ঙাকপীয়ু।" "করি অমুক হায়গনি কবোকলৈ! মহাকপু কৌখৎখিবা হুমিংতু ঙসিম্নু ঐনা শং শংনা উরি। কৌবা লাকপা সিফাইগা তুংথা মাংথ চংখি। মহাক মাঈথোং লাংশিনখ্রে, মকু লুকথহ্নুনা মরাল লৈববা মীশুম ঈকাইবা, অব্লাবা, নিংঙমদবা পুন্নমকনা তাচৎতুনা খরাই থোঙ্গাল ব্লাংম্না লানখি।"

ঙাইহাক্তি মপু মনাই অনিমক অব্লাবা ঈপাক্না লুপখিহ্নুনা তুমিন তুমিন লৈনখ্রে। কা অদু উন ব্লাইমুক চীকখ্রে। রাসকী বাঁশী খোঙ্গেলনা নুংশিবা স্নুরদা অহিংগী অচিকপা থ্ুগাইরকই। কবোকলৈনা য়াম্না কিনা অমম্লুং শোম্থাংননা হংজরকই।

"ঈস পাবুঙখানা মন্ধাক ইবুঙোবু য়ৈয়ু হায়না য়াথং হেক পীবিখিবকো......।"

মজাইবেম্মনা মখা তান্নকই—"হায় অঙাওবী নিংথৌগী মচানুপীদা লংজরুবগী দণ্ডীবু মহ্নুনা লোই হায়ব্রাও।"

"ইস মত্নুনসু লোইদ্রিবা ঐগ্যা মথা করি অমুক..... ?"

"মথাদি য়োহ্লিং চন্দুনা শুগনুদা লোই থাবা—। পাবুঙখাগী ৱারক -চৈফু অমময়া ঐঙোন্দা বজ্র তাবগুম থোক্লম্মি।"

কবোকলৈ নিংবা কায়না হংলকই—"ইবেম্মনা মন্ধাক ইবুঙোবু কম্ননবা করিমত্তা হোৎনখিদ্রবকো ?"

"করিদি তৌগনি কবোকলৈ মশানা থাকচবা লাংদা মশামক থুরবা মীনা কনাদনো মানা অমুক কনবিয়ু হায়জরগদবা ? ইশাগী নাপলনা ইশাগী য়েক্লবা ওইরবদা। অসিগীসু মথক্তা ঐগী ইচেম-শিজশিংনা মতাং চারিঙৈসিদা থর থঙহল্লৌজ্রবদি মতুংদা নিংথৌ নচান্নুপীশিং অসি কনানসু উসিংপিররোই থল্লম্মি। মথোয় কনা অমতনা ঐগী ৱা তাবিরমদে। মমৈথংদা ঐগী ইতৌ য়েংবা ওমদবদগী ইচেমশিজশিংনা মন্ধাক ইবুঙোগী থৱাইদদি কনবিযু হায়না পাবুঙ-খাদা হঙ্গৎলম্মি।

কবোকলৈনা নুঙাইবা ৱাহৈ থৱা তাগদৌবি হায়বা মতাগুম হংলকই—"ঐগ্যা! পাবুঙখানা মন্ধাক ইবুঙোবু কনবিরে অসি নৎত্রদো ?"

য়াম্না নিংবা কায়না মজাইবেম্মা থাদোইস্নানা খুম্লকই-"পাবুঙ-খাগী স্না য়াথং অত্নুবু ইচিল অসিনা কবম হায়না তম্নসিগে কবোকলৈ ......করিগুম্বা মন্ধাক ইবুঙো নোংমাইথেম্বনা ঐনা শেৎপা খ্বাংজেং চরৈ ফিমল নমদা থোংউ য়ারবদি......।" অস্নুম্না হায়রগা মথাদি অতৎপা লৈতনা শিম্বরক্লিবা মিংকী পীনা, খোঞ্জেল থোক্তবা ৱাহৈনা পাউ তম্মি। তাঞ্জা অসিমক্তদা ৱাসকী গোপীশিংনা শকলকই—

হাগোবিন্দ প্রাণনাথ.......। ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা অমুক মখা তাথরকই—“পাউ থাহ্না মঙ্গাক ইবুঙোবু লৈশাংখোংদা খামহনখি পাবুঙথাগী মনাইশিং লাক্নুনা ঐগী খ্বাংজেৎ চরৈ ফিমল পুখি। ঐবুনা কোন্নুংদা কৌথৎলৈ। কঃবাকলৈ নং মখা করি অমুক তানিং-লিবগে? বিধিনা শেম্বা পুন্সী লৈপুল মুমিৎ অহুদা তংখ্রবনি।”

# ৱোমকুদা শিকার

[এলাংবম সোনামনি সিংহঃ—খৃষ্ট কুম ১৯২৯ দা য়াইস্কুল মোইবাংখোম লোক্লাওবুংদা পোকখি। কলিকটা বিশ্ববিদ্যালয়গী মখাদা হিস্ত্রী বিষয়দা এম, এ, পাস তৌখি। অইবনা থোইদোক্লা পিক্লিংদগী সাহিত্য সেবা তৌজনীংবগী ঈহুল ফাংখি। অহুনা লাইরিক ইবগী হৈনবী লৈবনা লাইরিক কয়া মথং মথং ইরকখি। ধনমঞ্জুরী কলেজদা ছাত্র ওইরিঙৈদা এন ,সি, সি; শান্ন—খোংনবা কয়াদা থৱায়স্মু য়াওরকই। য়াইস্কুল এথলেটিক ক্লবগী প্রেসিডেন্ট ওইখি। অইবনা ৱারেং, শৈরেং, ট্রেভেলোগ কয়া ইরবস্মু, মহাক্কী থোইদোকপা হৈনবীদি ৱারী মচাগী লমদনি। হৌজিক ফাওবদা অইবনা ফোঙলবা লাইরিক মশীং ১৭শুরে —শৈরেং, ৱারী মচা, উপন্যাস অমস্মুং ৱারেংগী মশক্তা ইবনি। ফোঙলবা লাইরিকশিংগী মমুংদা পনবা য়াবদি—ৱাখল শৈরেং, লৌনম চাউবী লৈরাং, থম্মোই বীনা, নির্ম্মল যমুনা, কায়নবদা, ৱোমকুদা শিকার, উদ্ধবকী পাউ, বারুগী ৱারেং শৈরেং, জগন্নাথ পুজারী, মংশৎ তানবা, পোমশাৎনবী. বস্মুমতী, মমাঙথোঙ লোল্লবদি মনিঙ খোঙদা লাকউদনঃ, মিংনাইদবী, হায়নবীদো নচিংবসিনি।

মণিপুরগী সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী কলা বিদ্যাগী সংস্থান পুন্নমক্কা শন্নবা চংপা—অইবনি। ধনমঞ্জুরী কলেজ অহানবা লিংখৎ-

পদা ছাত্র ওইনা অচৌবা শরুক য়ারকই। কলেজদা ডিবেটকী সেক্রেটরি, ছাত্র কংগ্রেসকী অচঙবা সদস্য অমদি কলিকটা মণিপুরী ষ্টুডেন্টস ইউনিয়নগী প্রেসিডেন্ট অমসুং মসিগী চেকোঙগী ইডিটর ওইবকখি।

হৌজিকমক মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, কলচরেল ফোরমগী কার্য্য-কারী সমিতিগী সদস্যনি অমসুং হৌজিক রাইটর্স ফোরম, মণিপুরগী প্রেসিডেন্ট ওইরি। অইবা অসি সাহিত্য একাদমীগী জেনরেল কাউন্সিলগী মেম্বর অমদি মণিপুরী এডভাইজরি বোর্ডকী মেম্বরসু ওইরি। শ্রীশ্রীগোবিন্দজি নর্টনালয়গী সদস্য অমদি রূপমহল, মণিপুর ড্রামাটিক ইউনীয়ন্নচিংবগসু নকনবা মরী লৈনৈ। ইং কুমজা ১৯৮৭ তা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী অতুগা ১৯৮৮ দনা ভারতকী সাহিত্য একাদমী এবার্ড অনীমক অসি মাগী রারী মচাগী লাইরিক "মমাঙ-থোঙ লোল্লবদি মনীংথোঙদা লাকউদনা" হায়বসিদা ফংখিবনি।

সোনামনি হৌজিকী সমাজগী ফিভমবু য়াম্না মুন্না খঙবা অমসুং মতমগী তত্তনা ওল্লক্লিবা মুংশিংকী শাফুগী প্রভাব থেংনরবা অইবা অমনি। মরাই চাইথরক্লবা হৌজিকী সমাজ, মীওইবগী মাঙথরক্লিবা শাজৎ, হৌজিকী মতমগী করপসন, পরমপরাবু ঈরাৎপূজা তৌগদরা নত্রগা মতমগী ওইরক্লিববু থাজগদ্রা, অসিনচিংবা রাহং কয়া মহাক্কী রারীমচাদা থেংনগনি। মীওইবশিংগী লৈনরিবা মরীবু মশক য়াম্না মমুংহুঞ্জিন্না খঙবগী গুণ অমসু অইবদা য়াওরি। মসিগী মথক্তা মণিপুরগী চীং তম, মমিৎ-তুমিৎ কয়া অইবনা পুন্সিদা ফকথেংননা

খওলুবনা অইবগী মিৎয়েং পাক চাওই। মফম কয়াদা শন্দোকনা লৈখ্রবা মীওইশিংগী পুন্সি, মখোযগী চৎনবী; অকিবা অমসুং পান্দম কযাবু শক্তাক্তনা ইবা ৱারীমচা কয়াস্ত য়াওরি।

"ৱোমকুদা শিকার" হায়বা ৱাবীমচা অসি মসিনা মিংথোলওইবা ৱারীমচা তবামাথোইগী নাচোম লাইরিক্কী লৌথোক্পনি। ঙাইহাক পোত্থানবা চৗংগী লমদা শিকাব চৎপদা নোংমৈ গুলিনা পাল্লবা শজি অমোম্না মথৱায় মাঙলবদা য়াম্না পিক্কিবা শজি মচানা মমাগী খোমলাং চিংতুনা অকোয়বদা লৈবা মীয়ামবু তিঙক মাইঙকননা য়েংতুনা লৈবা উরগা অইবগী অমসুং মী কয়াগী থম্মোয়দা সহানুভূতি পোকপা; মহাকপু শাদানবনা হাৎনবা কোইথি থিরে খওলবা ফাওবা মচা কন্ননবা হোৎনবা শজি অমোমনা মথৱায় থাথিবা—অসিগুম্বা মমা—মচাগী তৎন-থানবা য়াদ্রবা বিশ্বাস্নাগী মগুণ চেনবা তেল্লবা থৌদোক অমথক্তং য়েক্তুনা মীওইবগী চরিত্রগী লৈনবা মরীস্তু ৱারী অসিদা ময়েক লানা উৎলি। চেনা তরুকথক্তা কোনবা তেল্লবা ৱাবীমচা অসিদা সাধারন ওইবা চুম্নগী শিকার চৎপগী মপান্থোংদা ইচম চম্বা থৌদোক মচা অসিদা মিৎয়েং পুম্নমক চিংশিল্লগা অইবনা মীওইবগী মীনুংশি অমসুং অকনবনা অশোনববু তুহৎপিবগী অর্থ অমা য়াম্না মহৈ য়াল্লবা কলাদা উৎপা ওম্মী। থৌদোক মচা অসি হৌজিক্কী সমাজদা অকনবনা অশোনববু তুহৎপা অমসুং মীওইবশিংগী লৈনব নক্লবা মরীগী মুংশিনবগী প্রমাণ (ওবজেক্তিভ কোরিলেটিভ) অমনি।]

ইংকুমজা ১৯৬৩ গী জানুয়ারি থাদনি। তেংনৌপলগী অনৌবা হেডক্বার্টর রোমকুদা ত্রান্সফার তৌবত্নুনা চৎলম্মী। অনৌবা এস ডি ওনি। ফকলোং অমস্মুং ইগী অফিস মমাঙদা মচ় অত্নুমগী ফীবাল পাইরি—অফিসারগী য়ুম, ত্রাইবেল রেষ্ট কেম্প অমদা ওইরম্মী। মসিতনি জিজ্ঘনা কুপ্পা কা মচা অনি লৈবা য়ুম। ই অমস্মুং ফকলোংগী য়ুম মচা খবা—লম্মুশিং অমস্মুং অফিসকী কেরানিশিংগী লৈফমনি। রোমক খঙাও মাইল অনিরোম লাপকনি। লম্মু খরা, পোর্টর খবা, কেবার্ণীশিং পুন্না অফিসারগা থানা মী ৩০ (কুম্থ্রামুক) লৈবা মফমনি। ঈশিং ফংদে, মী তাদে, লুংশিং কন্না কন্না শিংলি, মরক মরক্তা নাং য়াম্না তাই। কবম্না মফম অসি সবডি-বিসন অসিগী হেডক্বার্টর থল্লুব্রিবনো? থাঙ্গৈশেংবমক্তি লমসি সবডি-বিসনসিগী জিওগ্রাফিকেল সেণ্টর অমদি ওই মেপকী মতুংইন্না। তেংনৌ পলদগী মসিদা তোংলকপদা থম্মোয় কাযনখিদবা নত্তে। হায়নবা লৈ-- রোমকুগী মন্নাকনিপা মহম্মদ তোগালোক্না খুনখিবনি হেডক্বার্টর।

অত্নুমকপু মীগী খুৎশেম চঙদ্রিবা মহৌশাগী উম', ফজবা দৃশ্য, চীক্লুব, লমদম অসিদা তত্তনা শিংলিবা লুংশিংকী মখোল, অথাপ্পদা চেল্লিবা মেনা ত্রবেলগী ইরাওখোল—হারিনা নিং নিং খোংবা,—মরক মরক্তা শজি অমস্মুং কৈনা খো'বগী খোঞ্জেলতনা থল্লবা—এডভেঞ্চর অমস্মুং বোমান্সকী মতীক চারবা মফমনি। ইথস্তা লৈরবা কান্দুদা তত্তনা নীংশিংলক্লম্মী—"থম্মোয়গী অত্নু।"

খুনাং চাদ্রিবা লৈশাবী, জঙ্গল অমস্মুং চীংদোংশিংদু হৌক্তিক মাঙ তাক্লবগী মশক ওইরবা মীওইবগী সভ্যতা পুরক্লবনি হায়ত্নুনা মখল শুরবা

মীওং কয়ানা লম্বী শেমলি, উ য়াল্লি, যুম শারি, চীং ককলি। হৌখিবা ইং কুমজা ১৯৪২গী অনিশুবা লাঙ্গাওদা শেমলম্বা জীপকী লম্বী থুগাইবা হৌবক্রে—হান্নগী জীপকী লম্বী—খোঙলম্বী ওলহল্লক্রে—অনৌবস্তু লোইদে। তংখায শুবা খোযজংদবা—থৌওংনা খুদোং চাদবা হেন্না অনৌবা হেডকার্টর অছু খলহল্লে।

আশা চাওনা অনৌবা থবক পায়খৎকে গোংনবম্মী—ইলেক-ট্রিক্কী থৌরাং, ৱাটর সপ্লাই, পুলিস ষ্টেসন, জেল—অফিস, কার্টর, মেডিকেল সেণ্টর, স্কুল পুন্নমক পামলম্মী অত্তুবু মতু ফংননবা হোংনবা অমস্তুং লিংখৎপদি অবায়বা থবক নত্তে। তেংনৌপল অনাল মরিংগী য়ুমনি, খোংজাইশিংগী লৈফমনি। অফংবা পোৎশক্পা ফজহল্লে ফক্রাং ইগী অফিস বিল্ডীং, ক্বাকলৈ মোম্বা, খোংগম মেলৈ, শমজ্জিরে উরৈ কয়ানা লৈতেংলে। অথাপ্পা অনকপা, অপিকপা অচৌবা খুলশিংগী মীহুৎনা শেমলে চয়োলগী বাজার—মথক্কগী লাকলে ব্লোক অফিস অমস্তুং পোলিস আওট পোষ্ট। অছুবু খুনাং চাদ্রিবা জঙ্গলছু, মীনমদ্রিবা চীংদোংছু অচিকপগী তুংনফমনি।

অফিসকী থবক য়াম্না লৈতে—উন-তিন্ননিঙাই মরুপ মপাং মশিং য়ামদে, তেল্লবা অহিং নূংথিল—ৱাখলদদি শাংলবা ঙাইঙমদ্রবা মতমনি। নুমীৎ খঙদে, তারিখ খঙদে, মপালগী নুংশিৎ মফমসিদা য়োদবা ইরাঙ চূদ্রিবা লমদমনি। অছুবু, মতম লেন্ননবগী থৌরম অমত্তংদি......শিকারনি।

খুত্ত লাম্মী সিঙ্গল বেবেল অমা-মরুস্তু ৱাত্তে, ৱাত্তে খুৎচুম্বগী প্রাকটিস তৌফম। খুৎচুম্বদা, শিকারদা হায়নৈ অনাল কোতং।

শজিগী খোঞ্জেল, লময়েনগী খোম্থোক, শওমগী মীকৌ, লমওক্কী মীকপ, লোইনা হৈ, খওই কোতং। মীনা হায়নৈ—মাদি চত্তে থাপ্পা মনাক্তা কৌরগা কাপই শিকার অহু।

নোংমা চৎলম্মী শজি শিকার কোতংগা লোয়ননা। অহিংগী অরোইবা য়ুথক্কী চৎলম্মী লোক্তা তায়দা। অহিং মমৈ নোংঙাল্লকপগী য়েন্দা অহানবদা ঐগী সিঙ্গল বেরেলনা ফারম্মী লময়েন খরা। সিঙ্গল বেরেলদগী থোকখি "ভং" লাওবা মখোল—মাঙদা কেল্লকই লময়েন—পুক্লীংদা হায়কম খঙদবা মুংঙাইবা ঈরাং ফাওই। খল্লুদে ওম্থোকপা জিব মাঙহনবা অচৌবা দোষ অমা লঙশিঞ্জরি হায়বা।

নোংঙাল্লমদাইদি য়ৌরে অহুবু শজিদি কলায়! কোতংনা কৌই মখোল তাবদা-মুনা য়েংলম্মী, অহুবু মমিং চৎপা কোতংনি, মনম চাওবা মহাক্লী—শজিনা খঙই, মহাক্লী, শোয়কদ্রবা শিকারিনী। চেনখ্রে থাপ্পা, করম তৌনি কোতং? অনৌবা এস ডি ওগী মাঙদা চাং তারগদ্রা নত্রগা নঙগী মিংচৎ হন্থখ্রগদরা? অহুবু ঙসিদি করিনো কোতংগী গত্তি রাংমদা লৈখ্রে, ফাঙমদ্রে শজি অমত্তা।

মুমীৎ চুপ্পা ঙাইরবদমু ফংদ্রে—মমৈদা হল্লকলে ঐখোয় মেনা লোক তান্না। লোক্কী ঈহল অমা লাল্লকপদা পীক্লবা খোম্থোক্লা "পি পি" লাওনা খোঙবা খোঞ্জেল অমা তারম্মী। ঐখোয় স্বর পীকনা থুনীং কাঙনা কাঙনা চঙশিল্লম্মী। অহুবু কোতং উবদা "গ্রুং শ্রোং শ্রোং" লাওবা মখোল অমা তাখি—চেনখ্রে নোংমৈ গুলিগী খোঙশান রাংমদা। পুংখায় অমা, পুং অমা অনি অহুম নাশোন

পীক্লা ঙাইরে—'পি পি' লাওবা খোঞ্জেলদি লেপত্রি—অমুক হল্লকপগী নাশোন ফংই অদুবু মিৎয়েং ৱাংমদা অমস্তুং গুলিগী খোঙশান ৱাংমদা ওইরম্মী। অরাম খৌরাংবনা ৱাবতুনা যুমদা হল্লসি লেপ্পরে। অদুবু —হল্লকপদা কোতংগী খাওদা য়াওরক্লে পীক্লীবা শক্তি মচা অত্তু। ৱোমকু খুল য়োরে যঙোম ঈশিংনচিংবা পীজ পীথকনবা হোৎনবম্মী। অদুবু পীক্লবা জীব অদু মচিন্না করিমত্তা শোকউ য়ারমদে। মমাগী মখোমবু হেনবা পোৎশক পৃথিবীদা কদাইদগী ফংগদগে?

* * * * *

"ইমাগী ইবুঙো! নহাকপু কদায়নো! ইমাগী খোম নওথরকলে নহাকপু কদায়দনো! ফত্রবা কোতংনা নহাকপু ফাখ্রবরা? মেনা লোক মপাল কোয়চেন চেন্না কোয়থি থিকরে—নহাক্তি লৈরমদরে, —ইমাগী অপিথক নহাকপু কৈদনো, ঙরাং অযুক্তগী চবা নোংখন হনখিদ্রে- করি লমদমদা লৈখ্রবগে নহাকপু? ওন্তোকপনি মমা ওইবা মচা উদ্রবদা—ময়াদা নাপী চিঙ্খিদ্রে, অহিং নোংশোয়বা মচা কৌতুনা লাক্লা লাক্লা খোংতুনা লৈরম্মী। অমুকস্তু মেনা লোক তান্না চেল্লকই- য়েংই, ঈহল অদু মুন্না য়েংই, নাশোন পীকনা লৈ— অদুবু মথৱাই শিগনি কিবনা, কোতং লৈরম্বা য়াই থন্দুনা— শোৎ পেক লাওবা মীশা মীনম মীখোল তাবদা থাপ্না চেস্তোকখি। অদুবু নুংশিববা মচাবু নীংশিংলকপা মতমদা হান্নগী মফমদা অমুক অমুক হঙ্ঘিল্লপী—লৈরমদ্রবদা নীংবা কায়বম্না থল্লম্মী।

* * * * *

অহিং নোংশোয়বা শজিনা লাক্লা লাক্লা খোংবগী খোঙ্গেল খংগোনবনা পুরক্তুনা মী চিক্লবা লমদমতুদা য়াম্না নক্লা তারম্মী হেডক্বার্টরদা। অহিংগী মমৈ ওইরকলে-অয়ুক্কী য়েন্দা অহানবা শজিক্লা নোংপোক অতিয়াদা লৈরিঙৈ—ঙরাং ফারকপা শজি মচা য়েংগে চৎলম্মী, অদুবু শজি মচাদি লৈরমদরে-বোতংসু থিবা ফংদ্রে। পুং অমরোমগী তুংদা নোংপোকথংবা অতিয়াদা ঙাঙ্গানবা মুমিংকী অমেংবা মঙালনা তাইবং থলহল্লম্মী। অতিয়া অদু তরু তরুই— অয়ুক্কী চীং লৈবাক অদু নিলখোংদে, মেঙক্ক, থোংলি— পুক্লিং ইনৌ নৌনা তয়াং তশোই। অয়ুক হৌগত্ত্রনা চীন-য়া শেংবা লোইরগা অয়ুক্কী চা কপ অমত্তং থকলম্মী। মতম অদুদা মেনা লোক লোমদা "তং" লাওবা মখোল অমা তাখি।

*　　*　　*　　*

ঙাইহাক লৈরগা ঈ তৈববা শজি অমোম অমা নম্বো পোরদুনা, মখোল পীকনা "পি পি" খোংলিবা শজি মচাদু য়াওবা খাও অমা য়ান্দুনা নোংমৈ লেংথোং নাদুনা "হৈ হৈ" হায়দুনা কোতং অদু থংলরে। থবক পাঙথোরকপগী মুংঙাইরবা মিয়েংনা মাইথোং অদু থল্লম্মী কোতং—মহাক্কী মিংচৎ মহাকী তৌঙন্বা—লেঙদনা থমলে অনৌবা এস ডি ও গী মিত্তা। মকারাম্বা মায়থোংনা মোমোন্নরি কোতং।

ময়াম থোক্তুনা য়েংনরম্মী—হংনরকই করম্না ফারকপা।
অপিকপা শজি অদু মেনা লোক মপান্দা ঈহলদুগী মনাক্তা থমলগা

লুমদুনা লৈরিঙৈ—মচাগী খোঞ্জেল তাবদা—“ইমাগী ইবুঙো নহাক ......”হায়বগুম খোংনা খোংনা চেনশিল্লকুনা খোম্লাং মায়োক-নহল্লম্মী। শক্তি মচাদু হরাওনা খৌবুম থন্না চূরূপ চূরূপ থকলম্মী। কোতং উবে চেল্ল্রে মহাক। সিঙ্গল বেরেল থাঙ্গৎলে—কোতং নিশান তৌখরে— কেল্লে মাঙদা শক্তি অদু। ঈ তৈরব। শক্তি অমোম অদু ফৈনা তারম্মী—অপিকপঃ শক্তি মচাদু মমাগী খোম অমুক অনিরক চিংলগা “পি পি” খোংদুনা অকোয়বদা লৈরিবা মীয়ামদু তিঙক মাইঙকননা য়েংদুনা লৈরমই। মদু উবদা ৱোমকুগী অহল অমনা হায়রম্মী—“ওঃ মচা মুংশিবনা মশাগী থৱাইগা শিল্লখ্রবোই।”

তেংনৌপল—মে ১৯৬৩

# কনাগী মন্ত্রী

[খুমন্থেম প্রকাশ সিংহঃ খৃষ্টকুম ১৯৩২ গী মার্চ থাদা শগোলবন্দ মৈনো লৈরক, ইম্ফালদা পোকই। গুৱাহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী কম্মর্স গ্রেজুয়েটনি। ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌনা ৱারী মচা ইবদা থোইদোকপা হৈনবী অমা ওইনা হৌরকই। ৱারী মচা ইবতা নত্তনা ওল ইণ্ডিয়া রেডিও, ইম্ফালগী ঈশৈ ইবদসু খুৎমাবা লিরিসিষ্ট অমা ওইনা মমিং লৈরকই। অইবগী হৌজিক ফাওবদা ফোঙলবা লাইরিকশিংগী মরক্তা "ইচেগী শম," "মণ্ডগী ঈশৈ" শীংথানবা য়ারবা ৱারী মচাগী লাইরিক অনি অসিনি। অসিদা নত্তনা "সাহিত্য", "ঋতু", "ৱাখল", "মীংয়েং"নচিংবা সাহিত্যগী চেফোঙ কয়াদা ৱারী শৈরেং রেডিও—নাটকনচিংবা তত্তনা ফোঙই। অইবা অসি মণিপুরগী সাহিত্য কলা অমদি সংস্কৃতিগী মরু ওইবা সংস্থান কয়াগা মরী লৈনৈ। মহাক দি কলচরেল ফোরম, মণিপুরগী জেনরেল সেক্রেটরী, প্রেসিডেন্ট মথং মথং ওইরমই। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী কার্য্যকারী কমিতিগী সদস্যনি। "সাহিত্য" অমসুং "ঋতু" চেফোঙগী সম্পাদকসু ওইখি। হৌজিক অইবা অসি আকাশবানী ইম্ফালগী মরু ওইবা ফম পায়ত্তুনা ওফিসার ওইরম্বদগী জৱাহরলাল নেহরু মণিপুব ডান্স একাদমী ইম্ফালদা থবক মফম হোংলক্তুনা হৌজিক হৌজিমক ডিরেক্তর ওইনা থবক তৌরি। ইং ১৯৮২ দগী হৌজিক

ফাওৰা ইন্দিয়ান কাউন্সিল ফোব কলচরেল রিলেসন্সগী মেম্বর ওইরক্লি। ইং কুমজা ১৯৮৬ তা অইৰগী "মঙগী ঈশৈ" ৱারী মচাদা ভারতকী সাহিত্য একাদমি এৱার্ড ফংখি।

"মঙগী ঈশৈ কৌবা ৱারী মচাগী লাইরিকসিদগী লৌথোক্লকপা 'কনাগী মন্ত্রী 'মিংথোনবা ৱারী মচা অসিদা অইৰনা হোংলক্লিৰা মতমগী খোঙচৎ অসিদা মশক হেক খঙদবমখৈ ওল্লক্লিবা শক্রুম অতু ময়েকশেংনা য়েকি। মতম ফরিঙৈ মণিপুরগী মোং হাদনা লৈরম্বা সমাজ অতুগা ঙসি ওইরিৰা ফিভম অসিগা চাংদম্নবা অমস্তু য়াওরী। থুংশুমন মবাঙ কায়না তান্দুনা চবা নোংখন্নবম্বা অতু ঙসিদি ওইদ্রে ফম অসিদা পান্নবম্বা থুরুম শাবা, তিকী শাবা, হিদাক মনাদগী শেম্বা খোইথুন্নববা হীদাক পুন্নমক চাওখৎলক্লিবা সমাজগী ঈবোম্ন্'দা অস্তুম অস্তুম মৃৎথবক্নে মৰমদি শিনফমশিং অসিনা নোংমগী চরা তানবা ঙম্নক্নে। মতম মতমগী থোরকপা পোথোক্লা মন্থং শিন্নবক্নে পোক-পদগী মীয়াই চল্লবা ফাওবদা মপা মপুনা খোয়জ'না পায়রম্লবা থুরুম শাবগী শিনফম অসি থাদোকপা ঙমদনা লাকপনা অতোপ্পা শিনফম অমা ওন্নিংবগী অপাম্বা লৈরবস্তু থুং থাবা ঙমদতুনা লৈবকপনি। অতুবু মতমগী মন্ত্রীনা থুরুম যোনফম অতু তকথোক্লগা তুকানগী প্লোট পীগ্রে হায়না পাউদম্লৰদা পোবেপফম খঙদবগী চংক্লবা শিন্মীগী কণ্ডাও-নরবা শক্তমতু ঐখোয়দা উহল্লি। মায়থোঙ অতুদা উপায় লৈতবগী তারিবা মমিতু অইবনা ঐখোয়দা তাহল্লি।]

ঐবু হৌজিক করি তৌ হায়রিবনো ইপাস্থ খুরুম শারম্মী ইপাবু পোকপা ইপুস্থ খুরুম শারম্মী হায়। ইপুত্থগী মপা ইপুধৌ পুরেন্দু খুরুম শাবদা ফাওরম্মী মানা শাবা খুরুম বরুর হায়রিবা মরি পান্দবী মতোক পানবী অসিদি মণিপুরদী লায়রবুনা অ। ময়াং লৈবাক্তগী ফাওবা লৈবা লাকই হায়থুনা ইবেমপোক্লা রারা লীরম্মীবনি ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা। ইপা ইপু হাক্তক্তগী চৎথরকইবা ইশিল অসিবু ঐনঃ ধৌওইদবা য়াব্রাও ঐস্থ শারি। নোংমদা খুরুম মপু ৫০ ফাওবদি শারম্মীবনি ঐস্থ। হৌজিক্তবু খোক্‌উ লৈরক্তবদগী মিলগী উতেক বাগান থিরগা শুবদগী হন্তখিবা নত্রো। মমাংঙৈদদি ঐখোই মুপা অনিনা খুৎ·শন্নরগা কোনবা থুংফাত্তবা "খোক্" অত্থু লমজাও-তোংবদা, হৈঙাংকোম্থাদা, শগোনচাংবদা, শল্লাম লৌব্রাইদা ! থাত্থুনা লোইপোৎ নত্তে লৌব্রাই খুদিংদা মরাং কায়না হৌরম্মীবনি। চাকঙন চারগা উ য়ানবা চৎপা হায়থুনা লৈকায় পাখং মচা অমা অনিগা মুংঙাইনা চৎলম্মীবনি। ঐখোইনা উ খোক্‌চাউ অত্থু য়ানবগী কুম্মৈত্থুদি নখোইগী হৌজিক্কী সিনেমানাকা হেনপোং নত্তে খুন অত্থুগী মীয়াম থোক্তুনা য়েংনরিপোংনিনে করিনো। উজাও অত্থুনা ষণ-গাড়ী মপোং মঙা তরুক থোকনা হোল্লকলগা শাথবা খুরুমত্থুদি অরাবকা খঙপোং নত্তে ; লৈকায়গী মুপামচাশিং উমায় তাবা তন্নী-বদা চন্দত্থুনা অরাংশোমদা পাকখল মচা অমা খন্দোক্লম্বত্থুগী য়ুম্ফমনি হৌজিক ফাওবা লৈরকলি। খুরুম শাবকা হায়বসি থা-থারো চহি অনি অহুম উমায় তাবা তম্মীবনি মত্থুদা শোয়থুনা খুবীদা হাংমৈ খুদোংনা য়ানশিনবগী দাগনি সে সে হৌজিক ঐগী খুবীদা মকম

অনি লৈরিবসি। নিংথম থাদা মীনা শীঙ য়াম্নরবা কান্দা ঐখোইনা হাংমৈ শীঙ য়োল্লীবনি, নুংঙাইনা য়েনখ্রবপোংনি মতুংস্থ শঙবাই শঙবাইগী বোইনা হান্না লৌশিন্নিবনি। হেন্না ঐখোইস্থ ৱাংত-পাদবা হায়ৰদো ওইরম্মীবনিনে। হৌজিক ওইরকলিবা ফিবমসিদি মঙফাও মঙলমদে হায়বা। করিনো করিনো উ মচা চিংমৈরোংদগী শগোলবন্দ তানা হোনবিয়ু হায়রুববু যণ গাড়ী মপোং অমদা লুপা ৫০ /৬০ পীয়ু হায়নে মতুংস্থ ঐনা চীংবীয়ু হায়বা নুমিৎতকা শংবীপোং নত্তে। ঐনা মবোল অমা ফৈগলমুক্তং চাউবা খোক মচা অতুদা ফৌ শঙবাই অমগী মমলদি পীরম্মু হেক্তা হায়বা।

"মীগী কর্ম্মদা হাপ্নবা পোংতুদি হান্না লোইথোকপিগেদি হায়দ্রহুনা থাইনা হনুমান কল্লী হায়বগী ৱারীদো অঙাংতুদা তৌতুনা লৈরবরাউ" হায়হুনা পুখ্রি মপান্দা কোন ফেংলিবী ইন্দোন অমুবীনা লাউরকই।

"খুরা হয়েং অয়ুক অঙনবদা ওইনা লাকচরগে" হায়রম্লগা চংখ্রে ইবোচৌবহু। ইবোচৌবনা মপাগী শ্রাদ্ধ নংনবা খুরুম বরুর অমতং শাবিয়ু হায়বা লাকপদা হৌজিক কালগী নহারোলগী হোনবা ভাব ইতা তাদনা ভাবা শাহুনা খুরা তোন্নুদা হৌজিক হরাই সেন্দলনা বাই চাইরবসিদা খুরুম শাবসিবু কান্নরিব্রা? হায়হুনা হেক হংঙুরে মহুদা খুরা তোন্নুনা লিথখ্রিবা ৱারীনি। ইন্দোল অমুবীনা থান্নম-দ্রবদি ইবোচৌবহু পাক হৌগৎপা য়ারম্মোইদবনি। ইবোচৌবা চংখ্রবা মতুংদা খুরা তোন্নু মথুবাক অতু থাঙ্গৎতুনা য়েংভি মিলদগী

হোঙনা লৈরুবা চৌবর মতেক, বাগান উপাক কল্লবা ক্রুং ক্রুং লাউ-রবা উছু হাংগৈ খুদোংনা তেমহুনা খুরুম শাবদগী হৈজল্লবা মখুৎ ওইনা শিং শিং নাল্লী। তাঙ্গা অসিদা পুখ্রিদগী কোল চাম্লগা কারকলিবী ইন্দোল অমুবীনা ভাংবোই লাউবোই হায়রকই 'অঙাং-হুনা হায়রিবদো চুমদ্রো ঐনস্সু কয়ারক হায়রে—খুরুম শাবশিনা মী ওইররোই মখোইগী হরা সেন্দল অসি লাকপদগী পোৎশিং অসে অস্নুম হুন্থরকপনা কৈথেল ফম্বদা হকাম চল্লে।"

"নংনা ফম্বদা হকাম চল্লবস্সু ঐনা খুৎ হৈবমখৈ শাবদি লেপ্পে-দনা নোংমগী চরাদি শোয়দ্রেদনা"

"শোয়দ্রিঙৈসিদা ফিবম অমা শেনহৌনবা হায়বনি হয়েং ভাসেপ চিবান্দোংগী পেন্মানংস্সু; ঐস্সু পূমসি তাদনবা হায়জহৌরিবা"।

"কৈদৌনা ঐদি ভাসেপ চিবান্দোং ওইগদৌরিবা নত্তে চহি নিফু হেন্না খুরুম শাহুনা লেল্লক্লবা ঐবু হৌজিক করি করম্বা থবক অমদা অমুক হোংগদৌরিবনো ? কাম্নদে নংগী রাথি রারেমছু নুমিৎ আ য়ৌখ্রে নংনা তৌদৌবা লোইশিল্লো কৈথেল চংলো। মচিন্দদি ইন্দোল অমুবীগী রাহু রাথি রারেমনি হায়রগা মপুক্লিংদা খুরাতোন অকিবা অমা কল্লা ফাওরকই নিংশিংলকই-ইবেন থোইনু; শংশঙ উরকই মমিৎতা ইবেন থোইনু তিকি য়োনবী মকোক্তা থোংলিবা পাক্লবা লুকমায় অছুগী মথক্তা থুমোক মরোল মরোল মখুৎ নামনা মৈনম উতোং অহু পায়রহুনা "হুই লোইবা নপা য়ানৈমচাশা লোয়রে তৌরিবসি মাংঙিবরা শেংঙিবরা মথোং অমত্তা খঙদ্রে অসে অচ্চা 'থ্যাই পেংপু পেৎলবরা করিনো" ইবেন থোইনুগী মতৌহুদা লংন-

গদবগী লৈকায় পাখং মচাশিংনা থোইনু কৈথেল কুম্নকপা থোওইনা ঙাইরদুনা লংনবদো খুরা তোন্নুনা নিংশিংলকই "ইবেন শোমদা শোমদা নেংলে নেংলে" ।

"হা ! কদায়দনোনে" হায়দুনা ফল হেক চোংবদা মকোক্তগী লুকমায়দু চেপত্নুনা থুম্মোক মরোল মরোলদু গ্রোং গ্রোং হেক ওন্থে তিককি ময়ামদু লম্বী ময়াইদা জোরো হেক হৈদোকই । ইবেন থোইনু শাউবনা মৈ হৌই পাখং মচা ময়ামদু কায়দুনা হেক চেনখি ।

ইবেন থোইনু তিকি য়োনবীগী কুম্মৈসি খুরা তোন্নসু য়েংদুনা লাকখি ।

মমাঙে চাকহোং ঙাহোংলিঙৈ ইবেনগী তিকিনা নোংমদা মরাং কায়না পোংশিং ফরবৈ মতম অদুবুদি ইবেন্না কৈথেল কুম্নকপদা অঙাংশিংনা লংনদুনা তিকি থব হৈদোকপদুনা অৱাবা করিস্ত ওই-রমদে । ইবেন্না লৈখিদ্রবদা মমৌ ইনে মুখিনা তাখিবা দশাদু মথং মথং নিংশিংলকই । য়ুমথোং খুদিংদা হিদাক হাম্নরম্বদগী চুরূপ বেড়িনা শিনখ্রবদা তিকি পোংশিং হন্দ্রকখি মমৈথংদা ইনে মুখি তিকি শাবনা ইম্মুং পুবা ঙমলক্তদুনা তোকপা ভাখি হৈত-হৈতনা মুখি য়েনশাং য়োনফম ফমখি—অসুম্না তিকি পবাউ হায়না মমিং চৎলম্বা লৈকায়দা তিকিগী শিনফম মুংখি । খুরাতোন্নু অসুম মথং মথং নিংশিংলম্বদগী খঙহৌদনা মখোল থোক্লা লাউরকখি "সেৱা ঐনবো" হাংমৈ খুদোং তাপ পায়খৎলি থক্ থক্ য়ান্নি কল্লবা উচুদা হাংমৈ ময়াথক্তগী হেন্দে মঙম শান্দে খোক্সুন্বা অচোৎপা তাইরেনগুম্বা ওই-

রবদি চোপ লাউনা অয়ান খুদিংগী মওং তাগদবনি। খুরা তোম্নু মরিল খাবা খুরা তোম্নুনি হাংমৈ খোক থম্মী মনাক্তগী পাইজদু তাপ লৌই। খুরুম শাবদা পাইজ শিজিন্নবসিদি মচেক্ অদুক খোম্বা ; মবুক নাম্নবা ইৎপা অসিদমক তৌনবনি অদুবু শাউবনা হেনজিনখিদুনা খুরা খুরুম অদুদা উপু কাংখোল শূবদৌনা পাইজদুদা হাংমৈ খুদোং মনিং অদুনা মুংথং ওইদুনা দক্ দক্ হেক্তা গুরে।

"আঃ চন্দোল উপু চনবা থোংবম চাউবদা চৎকেদি হায়রদুনা ফুন্দ্রেম্নু পান্দবা ঐঙোন্দা লাকইসিবু হাংমৈ পাইজনবা বরুর মতোক খেৎপা য়াব্রা হায়বা ওন্থোক ওম্থোকপা, ঐম্নু ফুন্দ্রে খেৎপা হৈতবা মী নত্তে অদুবু চন্দোল উপু চনবা য়ুবী খজাই খেৎপা অশি অনাগী লম্বোই তুবোইগী খুবকসি পায়নিংদ্রে হায়দুনা হুক তৌবনি"। খুরা খুরুম শাবদু হৌগৎখ্রে বরুর মতোক খেৎলুনবা থোংবম চাউবগীদা চৎখ্রে।

—তোম্নু লাউ লাউ চংঙক্উ ঐ কথারী খেৎপসি অমুক্তা য়াউরো লাউ, ফুন্দ্রে চিংঙম্বা নচাদু কদোমদা চেনখ্রবনো খঙহৌদ্রে, হয়েংগী নি নংঙরোই হায়দুনা পাখৎলবনি। হায় নঙোন্দা শাবীয়ু হায়রু হায়দুনা ইবোচৌবদু থাখিবনি লোইবীখ্রবরা মপাগী সোরাৎতা হাপ্পবনি হয়েংনিনে মখোয়গীদো তৌজিক কালগী অঙাংশিংসে তৌদবা য়াদ্রবা পোৎ অদুদি খর মাংজোননা হায়গে হায়দবনিনেসে"।

—অঙাংম্নু অঙাংনি তাদ। হৌজিক্কী মতমগী চৎনবী অসিম্নু মথোং মরম অমত্তা খঙদ্রে ঐখোই খুৎনা শূরগা চাজবা ঐখায়াদ

শূভম নোমকম মেন তাশিল্লক্রে।

—হায় চৎনবী হায়বসিদি মথিবোং য়াওদবনিনে অতো ঐখোইগী হাক্তক অসিদা কয়া য়াম্না হোংলগেদোসে নংস্থু উরিহুনি ফিজেৎ-ত্তগী শমকক্তগী হেন্দোক্লহুনা চাকচা য়ুথক ফাওবা মতম অমা ওইরেনে যুগ অসে। মখোইনা হোংগে মখৈ হোংজসস্থু নখোই ঐখোইদা হোংদ্রগা লোইরেনা ইবো।

—অহুদা তাদ চানবা থকনবা অহুনা কুম অমগী য়াৎতনবা পৈশিনবা ওম্লগাদি তাদনা হায়রিবদো য়াবা মহুদি নৎত্তবনিনা নোংম নোংমগী চাবা তানবা ঐখোইদি হৌজিককী ঈরাং অসিগা শম্ন-রুদ্রবদি চারা হেনবা তারকইবা।

—হায় নখোই কনা লৈ নং খুবা লাকইবসি বেড়ী পুথোরকউনে, তোনু নংনা হৌজিক চিল্লবা তাঙ্গা অসিদা য়া লুনা লুনা ভাং-ভিসিবু নত্তে নংবু রাজনিতি য়াওব্রনে।

—রাজ নিতি অহু নিতি ঐ খণ্ডদে ঐগীদি তাদ পুক নিতি নোংমগী পুক থন্নবগী নিতি অসি ভাব তাশিল্লক্তবগী য়ানি। হৌজিক তাদনা বেড়ী ফানবীবি থায়না লান মমাংদা তাদবু বেড়ী তৌবিরমব্রো ?

—কদাযদগী নোদা মখোইগী বেড়ী মপুন অমা থক্পনা ঐখোইগী চুহি নম্না শুবা নপ, নপ, লাউনা মনম মুংশিরবা হিদাক ভাম্তক অমা থক্চবদো য়োবা মংবপোৎ নৎতেদা। হৌজিক অসিদা হিদাক অহাওবা কদায়দা থীরুনি হিদাক য়োনফমবু লৈরিব্রনে কৈথেলদা।

—তাদনা থিবিরুগদবনিনা হিদাক অশুবগী মহুৎতা বেড়ী থিবির-বনিনা মীনা লৈবীত্রবা হিদাকুদি কদায়দা কনানা য়োল্লুনি।

—হায় চুম্মানে ইবো নংনা হায়রিবহু চুম্মীনে ঐদি খনবু খল্লুদে।

—তাদ ফুন্দ্রেহু ঐ চিংজরগে ঐস্নু বরুর জুবা অমত্তং ইবোচৌগী মপাগী সোরাং নংননবা খেংচগে হায়হুনা লাকচরিবনি।

—সে সে নং অতুক চিংগু কথাবিসি হান্না লোইথোকখিসি নংগী-হুদি মিংনা কুপ্পদা ওইনি।

অস্নুম্না খবা তোম্নু থোংবম চাউবগী ফুন্দ্রেদা বরুর খেংপা লোইরহুনঃ মযুমদা হল্লক্লুনা মাগী থবক শুফমদা ফমথবদা মণ্ডায়বি থোংগালদগী ইন্দোল অমুবীনা লাউবোই কপপোই চৈবোই তৌবহুনা প্রপ প্রপ চংলকই—

"ঐনা সি থাক্কনি হায়হুনা চাম্মবক হায়দ্রো কবি থোকএ হৌজিক্তি ঐখোইস্নু পূবরা হুবরা শেন থিৎতং পিশিলহৌসি হায়জবহুদি লৈতে হায়হুনা শিথাঙ খাংবদো হৌজিক্তি ফবেদনা"।

—কৈদোববগেনে অমু অঙাওবীদোনা নংনা ৱা মেন অমত্তা তাদনা পংলাও লাউরিবহুবু খোইদোনা খোইদৌ শাউগৎপনে.........

থবক্কাসি অমত্তা শুনিংদ্রেসে হায়হুনা খুরুমহু গ্রোং লংথোকই। "হুকুম য়োনফনদো তকখায়হৌবে হুকান প্লোট পিখ্রে হায়রে মন্ত্রীনা"।

খুরা তোম্ন ফুক হৌগৎলি মাগী মুপীদা শংত্রিক য়েংভি অহুগা মচিন্দা শোল্লি "কনাগী মন্ত্রী"।

# ইজজৎ তানবা

[ নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহঃ খৃষ্ট কুম ১৯৩৭ তা কাছাড়গী পালারবন্দ খুঙ্গংদা পোকই। হৌজিক্কী ঙরিশোক য়াম্বেম লৈশায়-দা লৈবে। গুরাহাটি বিশ্ববিদ্যালয়দগী ইকোনোমিক্সতা এম, এ, পাস তৌই। রারী মচা ইবা অমা ওইনা মণিপুরী সাহিত্যদা কুঞ্জমোহনগী খুদোল থোইদোক্লা শীংথাবা য়ানা চাউই। অদুগীসু মথক্তা মহাকনা 'মৈরিক' কৌবা রারী মচাশিংতগী ওইবা থা থাগী চেফোঙগী সম্পা-দক ওইদুনা মণিপুরী রারী মচাগী লমদা অচৌবা অনৌবা মায়ওন অমা পীবা ঙমখি। মহাক্কী হৌজিক ফাওবদা ফোঙলবা লাইরিক-শিংগী মরক্তা 'চেনখিদ্রবা ঈচেল, ; 'ইলিশা অমগী মহাও' অনী অসি রারী মচাগী মমিং লৈরবা লাইরিকশিংনি ; অদুগা 'সোভিয়েৎকী লৈবাক্তা' হায়বসি মাগী শীংথানিঙাই ওইরবা লমকোয় রারীনি। মহাক মণিপুরগী সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী সংস্থান কয়াগা নকনবা মরী থমনৈ। অইবা অসি ইহান হানবদা মণিপুর কলেজদা ওজা ওইনা পুন্সিগী থবক থাবা হৌই ; মথং মথং ওইনা থৌবাল কলেজ অমদি বিষ্ণুপুর সীঃ আইঃ কলেজগী প্রিন্সিপালসু ওইখি। মরক্তা বোর্ড ওফ সেকেণ্ডরী এডুকেসন, মণিপুরগী সেক্রেটরী ওইনা চহী খরা পুরমই। "হৌজিকনা মণিপুর সরকারগী টাক্স ফোর্স ওফ এডুকেসনগী সেক্রেটরী ওইনা থবক তৌরি। ১৯৭৪ দা অইবগী

'ইলিশা অমগী মহাও' হায়বা ৱারী মচাগী লাইরিক অসিদা ভারতকী ইকায় খুম্নরবা সাহিত্য একাদমী এৱার্ড ফংখি।

মহাক্কী ৱারী মচা পূম্নমক্তা হৌজিক হৌজিকমক ঐখোয়গী মাওদা তাত্থনা লৈরিবা—শঙ শঙনা উবিবা সমাজগী অশেংবা মশক অত্থ য়েকনবা হোৎনবনি। মহাক্কী চঙ্বা লোম্না সমাজদা ভুহৎপিববা কযাগী শক্তম লাক্তুনা ফোঙদোকপা অসিমদি যাম্না মযেক শেংই।

কুঞ্জমোহনগী ৱাবী মচা "ইজজং তানবা" হায়বা অসিদা নুপীশিংগী থম্মোয়দা লোত্তুনা লৈরিবা অশেংবা ঈহুল অমা মতম অমদি খুদোং চাবা ফংবদা হেক হেক মপান্দা থোবকপত্থ য়েক্লি। নুপীশিংনা মশাবু মমান্নবশিংদগী য়াম্না হন্থবা, তোম্থবদা লৈববনি হায়বসি হায়নিংদে, যানিংদে। মতম পূম্বদা হেন্না ৱাংবদা নত্রবস্থু মান্নবা লেঙ্গা অমদা লৈবনি হায়না খঙবা মক্তনি। তাঙ্গা হেক ফংবদা লোৎশিন্দুনা থম্বগী মহুত্তা অহোয়নত্থম ফোঙদোবকই। থম্মোয়নুংদা লোৎশিন্দনা লৈবিবা অসিংশ্বা নুপীগী নাপল অসি অইবনা যাম্না ফজনা নৈনরি। শেল থোকপা সবক্কাবগী থবক পাযবা ওফিসাবগী নুপীনা ইজজং তানবা ওইনা পীজবৰা ঙা খাইরক্তুনা ফিভম চাত্রৰা ওজা মচাগী নুপীদা লেম্নবকই। তাঙ্গা হেক ফংবদা ওজা মচাগী নুপীনা অমুক জিবিদগী মীনা পুবকপা খজিং অচোবত্থ ওফিসাবগী মযুমদা মীনা পীজরকপনি হাযনা থম্মোয়নুগী অপাম্বদ্ উত্তুনা লেম্নরুই।]

ঙাক্রা অনি অদো য়াম্না শাথীনা ফজরে। মপূং ফানস্থ চাউরে। মপূং ফানা চাউৰতা নত্তনা মশা-মউস্থ নোয়-নোয় লাউরদুনা য়েংৰদা ওন্থোক্লা পেল্লে। ঙা তোযনা চাবা ঙমদবা ঐখোযদদি হেক্তা তিন বুৎ বুৎ যোংহল্লনবা জাৎনি। কুমশিগী ঙা মত'ঙ অসিদদি মতুঙুস্বা ঙাক্রাকা কৈথেলদ' প উ উবা পোৎ নত্রে। ঙাযোনর্বা ইনা-ইবেন-শি'না অমদা লুপা মঙা-কা শোনবদা প'চোপ চোপত্রব জাৎনি। অতুগা তশেংনমকস্থ লুপা অহুম-কাদি শোহদনা যৌবনি।

থা লোইশিল্লকপা তাঙ্গানি। তোলোব মচা চাবা ঐখোয়দদি অর্থ য়াম্না লৈখ্রবা মতাংনি। অসিগুম্বা শেঙ্গাও চিশিল্লকপা তাঙ্গা অসিদা ঙ' লৈতুনা চাব-কা হায়য়ে .. । অতুনা কোকচাউবী কার-তুনা ঐনা হংঙি, "কবিনো তৌবন্নিবতুবু? পৈশা লৈ-লৈতে-কা অমত্তা খংদ্রব্রা? নঙবু চেঙ ৱান্নবা পৈশা শুদে, যামিনীখোয়দগী খবা পূকখিগে হায়তুনা চংখিবা নত্রা? অতুগা ঙাক্রা লৈশিন্দুনা লাক্লিবসিনা করি হায়রিবা জাৎনো? নঙবু ঙাওরব্রা?"

ঐনা অতুক য়াম্না শাথীনা থীৎ কাযনা শাউতুনা ঙাঙলিবদো মহাক্তি থৌ-রা ইশা শাদে। অতুনি অদানি হায়ব। করিমত্তা খুম্লক্তে। মহাক্লা থৌ-ৱা শাদবা অতুমকনা ঐবু অমুক হেন্না শাউগৎহল্লে। উশিংথওইদিব্রা হায়বতুবা মহাক্কী মতৌ অসি! মতু যাবা মুপা নত্তে ঐ। অতুনা ফোল অমা তাননবা মখা তাথরে, "পাই নাতৎপী অমা ফ ওবা তানশিন্দবা নংনা অমুক অহাওবা চানীংলিবসিবু করি-গীনো? নথৌবোং অদো অহাওবা চানীংলবদি......।"

মতুগী মহৈনা হন্দক্তি মহাক তুমিন্না লৈবা য়াদ্রমাল্লে। কাপথিবা তেন অদো মপা চুন্না মক্ষম চানা শাথীনা পাল্লুরমাল্লে, হায়রকই, "করিনো জ্ঞান ইতা তাদনা লন্নাই লুতোন্দা তাপ হেক্তা লাক্লুনা হাইরিবসিবু। ন্না ঙাঙনবা অসি খন্না খবা জ্ঞান তানরগা ঙাঙন'সদা।"

মণি মমাস্থ চান্নন। শাউবগী মতানি।

অতুবু ঐস্ন মুপীনা হাইহৎপা য়াবা মুপাদি নত্তে। মুপীনা শাউগৎলক্লে হায়তুনা ঐনা হেক্তা ঈংথগদবা-কাদি নত্তে। অতুনা হ ন্নদগী খোনসে অমুক হেন্না য়াক্না থূমই, "করি, জ্ঞান তাদবকা হায়রিয়ে। কনানো জ্ঞান তাদিব্রসিবু? জ্ঞান তারেদা! জ্ঞান তাবী! নরল লৈতনা বঙ্গোম চানীংবী! জ্ঞান য়াম্না তারেহে।"

ঐ চান্নন। শাউরে। অতুনা মরী লৈনবা লৈনাদবা থিদ্রে, ঙাঙগনি ঙাঙলোই খঙজিল্লক্রে. ইচীন্দা অন্নাকপমথৈ অথিংবা লৈতনা থোকখ্রে, "ঙমজদ্রে লাইরবা ঐনা শামু অঙোবা য়োকপা। ইনাকখুনবা নপাম্না করি তৌরকই হায়তুনা?"

ঐ মৈ হৌনা শাউরে হায়বসি মহাক ভাব তারমাল্লে। শকক্ষম খংহন হক্লিন্দুনা মখোল অদো খংতপ তপথরগা হায়রকই, "ঙাইথোবা শাউগৎখিন্নু। ঐগী ন্না অসি তারগা শাউগে হায়রবস্থ শাউ-ও।"

"করিনো শাউগৎখিন্নু-কা হায়-শারিত্নবু। জ্ঞান ইতা তাদ্রতুনা। খুত্নম অসিনা ...।" ঐ হস্থবা লৈতে।

অতুবু মহাক্তি য়াম্না তপথখ্রে, হায়রকই "ঙা অসি লৈরকপা নত্তেয়ে। মীনা পীজরকপনিয়ে।"

ঐগী ৱাঙাং অসি খঙহৌদনা অঙকপা ফংনা কনখি।

"ঐঙোন্দা কনানা করিগীদমক ঙা পীজবকদৌরিবা ?" ঐগী য়াক্লবা খোনফম অমদি মৈ হৌরবা শকফম অদো হঙ্খিন্দে।

তশেংবমকস্তু ঐঙোন্দা কনাগুম্বনা ঙা পীজরকনি হায়বসি ঐগী মঙ ফাওবদা থাজবা য়াদবা ৱাফম্নি। করিনা, ঐনা ওইরিবসি স্কুলগী ইচম চম্বা ওজানি। ওজা মকোক্কাস্তু নত্তে। ঙসি ফাওবদা কবি-গুম্বা মবম অমগীদমক কনা অমত্তনস্তু ঐঙোন্দা ঙা থিল্লকখিদ্রি।

ৱাফম অদো শেংদোক্লবা মণি-মমা না মখা তাথবকই, "ঐনা যামিনীখোয়দা চংলুবদা মখোয়গীদা ৱানোম্বা লাকপা ময়াম অতু থেংনক্লে। লৌৱাই নুপা অমনা পুরক্লিবনিনে, অসিগুম্বা ঙাক্রা ঙাক্রা কুনমুক্লি। ঐনা চৎলগে তৌবদা পুখো চাকচো হায়দুনা যামিনীনা অনিথকসে পীরক্লিবা। পুবোই লাকলোইকা য়াদে।"

ঐ নুংশাসোর মপী হোৎন্তে। মাগীসে তশেংনা শেল তিংদুনা লৈরকপমক্তি নত্রমাল্লে। অদুমকপু চিংনবা অমদি ঐগী ৱাখলদা পোক্লকই। কবিগুম্বা মরম অম-কা লৈরম্লবদি! ঙাংশিং লাইরিক তাকপিয়ু-কা হায়গদবগী ওইবম্লবদি! মদুনা মহেনখ্রে ঐনা তনবা। ঐগী ইচাশিং ফাওবদা তাকপিদবা ঐঙোন্দা। অদুবু মদু নত্তনদি ঐঙোন্দা ঙা পীজরকপগী মবম স্তুক্লে লৈত্তে। অদুগা মরম ইবে লৈত্তনা যামিনীখোযগী ইমুংনা ঐঙোন্দা ঙা পীজবকনি হায়বসিস্তু ঐ থাজদে। মবমদি যামিনীগী মপূরোইবা অসি সেটেলমেন্ট ওফিসতা থবক তৌবা নুপানি। সেটেলমেন্ট ওফিসকী চৎনবী মহাক্কী লু তোংদা চঙখ্রবনি। তৌবগীদি মহাক্কী চপচাবী ফম অদো করিনো হায়বা

ঐ খঙদে, খঙগেস্সু খল্লুদে। অতুবু মঙাক হাইফেং থবক তৌবা ঙম্বা মীদি ওইরম্বা তাই। মরমদি নোং হেক ঙানবগা মখোয়গী ইমুং অসি য়ানোম্বা লাকপা মীনা পীক থল্লি। ময়াম অদো অরেম্বদা লাকপা মী অমত্তা য়াওদে। তৌবগীদি যামিনীগী মপূরোইবনা নোংমত্তা কনামতদা অতু পুরক্ত্রবদি অদা পুরক্ত্রবদি হায়বা অমত্তা য়াওখিদে। য়ানোম্বা লাকপা ময়াম অতুনা মশা মশানা খঙনা পুজরকপা ঙাক্তনি, শেলবু ওইরবস্থু থুমবু ওইববস্থু। মখাং অসিদনি ঐনা য়াম্না চিংনরিবস্থু। ঐঙোন্দা হয়েং হায়রুবদা হেক য়াবিবরুবা হায়দুনা ঙাক্রা অসি পীজবকপা ওইরম্রবদি!

অতুনা মাংজৌননা খুকউ-গুবাই শেলহৌবা ওইনা ঐনা হায়, "মখোয়গী তুবু মরম অমা শোয়দনা য়াওরমগনিকো। মবম ইয়াও য়াওদনা অতুক ফজখ্রবা ঙাক্রা অদো হেক্তা পীজরকপা হৌনদে।"

"চুম্না অতুম পীজরকপনিযে হায়বিমক্তুদা।" মণি-মমানা ঐগী চিংনবা অদা কোকনবা কন্না লাক্লজে।

চয়োলমুক মতুংগী য়ানি। জিবিবামদা থবক তৌবা ঐগী ইনাও ন্নপা অদো লাকই। মহাকনা লাকপদা বোবাক খজিং পোপচাউবী অদো তবামুক পুরকই। ফজবে চঙখোল্লে, খুতুপমুক্তুম শাংলনি অম-মম্না। এবোপ্লেনগী থৌজালদগী কাছাড়দা হৌজিক ফাবা ঙা হৌজিক অতুম মণিপুবদা থুংলরে। অতুনা খজিংশিং অদো লোইনা মশা তগৎ তগৎ তেক্লি। ধন্যনি এবোপ্লেন।

মুমিদাং অদো থোংহুনা চাবদা কয়াদি হাউরে। ঙা চামন্দহুনা তৌববা হাযবহুদি খঙদ্রে। চাক চানা চানা ঐনা মণি-মমাদা হংঙি, "খবা থৌথোক্তুনা থম্লিববা হযেংস্থ চাননবা ?"

"কদ হদগীনোদা !" মণি-মমানা খুম্মই। অহুদগী নোকমি নোকমি তৌবহুনা মখা অমুক শমথবকই, "তবামুক পরকপা অহুদা মবিখক যামিনীখোযদা পীজখ্রে মখোয়স্থ ঙাক্রা-কা পীজ-বক্লিবহুদি।"

ঐ মখাবুদি তাদ্রে। অহুবু পুকনিংদদি পাউথুম অহুনা য়াম্না শার্থনা নুংঙাইহন্দ্রে। অস্থক হাউখ্রবা পোৎ অসিবু মীঙোন্দা পীজথোকখ্রিবা !

নোংঙাল্লগা ঐগী কা-মচা অহুদা অঙাংশিংগী পরীক্ষাগী চে যেংহুনা লৈবি ঐ। মাঙ্গোল্লোমদগী মণি-মমানা য়াম্না হরাওনা কৌবা তায়, "যামিনী . ! অয়ুক অঙনবা অসিদা নশক ফজবদো উৎল-বিবসিবু করি খবক্কী ওইরবনো ?"

তশেংনমক অস্থক মকারাম্না অস্থক হরাও-তয়াম্না মণি—মমানা যামিনীবু কৌবসি মসিগী মমাংদা ঐ তাখিদ্রি।

"ৱা অমা হায়গে লাক্লিবনিনে।" যামিনীনা খুম্মকই।

ঐগী চিংনগল্লবা ৱাখলনা ঐবু জ্ঞান মাঙহল্লি। হকচাং পুম্বা শ্বাই লাউখিবা খঙহৌদে। নহান ঙাক্রা পীজরকপা অহুগী মতুং ইন্নবকপা ৱা শোয়দনা ওইরম্বা তারে। শোয়দনা অঙাংশিং লাইরিক তাকপিযু হায়বা লাক্লিবনি !

থংনরিবা কা অতুদা মখোয় অনিমক চংঙকই । ঐ নাকোং থাঙ্গৎলি মণি মমানা হংঙি, "করি ব্লানোনে ? য়াম্না লুবা ব্রা জাৎলা ?" ঐগী মিহুন তীং তীং লাউরকই ।

"নঙনা ঙরাং পীজরকপা খজিং অদো," যানিনীনা খুম্মকই, "ওস্থোকনা হাউখ্রে । মতুবু কদায়দগীনো ? কদায়দগী লৈরুরিবনো ? ঐখোয়গী সাহেবনা মতুতা হায়তুনা লেখ্রে । ঐবু হংঙ্গুচো হায়তুনা থারক্লিবসিনি লৈরুনব । মতুবু খ্বাইরম্বন কৈথেলদা য়োল্লবরনে ?"

"ইহে অতুগী ওইরে !" মণি-মমানা মথৱাই তানা ফাক ফাক নোক্লকই, "বোরাক খজিং পোপচাউবী অতুবু খ্বাইরম্বন কৈথেলদা কদায়দগী লৈবা ফংগদগে ? মণিপুরদা ফংবা ঙাম্বু নত্তনা । নঙসে ওস্থোকন পঙখ্রেমা । ঐখোয়স্থু মীনা পীজরকপনিয়ে । পরীক্ষা মতমসিদি ঙা জাৎ জাৎনি । পুরক্কম্বু থম্মমগনু-কা য়াবা পোৎ নত্তে ।"

ঐ হন্দক্তি শাথীনা জ্ঞান মাঙলে । চে য়েংবগী ব্রাথল-কা ব্রাই চাইখ্রে । মণি মমাগীসিবু ইজজৎ তাল্লিবা হায়বতুরা ।

১৯৭৩

# লিনগা হণ্ডোইগা

[অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মাঃ ইং ১৯৩৯ দা খোংমন মংজিল ইম্ফালদা পোকই। মণিপুরগী সাহিত্য অমস্তুং কলাগী সংস্থান কয়াগা মরী লৈনরকই। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, মণিপুর কলা কেন্দ্র, অসিনচিংবা সংস্থানশিংগা মরী লৈননা থবক কয়া তৌরকই; "খোন্থাং," "রাখল" অসিনচিংবা চেফোংশিংগী সম্পাদক ওইরকই। মহাক মমিং লৈরবা চিত্রকার অমস্তুনি। হৌজিক মণিপুর সরকারগী হেন্দলুম অমস্তুং হেন্দিক্রাফট সেণ্টরগী সুপরভাইজর ওইরি। মণিপুরদা মশক নাইরবা অইবা অমনি। মহাক্কী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংগী মনুংদা মখাগী অসি মমিং পনবা য়াইঃ—লৈপাকলৈ (উপন্যাস, ১৯৬৮), ঙসিদি লাক্লে (ৱারী-মচা, ১৯৭০), ভাবাদা (ৱারীমচা, ১৯৭২), মীচেন (উপন্যাস, ১৯৭২), সনাকৈখেল (উপন্যাস, ১৯৭৭), লুপথখ্রবা হিনাউ (ৱারী মচা ১৯-৮৭), থরো অশংবী (উপন্যাস, ১৯৯১), অসিনচিংবা। "লুপথখ্রবা হিনাউ" হায়বা ৱারীমচাগী লাইরিক অসিদা ইং ১৯৮৯ মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমিগী সাহিত্যগী এৱার্ড পীখ্রবনি।

হৌজিক্কী পুন্সিগী সমস্যা কয়াবু ফোঙদোক্লবা হোৎনরিবা অইবা-শিংগী মনুংদা চিত্রেশ্বরসু অমনি। থাইনগী চংনবী অমস্তুং মতমগী অহোংবা অনীগী থেঙ্গাইনরকপদা অইবা কয়াগী মিৎয়েং হোংলক্কবা নত্তে। মসিনা মরম ওইরদুনা থায়নগী রোমান্টিক ওইবা খুৎই

খাদোক্তুনা হৌজিক্কী সমস্যাবু য়েক্লনবা হোৎনরকপা অইবশিংগী মরক্তা চিত্রেশ্বরস্ভ অমনি। মহাক্কী লাইরিক "লুপথখ্রবা হিনাউ" অসিদা মহাক্কী হান্না ফোঙখ্রবা ৱারীমচাগী লাইরিকশিংদগী কলা অমস্তুং হীরমদা হেন্না মতমগা চুনরকপা মওং উবা ফংই। "লিনগা হঙোইগা" হায়বা ৱারীমচা অসি মথক্কী লাইরিক অসিদগী লৌথোরক্পনি। লিনগা হঙোইগা লৈনরিবা মরীগা হৌজিক্কী সমাজগী অঙম অঙম স্তদংনবা মীওইবগী শাজংকা পান্দম্লহনা উৎপা ৱারীনি। মহাক্কী অচম্বা ৱাহৈ, ৱারী লীবগী হৈশিংবা অমস্তুং মম্লুংগী অর্থ পীবা ঙম্বা ৱারীগী মিংথোলনা অপাবশিংগী পূকনিং চিংশিন্বা ঙম্মি। ]

লিন্না মশা তন্থায়ফাওবা উমশিনখ্রবা হঙোইহুনা চেৎ-চেৎ খোংলকপহু তাবা মীশিংনা মখূত্তা লৈতূম অমমম পায়রহুনা হঙোইগী মাইকৈদা লংশিল্লগা হায়রকই—"হঙোই ? হঙোই ?"

"হঙোই, কৃষ্ণ শোল্লু।"

"হঙোই, শিদবা মপূ শোল্লু!" অমনা অমুক মখা তারকই—"মপূগী মিংখৈ শোল্লু।" মখোয় মখোয়না হায়বা য়াবা হঙোইহুদা হায়নবি। ঙাঙনা ঙাঙনা হঙোইগী খোঞ্জেলস্ভ অস্তুম পীকশিনখি। ঙাইহাক্কী মতূংদা হঙোইগী মখোন তাখিদ্রে। হঙোইদা লাউরম্বশিংহু মখূৎচাবা চৈতূপ নূংতুম পায়নরগা অশোঙবা নাপী মরক্তদি চঙশিনবা কিরহুনা অকোকপদা লেপ্লগা লাউরি—

"হঙোই ! হঙোই নঙবু শিরব্রা চঙলিব্রা ?"

"শিরম্মনিদা।" অমনা খুম্লকখি।

"শিরম্মনি খোংখিদ্রে।" অমনসু হায়রকখি।

হঙোই কম্লবা চোংথোরকখিবা পুম্নমক্কী মমাঙদা য়েনবী অমা চেম্থোরক্লে। মখোয় হঙোইগী ৱাখল থাদোক্তুনা মচা চেল্লিবা য়েনবীত্থদা ওনশিনখ্রে। মখোয়না য়েনবীত্থ কোয়থৎ থৎলগা ফাখ্রে। মপী ফানবা হোৎনবদা লোয়্নরম্বা মচা খরত্থ পূমচাই চাইনা চেন্নখ্রে। য়েনবী ফারবা নহা খরত্থুনা অমগী ফুরিৎ লৌথোক্তুনা য়েনবীত্থ য়োমশিল্লগা পুখিত্থনা তোম্বগী শঙ্গোয়দা থোংলগা চানবা থৌবাং তৌখ্রে।

নহা খরত্থুনা লাঙনবত্থ উবদা তোম্বনা লাউরকই—"হায় হায় কদাইদগী য়েন্নো ? হূরানবশা ! হুংথিল পোবোপ্তা মীগী য়েন হূরুরব্রা ?"

"তা তোম্বা ! ভুমিনলৈযু, নঙগীসু শরুক থুংবিনি।"

"থুংবিনি থুংবিনি তোম্বা ! নঙ য়েন চানীংব্রো ?"

"চানীংদে, মফম মরাং খঙদবা কদাইদগী য়েন্নো নহোয়ত্থুবো ?"

"লৈবকপনি, লূপা কুম্ভরেৎ পীত্থনা।"

তাতোম্বনা চঙশিন্দুনা য়েন মত্থ ফোয়বিবত্থ য়েংঙি। 'হূরানবশা ! সিদি মমাঙ অমুহোইগী য়েনবীত্থুনিনে। মচা খরত্থুদি কদাইদা লংথোক্লম্লে ?"

"হায়, তাতোম্বা ! তুমিনলৈয়্মি নঙবো, নত্রদি পুলিস কৌরগে। হা পুলিস কৌরো ?"

"পুলিশ হায়বা ? ঐ চৎলে, নহোয়না পুলিস কৌদোই ওইরদি ঐ চৎলে।" তোম্বদু মচীন্দা মুরুম মুরুম শোন্দুনা চৎখি। লৈহৌরিবা নহা খরহুনা মাগী শঙ্গোম মচীহুদা লৈরিবা তেক্সি খাংনচিংবা থোং থাক্লবা মপোৎশিংদু পুথোক্কুনা য়েন থোঙ্গৎহৌই। মখোয়না য়েন থোংনবগীদমক তোম্বনা নোংঙানবদগী মুমিৎ চায়বফাও নিজরুবদা ফংলকপা পোৎয়োম মপুন্দু ফাক্তোক্লে। তোম্বগী পোৎয়োম ফাক্লুবদা মখোয়গী অৱাৎপা খুদিং মরাঙ কায়না ফংডি। মখোয়গী অৱাৎপা হায়ববু মরূ মরাং, মচু অমদি থাউতনি। মরোয় নপাং থুম মোরোক অমসুং অতৈ পোৎলমশিংদ তোম্বগী ময়োম ফাক্লুবদা ফংদবা য়াওদে।

নহারোলশিংনা পুলিস পনবদগী কিহুনা থোরকপা তোম্বনা য়েন্বী থিরকপা অমথোইগা থেংনরুরে। অমুথোইনা তোম্বদা হংলকই—"তোম্বা! নঙ ঐগী য়েন্বীদু উ-লাকপ্রা?"

"উই।"

"কদাইদ্রাইদা? মচাশিংসিনা কদাইদা চিথরম্লিবা? হৌজিক-রাইদা শূমাঙ ময়াদগী থোকখিবনি; কদাইদা লৈহৌই তোম্বা?

"আ খাংদা।"

"চথোকএদা, খোয়দৌ খরা শাওগৎলিঙৈদা; মসিদি ঙাওদা ঙাওবা অশেংবনি হায়।"

"য়েনবুদি খাংদা থোংদদি, মীনা অচুম্বা হায়রগা অঙাওবকা হায়রদনা; নঙদি ঙাওদে হায়।" তোম্বদু ঙাঙ ঙাঙহুনা চৎখি।

তাতোম্বা চহী য়াঙ্খৈগী মথক্লি। ময়ুম পান্দুনা মচা অহুম লৈরবা তুংদা ঙাওখিবমি। মহাক যণ গাড়ীদা চেক হোল্লগা নোংমগী

চরা তাঞ্জবা মীশকনি। মাগী লৌ লৈজদে, ইখোলসু চাওদে। অহুমকপু তোম্বনা মাগী যণ অনীহু পাহুনা ইখোল মচেত্তু খোইরগা মমা-মশীং ইনশাংনা পূমশং শংনা থাই। মহাক্কী নূপীনা কৈথেল্দা মনা-মশীংশিংহু য়োল্লি। মখোয় অনী চঙহুনা তানবা শেনফম্না মচাশিং থাকই ; মখোয়নীগী হিংনবগী পান্বে ওই। অস্নুম্না চম্না লেপ্পবা হিংজবা তোম্বগী পুন্সিদা খঙহৌদনা নোংমদি শাথীরবা দশা অমা তাথি। অঙনবা অয়ুক অমা তোম্বনা চেক থারম্লগা অহাঙবা গাড়ী খোহুনা লম্বি চৎলিঙৈদা মশক খঙদবা নহা খরা রিক্সা অমদা পুরকপা বোরাখাউ অনীখক মাগী গাড়ীদা থাঙৎলহুনা হায়রকখি— "খুড়া, খাউ অনিসি গেট ৱাংমা ফাওবদা পুবিয়ু। ঐখোয় রিক্সাদা চৎথৎলমগে।"

তোম্বনা হোয় মাই হায়নবা নংত্রিঙৈদা নহা খরহু খুদক্কা চৎখি। মহাক্কী গাড়ীদা হাপ্লম্লিবা বোরাখাউ ময়োমহু য়েংলুবা তৌদনা তোম্বা গাড়ী থোরি। তোম্বনা শঙম্বুং গেট মপা য়োৌবদা খুৎলাই মতীক চানা পায়রবা, মরোল লোনবা লাম্মী খরা থোক্লক্কুনা মঙোন্দা চেক তৌররে। সিপাহীশিং অতুনা তোম্বগী মশাদা য়েংলবা মতুংদা গাড়ীদা য়াওরিবা রোরাখাউ ময়োম অনীহু চ্যেক তৌরকখি। খুদক অতুমক্তদা বোবাখাউ মন্নুংদগী লাম্মীনা পাম্বা অরোনবা লালহৌ তৌবা কাঙবুগী খুৎশূ-খুংলাই খরা ফংখ্রে। বোরাখাউগী মরী-মখোঙ খঙজদ্রবা তোম্ববু গাড়ীদগী চিংথরগা কাওবগা, নেৎপগা; ফুবগা, থিনবগা ঈথেং তাবমখৈ লাক্লরবা মতুংদা মখোয়গী গাড়ীদা হাপকৎলগা পুখ্রে।

মরাল লৈজদ্রবা তোম্বনি, হায়বিনবা লৈত্তবনা মতম শরদি লান্মীগী অণ্ডং-অনৈ খাঙদুনা অরাকমদা লৈবা তাখি। মহাক্কী নুপী অমসুং মরী-মতাশিংনা অরেবা মাল চাং কায়দুনা হায়েন শঙগী মতেং লোরবা তুংদা য়াম্না রানা তোম্ববু কেশুমশঙদগী লৈথোকখি। লাইবক থীবদি কৈশুমশঙদগী থোরক্লবা তোম্বতু হান্নগী তোম্বা ওইরমদ্রে! নামা হোরবা অঙাংবা লায়না চুববা তোম্বা ওইবন্নে। তোম্বগী ফীভম খঙলকপদা মাগী নুপীন শশোয়শোল্লা কপ খি। কপচবা নত্তনা মরাইবক থীববী নুপী অসিগী পাংম্ব ফংখিদে। মতুংদা চহী কয়া চঙনা তোম্ববু ক'যেবা থোংনখি, মাগী নুপীনা। মাগী লৈজব পুম্ব তুমগ্রব মতুংদম্বু তোম্বগী হান্নগী মীবাল তাহনবদি ওমখিদ্রে

তোম্ববু হোংনবা য়াবা হোংনবন্নগা ওইক্রবদা মাগী মচ অহুম পুদুন মপামদা লৈখি, তোম্বগী নুপী। হৌদিক্তি তোম্বগী য়ুম-ইস্কোল অমসুং শাঙ্গাই, মপু পান্দ্রবা মফম ওইহেরে। তোম্ব নোংমগী অহানবা চাবগী হীংলে। কৈরোয় লৈবাই অমসুং বেথেন্দা, তুকান খুদিং চত্তুনা অচ অথক নিজবগা মশাগী হিংনবগী পান্থে ওইখ্রে।

তোম্বনা চৎপমখে চৎলুবগা মাগী অহাঙবা মচুমদা হুপ্তিল্লকই। নোংমন মাগী নপাবু হন্না হন্না কৌই; খুন্দবক্রবদা অপীবা খোল শীজিন্নদুনা মাগী নুপীবু চৈবন্নগা তোকখি। অহুম্না নোংমগী কৈথেন্দগী অথুম-অহাউ পুরক্লগা মচাশিং পীজগনি হায়দুনা কোয়থি-থি, কোয়কো-কৌজে। ফী-রোল তারম্বা খুল্লব্রবস্থু মচাশিংদমক

তমজৈ, মচাবু উজবা ফংঙ্রবদা পুরকপা ফী-রোল মচেৎ মচেৎ শেগাঙ্গহুনা লংথোকখি। করিগুম্বা মকোক্তা কোকথোং অমা পুরহুনা খুন অমদগা খুন অমা লান্না চৎলি। ৱারক্লগা উথোঙদা পোথাহুনা লৈথোকই। অহুবু অয়াম্বা মতমদা মহাক ময়ুমদা হঞ্জিল্লকই, অহাঙবা শঙ্গোয়গী মচি অমদা তুম্মী। মাবু কনানম্বু হংলুদে, নীংশিংনদে। লৈকাইসিদা উৎসবনচিংবা থোক্লবদি তোম্ববু নীংশিঙনৈ। মাবু চাক পাঙ্জরগা কোল-লীক ফেঙহল্লি; চগুম শেংহল্লি।

পুলিস পল্লুবদগী থোকখিবা তোম্বনা চৎপমখি চৎলুরগা অথেঙবা অহীংদা তুম্বা হঞ্জিল্লকখি মাগী শঙ্গোয়দা। মানা নিঙ্জবকপা চানথক্লবা অমফাওবা লৈবমদ্রে। অহুগীম্বু মথক্তা মাগী তেকথরবা শঙ্গোযদগী ফক্লাং ৱাচেৎ মযাম শক্তোর্‌ম্লে; যুমথক্তগী ই শৎখিবগী ইকুম-লাংকুম্না পুমচাহ চাইরম্লে। মখোয়না চাখি থকখিবগী লুখাক চগুম্না শোঙথাফম লৈবমদ্রে। তৌরম্লিবা ফাভমহু উবদা হাযনীংঙাই লৈতনা শাউবব তোম্বনা লাউরকখি—"হুরানবশা নথীবোং থন্নবা শাংঙা, হুই হৌদোং যণ-ইবোইদা নত্তনা মী ফাওবা চাবো। মী হোঙলে; মী যাম্মল্লে। মীনাই মচাশা! মপু মশক খঙদেনে নখোয। মী মশক খঙদ্রি, নাপী চারো যণ ওন্নবা।" মহাকনা মথা তারকখি— "অঙম অঙম্বা হাত্তুনা চানরো। ঐ শিনীংলে, ঐ অমুক হিংবা পামদ্রে, ঐবু হাত্তুনা চারো।"

তোম্বনা অথেঙবা অহীংহুদা কোয়লাউ লাউবহু তাবদা তুম্বা য়াদ্রহুনা থংনবা যুমদগী তোল্লমু লেমতোন অমা পায়রহুনা থোক্লকই। মহাকনা তোম্ববু য়েংলম্লগা ৱাহৈ অমত্তা হায়রমদনা হনখি। তোল্লমুনা

মমায় লৈহুনা চৎখিবহু উবদা তোম্বনা অমুক লাউরকই="নরাইবক্তা চন্দন নমহুনা ধর্ম্ম লৈবা লাইনীংবা শাবা; পূক শেংদবা তোল্লমু, নচা হুরানবহুদি হ্বারক্রুগা নঙন। লাই শোন্দুনা কৈদৌনি?" মহাকনা ঙহাক লেপ্পরগা মখা তাবকখি—"ঐবু হাৎলোনে নখোয় নুঙাইহৌনবা ইখোলসে খোপচিনবতা নত্তনা, পুম্নো লৌহৌরো। মহু নত্রা নখোয়না পাম্লিবসে ..?"

তোম্বনা লাউহুনা লৈহৌই; তোল্লমু হন্নফাওবা যেংলমদনা মযুমদা চঙখি। অথেঙবা ইচীক হুল্লবা 'হীংহুদা নুংশিংনা মনীং অম্না তোম্বগী হাঙলবা যুমহু ফাওহুনা শান্নবি। নুংশিংকী তাংথক নাইদ্রবা শহুমদা পুখ্রীদা কাবা ঈথক মচা মচা কয়ানা লৈবাইদা মথং মথং য়ৈনহুনা মাঙখ্রি। অতিয়া পাক-শন্না শন্দোকখ্রিবা থরাম্নিচাক কয়াসু তথক তথক ঙাল্লি। লাউবমখৈ লাউরম্নগা তোম্বহু নীংঙাইবা লৈতনা তুমথখ্রে। হৌজিক্কি কৌজেং হারৌ অমদি হঙোইগী খোঞ্জেল নত্তনা অথেঙবা অহীংসিদা অতোপ্পা খোঞ্জেল তাথিদ্রে।

জুলাই, ১৯৮৫

# কংলা কারবার

[রাজকুমার মনি :—ইং ১৯৩৯ সেপ্টেম্বর তাবিখ অমদা কৈশাম-থোং তোপ লৈরক ইম্ফালদা পোকই। অপোকপনা মণিপুরী জগোই অমসুং ঈশৈগী লমদা শকখঙনববা শ্রীরাজকুমার তোমালসনা সিংহ (হৌজিক্লা শ্রীতোমালদাস বাবাজী, রাধাকুণ্ড) নি। পীরিবৈদগী মমা-সিজ কামিনী দেবীগী মপাম শয়াং পুখ্রি মপালদা চাউরকখি; হৌজিক্লা শগোলবন্দা ইঙ্ড্রুম লৈবক, ইম্ফলদা লে। বি, এ, ওনর্স (ইকনোমিক্স), এম, এ (ইকনো মক্স) অমসুং এল, এল, বি নি। নেসনেল কোওপরেটিভ ট্রেনিং কলেজ এণ্ড বিসর্চ ইনষ্টিট্যুৎ রিজাব বেঙ্ক ওফ ইন্দিয়াগা কলেজ ওফ এগ্রিকলচরেল বেঙ্কিং, পুনে অমসুং ইন্দিয়ান ইনষ্টিট্যুৎ ওফ পব্লিক এদমিনিষ্ট্রেসন. নহ দিল্লী, ইনষ্টিট্যুৎ ওফ কোওপরেটিভ মেনেজমেণ্ট, ইম্ফালদা বেঙ্কিং, মেনেজ-মেণ্ট অমসুং কমপ্যুটর প্রোগ্রামগী ট্রেনিং কয় য়াওরুরবনি। অহানবদা স্কুল অমসুং কলেজগী ওজা ওইকববা মতুংদা হৌজিকনা ইম্ফাল অর্বান কোওপরেটিভ বেঙ্কগী জেনেরেল মনেজর/মেনেজিং দিরেক্টর ওইরে।

নহা ওইবিরৈদগী মণিপুরী সাহিত্যগা সেবা তোবা পামজবক-খিবনা ব্রারেং শেরেং কয়া ইরুনা চেফোংশিংদা ফোঙলকই। বেঙ্কিং সার্ভিসতা চঙলবসু সাহিত্যগা সংস্থানশিংগা মরী লৈনরকই। ইং ১৯৫৯ দগা হৌখিবা ঋতু চেফোং অমসুং দি কলচরেল ফোরম, মণিপুরগী ফাউন্দর মেম্বর অমনি। হৌজিকমক ফোরম অসিগী প্রেসিদেণ্ট ওইরি।

রাইটর্স ফোরম. মণিপুরগী ভাইস প্রেসিদেন্ট অমসুং ট্রেজরর ওইরি। মহাকনা ইবা লাইরিকশিংগী মনুংদা "ময়াই কারবা শামু" (রারীমচা ইং ১৯৮৯) অমসুং "রারী লী খোঙ্গুন লী" (ফেবলস) (অহানবা ভোলুম) পম্বা য়াই। অহানবা রারীমচাগী লাইরিক অসিনা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী ইং ১৯৯০ গী সাহিত্যগী মনা ফংখি। অনীসুবা লাইরিক্সু ইং ১৯৯১ গী চিলড্রেন্স লিটরেচরগী অহানবা মনা পীখি।

অনৌবা রারীমচা ইবশিংগী মনুংদা রাজকুমার মনি সমাজগী ফিভমবু মশক মন্না খঙবা, হৌজিক্কী পুন্সিগী মিতুল থম্মোয়দা ফাওবা, মীওইবশিংগী লৈনরিবা মরীবু নিঙথিনা খঙজিন্বা ঙম্বগী শক্তি চেনবা অমসুং সমাজবু পেন্দবগী করেম্নবগী মেঙলবা খোন্থাং য়েংহনবা ঙম্বা অমনি। "কংলা কারবার" হায়বা রারীমচা অসি মহাক্কী রারী মচা কুনমাথোই য়াওবা "ময়াই কারবা শামু" হায়না মিংথোনবা লাইরিক অদুদগী লৌথোরকপনি। শ্রীবলিহারী লাইরিক ইবদা থরায় য়াম্না য়াওজবা, অদুম্নদি ওইরগা সাহিত্যগী জগত্তা মফম অমদি ফংবা ঙমদ্রবা মীশকনি। লাইরবগী চৈথেং ফংদুনা ইমুং-মনুং মচা-মশুশিং থাকপা ঙম্নবগী উপাই থিরকপদা কংলা পার্তা অচা-অথক য়োম্নবগী থবক পায়খত্তুনা শেন তাম্বগী মঙ শাগৎখি। অদুবু কারবার অসি হৌবগী অহানবা হুমিং মক্তদা মথোংচাদবা মী ময়াম চেনশিল্লক্তুনা মহাক্কী কারবার কায়খি, মশামক থীনা শোকখি, মহাক্কী মঙলান কায়খি।

অইবগী থম্মোয়ন্নুংদা ফাওরিবা লাইরবশিংগী অৱা-অনংগী চৈথেং অমস্মুং চুমথোকপদা মতীকচাববা সমাজগী পথাপ অমস্মুং ফিভমবু ৱারী মচা অসিদা উৎপা ঙম্মী।]

শ্রীবলিহারী সিংহ মৈতৈ সাহিত্যগী মংন্নতা মযাম কাজবিবা লাযবৰা কবি অমনি। হেক ইস্ক ফবনি, হৃদয়দা মা ৱৰৰ চংদে, শেল তান্দে। মা উনবা মীনা কিনৈ, খুকউদি পায়নদে, যুম্বিংখাউদি চেক-শিন্নে। মানা মতৌ তম তমদুনা ইজবা হাবেং শৈরেংগী লাইবিক সাহিত্যগী ঢুকান্দা পুমতাউ তাউববনি। সরকারগী গ্রাণ্ট তোংজে থাদুনা চিংনা চিংনা অফোঙ খুদিং লাযববনা হেন্থিলি। শিরুৰনা লৈবিদবনা পৈশা পিবিবরুবনা। মথুরাদ বংসনা মিকুপ খুদিং নন্দগ্রামগী শ্রীকৃষ্ণ শোনবগুম অবাপ্পদা অনকপদা লেবা ছাপা-খানা খুদিংনা শ্রীবলিহারীগী নাম অকাউবা লৈতনা শোন্নে।

অদুবু হৌজিক্কী শ্রীবলিহারী মখা কলম পায়থবা য়াবক্রে। মচা মথং মথং নমপোক নমপোক পোকতুনা মরি-মঙা শুজিল্লক্রে। মমা লুখ্রাবী কৈথেল কাৰা ঙম্লক্রে। আউনপোৎনা য়োমদুনা লাকপী মাগী মুপীমু মচা ময়াম্না অর্মাদি মপুরোহবনা শেৎ-শেৎতুনা চাথৎলক-পনা মমিংকা ময়াগতা ঙাইশিল্লক্রে। শ্রীবলিহারী ৱাশক লৌবা তাখ্রে। লায়ররিমখৈ কলম পায়ররোই, ইচা পিক্লিমখৈ থবক্কী অচোপ-অরেম থায়ররোই।

রাশক্লবা মতুংদা চৈনাখোলদি ফাওই শেঙ্গাউনা নম্বেক-পিগদৌরবা থম্মোইগী। কৈ, মতম খরদংগীনি। শেল তান্দবা য়াত্র-বনি। কিন্থনা চেনগদৌবা শ্রীবলির্গরীদি নত্তে। য়ারিমাল্লে হায়-তুনা নহানমখৈ খাংলম্নবস্ন হৌজিক্তি মুপা থৌদাং য়েংবা তারে। মাগী মুপী কৌশিন্দুনা থা অমগী চাউরাকপা খবচ হংজি, মথং মথং চেনা পন না হায়রকই।

"চেংনা কিলোদা লুপা অনি পিরবনিনা, লুপা মঙান ইঙ্গাং শিনবা কোন্নবক্রবনিনা, থোংননবা শীংনা লুপানিপান তেল্লব্রবনিনা চা, চিনিগা থারবদি নোংমদা লুপা তরামঙা কুন হায়বদুদি ফক্লাংদা লৈত্রুন্না থাবনি।"

"য়ামইদা! কৈ, থা অমদা লুপা চাতরুক। অতৈ খবচতি?"

"থা খুদিংগীদি লৈদে হায়ববু অঙাং মঙাসিগী কুম্মৈ খুদিংগী লৈদবা য়াদবা মফি-মরোল, লাইবিক লৈবা খোৎপা অমদি মখাই অমা শিকি অমা য়াওদ্রেবদি লাইরিক তম্বা চৎলু হায়বস্নু য়াদবা অসিগুম্বসিদি হাম্ননা খঙবিররিগনি।"

"অং মতুগীদমক থা অমদা লুপা চামা চন্নিদি থাকঅসি। লুপা চানিপাল শুরে। অতৈ খরচতি?" "লৈকাইগী পোৎয়েং, শীংঙেলগী শেম্থাং, চুরুপ, বেড়ী, থা, সাপোন, টৈরশিং, কোক্তা তৈনবা থাও।

"ককথৎপা য়াবা আইতেমদি য়াওই হায়ববু ফরে, মতুগী দমক লুপা চামা হায়রসি থাদা! লুপা চামাপল শুরে। অতৈদি?"

"অনা–অযেক্কী য়াওদ্রি ! মৈগী, ঈশিংগী, ইথোলগী খাজনা লৈরি, মকুপ-মপাং, শাগৈ-নাতৈগী ময়ুমদা চৎপগী নত্রগা লাকপগী শেনফম ৱাংলি ।"

ছাত্রশিংগী, পাখং লৈশাবীশিংগী শেনখাই য়াওদ্রি, লৈকাই মরুপকী শেন্থাং, চাক চানবগী শেন্থাং পূরুবা শেলগী ইনখৎকদবা শেল্লপ অমদি শেন্দোই...... .।

"এঃ যাম্মনখ্রেদা লোইবা ঙম্বা পোং নত্তেদা হংবু হংলুরবদি"

"ফরে, অত্তুনচিংবা পুম্নমক্কুগী লুপা চামা হায়বসি, চাউনা হেক পাবদা পুরা লিশিং অমা শুরে ঐখোয় ইমুংগী থা অমগী খরচ ঙাইখো নহানমখৈদি ময়ামশিংসি কমদৌনা পুই ।"

"হৌজিক ফাওবা খংবিদ্রিবজাৎ ওইরে। ইশাগী সনা-লুপা কয়া য়াম্না যাওরকই উবিখিবনি। ইরৌ-ইশিং খরা লোয়নজরকই খঙবিখিবনি। ইথোল অসি কয়া পাক চাউরম্বা অমুক নিংশিংনিঙাই নত্রবনি। ঙসিদি নচাশিংগী খোংহাম্‌ম লৈরক্রে। খোং হামদোক্ল-বাদি লাইরত্তুনা য়োংশিন্নবা ফংদত্তুনা মন্নাও অসি নোংমা নোংমগী কয়াদা কংথরক্লব।।"

"কৈ, কৈস্থ লৈতে, পৈশাগী মমল লৈত্রবা অসিদ: থা অমদা লুপা লিশিং অমদগী তাদনা হেক তাল্লগা লোযরেদনা! অত্তু ওইরবদি থোইনা মীখা পোল্লরোই হায়বা! ঐখোয়না শোয়রিবসি খরচ হম্থনা তৌনবা লাকনবদগী চাউখৎপগী আশা ইলৈ লৈনদবনি।

কবম্না তানগনি ?” মসিনি শ্রীবলিহাবীগী ঙসি নোংমা মিনিসিগী লাইপু ।

শুম্মক থল্লি. শুম্মক থল্লি । ব্রাবেং শৈবেং ইবনদাইদা মচিন থৌথিবা ব্রাখল অসি ইফক ফকচিল্লি । তলব চাবগী থবক মহৌশাদগী হৈনরক্রবনি । অতুগীস্ত মথক্তা থাদা লুপা লিশিং অমা চাবা থবকপু সাহিত্য তৌরিঙেদা লাইবিক নীংথিনা তমহৌদ্রবা শ্রীবলিহাবী-গুম্বগীদমক মণিপুরদ, কদাইদগী লৌরুনি ! ঠিকাদি ? খণ্ডন-চান্নবা ইঞ্জিনিয়াব অমগী মথোংদা হেক্তা তুরুববদি ? মতুস্থ মী য়ামদ্রিঙৈদদি মফরম্বা মীনা য়ামশিল্লক্রুবসিদদি অরায়বা হায়বসি মবৈরক্রে । অতু-গীস্ত মথক্তা ঠিকা হায়বসি শেলনা শেল তানবনি । শ্রীবলিহারী গীদমক্তদি থজিক্তং নাতে চাফাত্তে, মী হাত্তোরুবস্থ পংঙৈ হৈজবা নচ্চদে । তুকান ফম্বগী থবকসিস্ত অতুমণ্ডাই মহাজন থাজনবা হৌজিক হৌজিক্কী মতিক চাবা খুৎপায়শেল শ্রীবলিহারীদি লৈজবা নত্রি । স্কুল, কলেজ, ক্লব, কো-ওপবেটিভনচিংবা লিঙ্খৎপগী সোসিয়েল ব্রার্কব কারবাবদি লৈদি লৈ হায়ববু পোলোই ফজদে, শিফম-নাফম খুণ্ডদে, শ্রীবলিহাবীনা অকিবা পোকই । ইন্দষ্ট্রি লিংবগী ব্রাসিস্থ খুমাংদি থানিংদে, শোয়বা য়াদবা খোংফম্নি । ব্রেক চেনবস্থ অতুমণ্ডাই ইজজংতি থবা থরা য়েংদবা য়াদে ।

মথং মথং অস্থম থল্লি, অস্থম থল্লি । নহা ওইরিঙৈগী ব্রাখলগী পোৎলমদি পুতুনতা লারুবনি । পোৎলমগী মখল মান্নদবতগী ব্রাতনি । শ্রীবলিহারী বিভুলা চুগনবা মীদি নত্তে, মকোয়-মরাং

চোম্বীদে, শোরোক্তা চৎপা মী উদবা থক লৈতে। মতমতবু খরা চংজবগী ৱানি। ৱাখলগী লম্বীদা শ্রীবলিহারী খুদি থীবিবগি বা লৈতে। মমৈদা ও নিখকুং থেংনৈ। অমনা মীগী ৱানোম্বীবা অতোপ্পা অমনা নুমিদাংগী অচাপোৎ য়োনবা! খুৎপায়শেল য়াম্না চংদবা, ইশাগী হুমাংমল অমসুং ইরৌশিং মতিকচান' শিজিন্নবা য়াবদি অনিসিংনি শ্রীবলিহারীগীদমক।

অদুদা অনিসিগী মমুংদা জুন্নার পামদবা শ্রীবলিহারীদদি ৱানোম্বা মহে পংয়ান য়ান্দবা য়াই বাজনীতিগী ইরাং অসিমসু নোংমা নোংমগী লুবা হেনজিল্লিন্নি নিংবা থুংবা ৱাৎপা যাই।

নুমিদাংগী অচাপোৎ য়োনবা অসিদি শ্রীবলিহারীগী থম্মোইদা থং লাউনা পানবনি। কোকয়েৎ মচা অমরা, টুপী অমরা অদুক অহৌবা মতম খরসিগী উপশিনবা অসিগী ৱাতনি। অতৈদি পেনা খোংবনা হেন্না ওম্মোক্লা লুংনি। প্লাইউৎনা শাবা উপু মচা অদুগী মখা থংবা খাজিনবা কা অদুনা শো-রুম কম-সপ্লাই সেন্তর ওইগনি। মখোং অদো কাংখোং পাল্লবসু পান্দ্রবসু অঙ্কানি। কয়াবু লুমগবনো শুপ্নগী লুপা য়াঙ্খেদগী হেন্না চংলোই। মৈফু লুপা অহুম পীবা অমতংগা চংগনি, লৈদ্রবসু হাপ্নগী অরৈবা অদুনা য়াগনি। তৌবৈদি থোং থাকপদি য়ুমদগী অয়াম্বা লোয়শিল্লক্লগদবনি।

খরা অদুক শাহন্নিংবা অদুতগীনি। লুপা কুন্থ্রামুক্কী ফাবৌঙা, উকাবী, ঙাক্রামচা করিগুম্বদা ঙাশেপ, ঙাকিজৌ, খুজিংনচিংবা য়াউ-হন্নবসু য়াই। লুপা কুন্থ্রামুক অমনা শিং—য়েল থাউ ঘী, মরোই-মরাং

বেশোন্নচিংবগী থন্নসি। লুপা নিফু অমনা অহোং—অচাণ্ড অমদি অতৌ অৱাৎ-অপাগী থক্তগা লুপ চনিখক্তনি কারবার অসিদা চংগ-দৌরিবসি। লুপা চনিখক পুবদি থোয়না ৱারোহনা, শেন্দোই খরা চাউখল্লবদি। অস্তুন্ন শ্রীবলিহারীনা মায়থোং মক লামজৈ।

নুংতিগী নুমিদাংৱাইবং পুং মঙা মখাইদনি মাপল মখাই ফাও-বদি যোনবা য়াই। পাংথোং থোংবদি মতমন, যক্তবনিনা কয়া খুদোং চাদবস্তু য়াই, হন্দা পৈশা পুদুনা হৃক্কপগী হুস্তু লৈবি। খ্বাইরম্বন্দ কাংজেব মরুদা চানায়ানবী, চানাস্তু নত্তে, মঙল অতিংবা থাউদা কাবক ভৌচুন যোনব ফাওব মিনিট ভমদা লুপা অমদি শোয়দন মযোল্লবনিনা হেন্না ফবা পোৎ য়োনবগী লুপা অনিদি মিনিট অমদা শোইদনা য়োনফম থোকই। অদুবু কারবারগী অচৌবনি, মিনিট অমদা লুপা অমতমক যোল্লে নিংলসি অদু থেইরবদি পুং ৪দদি লুপা চনিনিংখুদি য়ামদ্রবদা য়োনবা তাই।

নোংমদা চনি পুথোক্লগা চনিনিফু ফংলবদি শেন্দোং নিফুদি মবৈবে। থাদদি লিশিং তমা চনিনি। য়ুমগী খরচ লিশিং অমত্তু কোম্নখিবতা নত্তনা চনি অমা লেম্মি। মসিমক শ্রীবলিহারীগী মুপীনা শোয়দনা হরাউফম থোকই। অদুবু শ্রীবলিহারীনা হায়-দোকপা পামদ্রি। তশেংনমক তোংলগা হায়বদি শেন্দোংগী অচোনবা শেঙ্গাউদ্রু পুরগা খংহননিংখি।

য়োনফমবু কদাইদনো? লুরিবা ৱানি। তহা তহাবা য়াবা নত্তে। খ্বাইরম্বন্দ বাজার অসিদা সর্ভে তৌথোক্তুনা ভারা তিংদনা

মীয়াম পুনবা য়াবা মফম থুনমক থিদোকপা দরকার ওইরে। লুপা চনিদং থিননব, মাগী নুপী কামধেনুদা শিন্নরম্নগা খ্বাইরম্বন্দা বাজার তম্না পরপ পরপ হাইগংলকই। মৈতৈনা অর্থ লৈতবা ইজ্জৎ পামশিন্নহুনা তল্লিঙৈদা লমগী ময়োল অয়াম্বা মথং মথং মীতোপকী মখুত্তা তাহনখিব'স উবদা মরৈবাক নিংলবা লাইরবা শ্রীবলিহারী মমিংতগী ম পৈ তাখিবা খংহৌদে। মানা কন্না ৱারৌরিবসি থৱক মচা মচা হায়বদি হাজাম পানৱালা, ওল্ড ষ্টোক য়োনবা কলম পেন্সিল, মরু-মরাং অচা অথকনচিংবা য়োনবা, মখাহুকান মচি ময়া থুংনা শেল মচা মচা তান্নরিবা অসিবু ইরম মচাশিংদি তৌবা য়াদ্রবা জাৎলা অসিনি। অপিক অপিকপা ঈশিং মবিক মরিক্লা অচৌবা সমুদ্র ওইখিবগুম কারবার মচা মচানা অচৌবা লাক্কনি হায়বসি ইমা ইবেল পোংফম ফম্বীশিং অসি নত্তুনা ইরমগী নুপা নহাশিংসিনা কাউথোকখিহুনা অস্থুক তল্লিবা, অস্থুক চিলহাউ থিরিবা, অস্থুক চরা হেনবা কিদ্রিবসি করিগিনো ? অমা অনিখক তরক তরক য়াওরক্লিবা অসিস্থু মচিন মরৈনা লুমলিবা, মায়থোংনা মকা লামদ্রিবা নহাল-মখৈদি ফিবমশিং অসি থোইদোক্লবু নাচুংলুদে। ওসিদি ইশাগী কা থোকপনরা করিনো শ্রীবলিহারী মরম চাদনা লাইররমইদা হায়না হৌখ্রবা মতমগীদমক থম্মোই শোকনা ৱাখি।

খন্না খন্না সিনেমা হোল ময়া হোটেল অচৌবা মথা, লাইসেন্স পায়হুনা ফমলিবা লিকরসোপ মনাক, মেজোর খুল অমদি কখু-লোংগী অচৌ অচৌবা য়ুময়াশিং মথং মথং য়েংলক্কই। জাগাদি চাবা

ঙাকনি অহুদা খাকা ইউনিফোর্ম শেৎপা ময়ামসিনবু ! মাশিংসে ঙহা-ক্তা লেপচবা য়াদে তকথোকখিবসিনা ! পোৎ লৈনবা মতমবু ফংলোইদৌরে মখোয়না তানবদা। মী অসিস্থ নোংম নোংমগী জব জর য়ামখৎলক্লি। শোরোকশিংসে চিকনা চায়নবস্থ ঙমশিল্লক্রে। মরক অসিদা পোৎ য়োনবা খরখিৎ হানি। কাংজেবুং ময়া পরেংসিন্না ইম ইবেল চরাংনরিবা শিংনা অকুম তৌজরসন্ত কংলা পার্ক মহাগী অঙানবা মেনা পরেং পরেং খাম্নিবা শাংলব পার্ক লম্বীদু থুংনা কোইচৎ চৎলগা ময়াইদা পুংখাইমুক মীনা কৌবস্থ তাদা হংবস্থ খুমদা লেপলমলগা মযুমদা মরু লুকথনা হনখি।

শ্রীবলিহারীগী অহানবা কারবারগী হুমিদাংব্রাইবমনি। মমাইদা অবংবা কায়, লেঙাং মচুগী খুদৈ মচা অমনা মকোক্ত। য়েংশিল্লি, নহামইখি উপ্পা ভানোক্তুদি লৌথোকখ্রে। পুং মঙা মখাই হেক তাবদা বং নিংথিনা। তৈবদা মিশেং ফজন চক্লবা উপু তত্তু কংলা পার্কগী মনাই চপ চান থাং নিংশেলগী মচুদা তিল চোনিংঙায় ওইরবা মশক ফজা-কড়বব ভচ ওৎক পরেং পরেং পৈথুনা থল্লী। চাক লংমগল্লবা হুমিদাংবাইরমদ নিংথিনা। ঙৌরবা থাউনমগী মনম কনানা তাশিন উশিন্নদনা লৈবা ঙমগনি ? পাকতা চোয়জায়নহুনা লৈরম্বা মীপুম খুদিংমক মথং মথং চংলক্তুনা লেররি ; অমা অনি মড়া তরা ধুন কুংহ্রা য়াহৈ। মীনা পুমকোয় কোয়খ্রে, শ্রীবলিহারী মশক উবা ফংখিদ্রে।

খ্বাইরম্বন্দ মীবু তিল্লবদি খাকী শেৎপা হেক্তা লাকই। মীনা য়ৌ য়ৌ কোয়শিনখ্রবা শ্রীবলিহারীগী নাক্তা খাকী শেৎপা থুংলরে।

লিচৈ অতুনা মিংশেন চনবা উপু অতুদা কাক কাক থংলি।

"মফম অসিদা মাসি য়ারোই।"

হোই ময়োম অসি মহাউ অমুক্তা তংবিয়ু। অতুগা শোবোক্কী ৱাংমা অসোমদা চংচবগে।"

মহাউ তংঙি।

"অতুনদি য়াররোই। পিগে হায়রগা ঐখোয মঙানি। মংাগী পিয়ু।"

ময়োম মঙা মথং মথং যোম্বা লাকবিংঙদা পাখং তেংলহাইনববা মকোয চোম্বা মশম-মক ফাবা নাকল্পা থাং চকশিন্না যেপ্লিবা অতুনা মাগী পোং তমদ্রে, পুংখায ফাবে লেপলিবা হাযতুনা মথা চীকশিল্লকই।

ঙাযঙমদ্দবা পুং থবনা উপুদা পাক পাক ফুজিল্লকপতু খামগে হাযতুনা শ্রীবলিহাবীগী মমায় খজিক হাযগংলকপদা যেংপংবা নাকল-লোমদগী যুবিং চাউবা লিংপা অতুনা ঐনা খাদখিবতু লুপা তবা-চংপীনি, অনগী নত্তে, লুপা মাপল হন্দ্রি কাউশিন্নবু হাযজিল্লকই। ওইরোমদগীনা কৈদৌরবগে লুপা অনিগী তম্বীযু হাযবগা ? ল উ-শিল্লকই। চবাং চবাং কন্না তৌশিল্লকলিঙৈ তাঙ্গা অতুদা অমম্বমু নংহৌববোই মতানি পবপ পরপ মমশিল্লকই। থাউমৈগী ৱাদি পুমকাউবু কাউথোকলুরে ইলেকত্রিক থাল্লি হায়বা শারদনা। মমিংতা ওইনা অম্নুন্না মুশি মুশি ঙানগনি হায়বসিদি খনবু শুকখন খল্লুদে। মোমবত্তি অমতং ফাওবা ওন্তোক্লা উপায ওইগনি। অতুবু মতুমু লৌবিনবা কনা উদে তাঙ্গাতুদা।

জ্ঞান হায়ফেৎ চম্মম্নরিঙৈ অতুদা মায়কৈ অমদগী গুরুং গুরুং মীয়ামগী মপৈ অমা শ্রীবলিহারীগী পোৎয়োনফম তম্না মণ্ডক ইন্ন-ইন্নতুনা ফুজিল্লকই। খাকী শেৎপা লিচৈ পায়ৰা মঙাতুনা হোক্তোক্তুনা খামজৈ। থওইবিৰা লৈতনা অচাকপা লাম্মৈগুম ফুন–চৈনবগী অথকপা ঈচাউ অতু জম জম চেনশিল্লকই। খুদক্তা হুইশেল শাংনা শাংনা খোংঙি হায়বতু মঙাই, সন্ধ্যাগী অমম্বদা কোক্তগী নত্রগা হকচাংদগী শিন্থখিবা ঈখেং কনানম্থ উন্নখিদে। ঙাহাক্কী মনুংদা খাকী শেৎপা হন্না মপোৎ থুংলরিবা অতুনা মফম অদো পুমথাউ ন্নাউহনখি, ◦মচিক চিকহনখি। শ্রীবলিহারী অমদি অচাপোৎ য়াম্না য়াঙরবা মাগী অহনবা উপু কংলা পার্ককী করম্বা চেকশিনবা মফমদা তেক্ত-কায়দনা লৈরিবা কনাম্থ হায়বা ঙমখিদে, শোন্দি শোন্নখি নুমিৎ অদো কংলা কার-ৰারগী অহানবা তাঙ্ককনি।

# নোংথক খোংনাং

[এলাংবম দীনমনিঃ ইং ১৯৪০ ডিসেম্বর তাং ১৪ দা পোকই। মহাক এম, এ (হিন্দী); হিন্দী শিক্ষন পারঙ্গত; পি এচ, ডি (এলাহাবাদ) নি। হায়র সেকেণ্ডারী স্কুলশিং অমদি কোলেজশিংদা লেকচরর ওইরম্মী। জবাহরলাল নেহরু য়ুনিভর্সিতি, নিউ দিল্লীগী ইম্ফালদা লৈরম্বা পোষ্ট-গ্রেজুয়েট সেণ্টরদা মণিপুরী ডিভিজন্দা এসিস্টেণ্ট প্রোফেসর ওইরম্মী। হৌজিক্কা মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী মণিপুরী সাহিত্য বিভাগতা এসোসিয়েট প্রোফেসর ওইনা থবক তৌরি। মশানা সাহিত্যদা থৌরাং হাপ্লকপা ইং ১৯৫৮ দগী সাহিত্যদ খুৎ থাবা হৌখি। সাহিত্যগী সংস্থা কয়াগা মরী লৈনখি। দি কলচরেল ফোরম, মণিপুরগী সেক্রেটারি ওইবনি। হৌজিক্কা সাহিত্য একাদমী নিউ দিল্লীগী জেনেরেল কৌন্সিলগী মেম্বর অমসুং মসিগী মথাদ লৈবা এদভাইজরি বোর্ড, মণিপুরগী মেম্বর ওইবি। হৌজিক ফাওবদা মশাগী অমদি অতৈ লোন্দগী হন্দোকপা লাইরিক তরাতবেৎ ফোঙলে। মহাক্না ইদুনা ফোঙখিবা লাইরিকশিংগী মখুংদা মথা-গীশিং অসি পম্বা য়াই; রারামচাদা—"থরুবী" (১৯৭০); "মোরাম্বী অঙাওবী" (১৯৭৪); "তিঙ্খংলৈ" (১৯৭৭); "পিস্তোল অমা কুন্দালৈ অমা" (১৯৮১); "ইমৈস্তনি তৌরাস্তনি হঙ্ হঙ্" (১৯৮৩ "মন্ত্র জন্ত্র তন্ত্র" ১৯৮৬); "লাইরেল মরীম্বোং" (১৯৯১)। সাহিত্য

নৈনবদা ; "মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সাহিত্যকার" (১৯৬৬) ; "খ্বাইরাকপম চাউবা"(১৯০২) ; "ডা : কমল" (১৯৭৬) ; "ডাঃ কমলঃ পুন্সি অমসুং সাহিত্য" (১৯৮২) : "অঙাংহলঃ সাহিত্য সমাজ অমদি সংস্কৃতি" (১৯৯২)। শৈরেংদাঃ "চোইজাইনবব." (১৯৭২) "ক্লুরিবদি" (১৯৮৭); হন্দোকপদাঃ "ত্যাগ পত্র" (১৯৭০-উপন্যাস); "অমম্বা যুগ" (১৯৮৫—লীলা) ; "হয়বদন" (১৯৯২—লীলা)। মহাক্কী ৱারীমচাগী লাইরিক "পিস্তোল অমা কুন্দা.ল অমা" হায়বা লাইরিক অসিদা ইং ১৯৮১ গী সাহিত্য একাদমী মনা পিখি। "ইমৈস্নুনি তৌরাম্নুনি হও হঙ" না মণিপুব ষ্টেট কলা একাদমীগী ইং ১৯৮৫ গী সাহিত্যগী এৱার্ড ফংখি

দীনমনি মরুওইনা ৱারীমচা ইবা অমা ওইনা লৈবাকনা শকথংবনৈ। হৌজিক্কী মণিপুরী সমাজ, মতম অসিগী মীওইবশিংগী দশা, লৈবাক সাসনগী অরানবা, মীওইবগী চরিত্র, পুম্নমক অসিবু মহাক্কী মথল মথা অয়াম্বা, শক্লোন কয়া পুরিবা ৱারীমচাশিংদা ময়েক শেংনা উৎলি। অইবা অমা ওইনা মহাক্কী শাফু কল্লবা শোশ্যিয়েল এব্র্যার্নেস লৈ। অচুবু খোয়শাওনবা য়াওদনা ফাগি শীজিন্নচুনা করেম্নবগী মওংদা সমাজ অমসুং মীওইবশিংগী অকায়বা অয়ম্ববু পারিবশিংদা খঙহনবদা মহাক্কী য়াম্না খুৎলোইবা অমসুং মহৈযানবা খুৎই ওই। মহাক্কী ফাগিগী তোপ তোপ্পা মহাও য়াওই ! মসিগী মথক্তা মৈতৈলোনবু লমদম অসিগী লোনগী চৎনবী, প্রমাণ পান্থে শীজিন্নচুনা মহাক্কী লোন্দাশিং লৈবাক অসিগী লৈহাওদগী খোরকপা

ওইনা উৎপল্লি শন্না হায়রবদা মহাক্কী খুৎইদা মৈতৈলোনবু যান্না চঙ-খোন্ন হবা ওম্বগী পাঙ্গল যাওই, যান্না লুখ্রবা অর্থ যাওবা রাখল কযাবু ইচম চম্বা লোন্দা কোঙদোকপা ওম্বগী মগুণ অমা দীনমনিদা চেল্লি। মহাক্কা সমালোচনা অমসুং অনুবাদ সাহিত্যদসু দান তৌরক্লি। শৈরেংদসু মহাক্কী খুৎ থাখ্রবনি।

"নোংথক খোংনাং" হায়বা রাবীমচা অসি মহাক্কী ই' ১৯৮৩ দা ফোঙখিবা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী ইং ১৯৮৫ গী এৱার্ড ফংগ্রবা লাইবিক অহুদগী লৌথোক্লকপনি। মসিদা সরকারগী থবক থৌওংদা যান্না চেকশিন্দবদগী সরকারদসু মাঙবা. মীচমশিংদসু অৱাবা পীবা অসিনচিংবা রাখল কযা যান্না নোক্লিংবা ফাগিগা লোযননা উংলি। ইমুংগী লৈত-লাইবগী অৱাবা খাঙলিবা সরকারগী থবক মচা অমা তৌজবিবা অমনা তাখি খোংনাং অমা নীলাম তৌ-গদৌরে হায়না। খিগৎলুবদা খোংনাং অহু মন্ত্রী অমগা সেক্রেটরি অমগগী মরক্তা লৈবা ফক্লাং অমগী মথক্তা হৌবা উ ওইরম্মী। উচেক্না চেল্লকপা মক অমদগী হৌখিবা উ ওইবম্বা যাই। মতম কুইরক্লবদা উ অহুগী মরা চাউনা চম্থবক্তুনা লৈমায় যৌরক্লে। শঙলেন অহুদা খুদোংথিবা ওইরক্তুনা অচৌবা মন্ত্রী অমনা ইথরকপদগী চীফ সেক্রে-টরিনা লোইশং অহুগী মালী অহুমগা চৌকিদার অনীগা থবক্তগী পোত্থাহনগে তৌরমলবনি। অহুবু উকিলনা য়েংপদগী থবক লৌথোকপদি ওমখিদরে। খোংনাং মপাহুদা ফম্বা চপ্রাসী অমদি চীংলোমদা ত্রান্সফর তৌখি। সরকারগী লোইশংশিংদা অচৌবনা

অরানবা কয়া তৌবদা মরান লৈজদবা মীচম কয়া অল্লাবা ফওবগী খুদম অমত্তং ব্লারীমচা অসিদা অইবনা ফাগিগা লোয়নননা উত্তুনা কবেম্নে ।]

তৌখিবা স্ত্রাইক অসিনা, থিংখিবা কৈথেল অসিনা মহোয় মবেনধৌগী তউন-কৈথেন্দু ওায়রে। ভারত-বামায়ন্গী লকওম ফাওমদ্রবা ধর্মগী লমদম অসিগী কাচিন অমদা নত্ত্রগা অমদদি মওং অমদা নত্ত্রগা অমদা বন্দ অত্নুম্মক মরেরে। সরকারগী কবক্ক্য-শুম্বসিনা অমুক নাকচাবী তৌরি। বন্দময়াম মরক অসিদা য়াদবদগী পামদ-পামদনা ইচা অসি হন্দক্কী থোক্লক্কদৌরিবা অসিগা মাপন শুজিনখ্রে। য়াইফ-য়ুম্বালগা বন্দগসি য়াম্লমক শাথিবা য়েক্লবগী মরী লৈ।

থা লোইরমদাইদা স্ত্রাইক মায়োকনরুবনা বিল শাবা লোইহৌদ্রে হায়দনা তাং অনী তসিদম্ব তোলোপ পীরক্রে। বিল ক্লার্ক অত্নুদা হন্দক্কী লাইচত্তা য়াওখ্রসনু হায়দনা শোল্লম্মগা চীন ইফককল্লদনা হল্লকই। য়ুমদা হেক চওখিবগী অত্নুদা য়ুম্বান হৈবী লৈমনা নোমোন মোমোন তৌরদনা তরাম্লা ওকপগী থৌরম চথ্বরকই। অহৌবা থাগী মাগী খোয়রুম মোমোন অসি মওায়রে ঐনা উবা মাগী মোমোন। তাং মরী- মওাদগীদি অয়ুক্কী চাদগী মাগী মচীন্না শৌবা অত্নুম হাল্লে। ফমফাক্রি হাম্লনা লোন্দুনা থনম্মবা,

নেকোতিন মপং ওল্লবা চা অদু লানশিল্লকই ; নকনা ফম্মে তহা-তহা হংলে—

—পাউ অমা তারবা ?

—কবি তাদনি, পাউবু তাদে'ব্রো ! তায় ।

ঐনা তুবৎ ককপগী মওং অদু মা থোইনা নাচুংদে । মবুক অদু পুরদনা খজিক অমুক চওশিন চওশিন্না হংলকই—

—অওইরনে তাবব্রো ?

—অওইবনিনে । ঐ ৱিল কেবাণীসু নত্তে, সেক্রেটরীসু নত্তে মন্ত্রীসু নত্তে কৈদৌনা ওইদবা ঙাঙঙুনি ! তাবে ।

—করি পাউনো'ড়ুদি হায়ু হায়ু মান্নব্রা য়েংগে । সে ?

মবুক কংগনবদুদা নুংশিকদ্রবনি । মুমিত্তু মানা কেবপকা ভৌ-রকপতুদা ফনবু নুংশিরুবে । কয়া হৈফাত্তবা মীনা শাৱা খোন (পুঙ) মানবা ফীবম অদুদা শংত্রিক য়েংলগা নেকোতিন মপং যোংনা ৱোংনা হায়কই—

—এ মরীক চুমখ্রবা, পাউদানিহে ! ১বা, সরকারগী লোয়শঙদা ফাইল অসুম অসুম ৱাংখৎলকই; ২বা পাউনা বাজারদা মোরেগী পোৎকী মমল চাদা অমা হন্দদোরে ; ৩বা, শীংজমৈদা সনাগী মমল......

—তু তৌরক-এ মাই হৌনবী ! অদু নত্তেয়ে ইবুংঙো ! নোংথক খোংনাংগী ৱানে, নোংথক খোংনাং খঙঙরো !

নোংথক খোংনাং ! তাদে ! তাদ্রি ! খোংনাং ফৈদেকপী ভারে

খোংনাং হোগায়বী—ঙক্সা অমনীনা লিখিখিবদগী তাবে ; সতী খোংনাং—মৈকিবীগা কোন্নন তারে—উবস্তু উরে। নোংথক খোংনাং হায়বসিমদি তাদ্রি। তারে হায়জিন্নরগা বাৈশেথোক্লগে খল্লুবত্থ য়ানীংঙক্তরে। য়াম্না খঙনীংনা তোক্লদোস্নু ইকায়রপ চারে হংলুই—

—খবদি তাগুম তৌথ্রে অত্থু কৈদৌবা? করি হায়নবা?

—মশেমলা মরৌবা কৈনো হায়বিয়ে, নীলাম লাউরনি হায়রি হায়নৈ।

—কৈনো নীলাম লাউদৌরিবো? পাৎল অনারকলীরো?

—ইহে! হায়বিমহদা হয়াহে হায়ত্থুনিদা! হো খোংনাংদো লাউদৌবিরা! নোংথক খোংনাংদো।

—ও! অত্থুন্না মাক শেংনা হায়খুদন। অ, কদায়দা লৈবা নোংথক খোংনাং হায়ত্থুনা?

—অত্থনে, ঐনা শঙদ্রিসে। নঙ তা-লাকপ্রা কবিনো কদাইদা লৈবনে কমদৌর ফংনো তনাংবা।

—অস! হবে হবে! নঙগী পাউ অসিদি! মঙদা শামুনা তানবগী পাউদাদ লৈহে, পাম্মুবী ইনেমমচা! সে ঐ য়া হাযগে মদো, মত্থুগুম্বা পাউদাদে, হাযবদি সরকার শেম্মে, কায়বে ফোংলে তুপ্লে তংলে হায়গুম্বা, চেঙ হোংলে, চীনী ফংঙে বিলামাতী মরাং কায়রে হায়না লাউবগুম্বা, অসিগুম্বা পাউসে সনা লৈবাক অসিদা পাউথা কৌই। তাদবা য়াদবগী সোরোক্তা ত্রম ওনবগুম্বনি তাদি অত্থুম

তারবস্থ তম্ম্-লাকউন্নু। ঐঙোন্দদি কনা নত্তে সতী মতৌনি হায়দনা, তম্মে কো, নচাশিংদদি তম্ম্নু ইবেন্থা, পঙনোক হেক নোকশিনবিবকঅগা নথৱায় নুংঙাইৱোই। চো-চো চাক মৈ থাগৎলুবে।

ৱাফম অদু অম্সুৱাইদা অদুম লোইশিনবদ' লেপ্পখি। অদুবু ঐখোবনা চাক চাবিংঙদা লাইবিক তম্না কুম্মকপা ইনান্নুপা অহল অদুনা মনীংথোঙলোমদগী নুং লীৎশিল্লকপগা হাযবৈ—এ! য়াম ৱাংঙনে মহোয় নোংথক খো নাং হাযত্তুদি।

—কয়াম ৱাংঙগে?

—য়াম ৱাংঙেয়ে। কৈনো খোংনাংনিদনা। ফনা ৱাংবা ত'বনি।

—চাউস্সু চাউযেব্রা ইবুংঙো?

—চাউজাৎনি ইমা! মানা খোংনাংনিনা পীকফমদি থোক্তবা

—হোয়নে মনা গাকতু পুঙই হাযনে

—মশাস্সু ফনা ফজনা লোঙবা জাৎনি।

—মবাস্সু য়াম্না চৎলমগনি।

—চৎলজাৎনি ইমা। ফজর-জাৎনিদা শাথীনা। য়েংবা য়াবজাৎনি।

মমা-মচানা শারিবা ৱারীনি। ঐ ফনা কুইনা ৱা ঙাংদনা তাদুনা লৈ। ময়াঙদা ইয়ান য়ানবা থেংনরক্ত্রবদা হংলুই—

—নত্তে কদায়দা হৌবনো করম তৌবনো করিনো নঙবু উরক্লব্রো?

—উদি উদে। চৎলুদে পাউ ওইনা তাবগী ৱানি।

—তো। অদ্মানি নমা-নচা অমনা হেন্দে অমনা ৱাক্তে। কান্নদে চাক চাথোক্লগা হয়েং ওস্তা কোয়বা নংনবা ওস্তা তূমথোকউরো।

ঐনা হয়েং ফংলকদবা তোলোপ অদুন কবি কন্দৌনা কদোমদগী মেনবা হৌসিগে হায়না পাবম্মগা তুম্মগে কান্নদে থোক-অ-থোক-অ-বা লাকচনি হায়দনা খল্লকপগী অদুদা ইচানুপা যাযমা অদু হনজিল্লকই। থেঙনা হল্লকপগী চৈরুসিরা খনবনি হয়েং ফীস পুদৌনি ফুবিংস্তু য়াদ্রে হাযবগী ৱাফম অমক হন্না তাবরুবদি মঙ-হা ইচোই চোইরনি খনবদগী অদুম তোক্রে। মচীন-মনাও কা মচা-দুদা ৱারী শাবা তায। নোংথক খোংনাং অদুগী মবমদনি। ঐস্তু না থাঙত্তুনা ফনা কুইনা তারম্মী অমদুমস্তু অতোবা পাউদা পঙতমদা তম্ম। তাংদাংবা ৱাদি ইহায় হায়বক্তে। অদ্মানি। ঐ অদুম তূমথরে। মঙদা উচেক অমনা খোংনাং অচৌবা অমা চেন্দুনা পাইবম্বা ময়েক শেংনা উরম্মী।

মথংগী নুমিত্তু ওফিসতা খোংনাংগী মরমদা খরা খবা ঙাঙনবা তায়। তোলোপকী ৱাফম মমথদুনা হৌরকপা ঙমখিদে খোংনাং অদু। নোং নিনিদা অদুম কাউনখিবগুম তৌখ্রে।

নীলাম তৌগনি হায়বা নুমিৎ অদুগী অয়ুক্তু উচেক মচা খোং-লকপগী অদুদা ইচাশিংগী কাৱোমদা ঙুরুং ঙুরুং তৌনবা তায়। মমাদা হংবদা অহনগা য়াইমগী মখাদুগা নীলাম লাউবা য়েংবা

চৎকদৌবিবনি মতুগী লাংঙিবনি হায়না তম্মী। করি কান্নবা লাইবিক লাইশুদি ঔরাইগে হায়দ্রদনা হায়দনা ঙাংলুই। ইচাশিং-গীদি খঙদে মমানদি ইৱা থোইনা লৌখিদে। অযুক থেঙলপ্পা চা-ঙ্গুং থক্লবা মতুংদুদা ঐস্ন ছুটিগা ওইবনে ময়েংলুগে লেপ্লে। মচাশিংদা ঙংহৌবা মমাদা হংলুই—

—মফমবু কদাযদনেবগেনে?

—খোংনাং লৈবা মফমদুদা তারেদনা।

—খোংনা লৈফমদুবুনিনে ঐনা হংলিবসে।

—সেক্রেটরী মযাম ফমফম অনৌবা হায়নে।

—ও, অদুদি আ-চীং মযাগীদুদা ওইবা তাবে।

অদোমদা চৎলুদবা ফনা কুইবে। থবক মচা-মচা ফনা লৈদুনস্নু লাপ্লপ তাখিবদুগা মহোয অদুৱাইগী কাঙবুদুদা ৱা হাযবা তনবগা ইচাশিং ইনাওশিংদা নেকপোই শিন্নবোই তৌদুনা অদুম মরাকখিবনি।

ঐনা থুংলুবা মতমদা মী ফনা ২,৪০০ তিল্লম্মে। হৌবমক্তি হৌরমদ্রি। মযামদু পঙযেংদা হেংনরম্মী। ঐস্নু য়েংলুই। খোনাং হৌবগী মওং ইউ উদে। হংলুই অমদ। তাকলকই মানা—

—মন্নুংদা হৌব্রা কৈনো খংদেনে, মী পঙচঙদা চঙনখি।
কেনোনে হাযরিবসিবো উবু মন্নুংদা হোবা হৌনব্রনে?

অমদা অমুক হংলুই। খুম্মকই—

—মখোয়গীসি আ নাবন্দা হৌবা ওইরমাল্লে। চঙগে হায়দনা চঙঙবু মীনা কুক-কুক ইন্নে। তন্দুনা অদুম থোবল্লে।

—চঙবদি য়াব্রা ?

—য়াবনি, নীলাম ওক্কদবনি হায়নরগা অদুম চঙহনবনি।

লেঙশিল্লু ।

চঙঙ্সিরা ঐবো। একাগাড়ী অসিনা কদায়দা কনাদা শিল্লরম্মগা চঙবা ? কদায়রাইদা ওইরিদৌনো ? লাব্রবনিনা য়েংবদি চুম্মব্রা ? য়ে'লগা করি কান্নদৌরিবা ? খন্না খন্না খনজানরিঙেদা মী ময়ামদু মরা-মরী খোক্করব্লে। হৃদক্তা নীলাম লাউবা হৌরে মমল হুন্নবা মী য়ামদে, মহোয় মরী-মঙা থক্তনি। মন্ত্রীগী মা মানবা থিকাদারম্মু মানবা ওজা হাহরপ মানবা লুপা অমনা ওকখি। শেল মশাংদি তানা-ভানা খঙহৌদে।

তবানীমুক লৈবগা খোংনং অদু য়ানবদা চেকশঙ অচৌবদু মতাহরোমদা ফনা শানা নাংথাধবে হাংগা পাউ অমা তায়। চত্তুনা য়েংলুই। মা য়ান্না অদুম্মক তেল্লং মন্ত্রী অমগা সেক্রেটরী অমগাগী মরক্তা লৈবা ফক্লা অমগী মংক্তা হৌবা উ ওইরম্মী। য়ুমথক্তা ফক্লাংগা পান্ননা নংতুনা হৌবধপনি। উচেক্কী অমাংবগুম্বদগী হৌবা ওইরম্বা য়াহং ঙঙনৈ। চুমী, ফনা ব্রাংঙে চাউরে। মরা মরী-মরী চথরকপনা লৈবক্কী লৈমায় য়োবা য়াওরম্মে। অচোবা মন্ত্রী অমনা ইথরকপদগী চীফ সেক্রেটরীনা লোয়শঙ অদুগী মালী অহুমগা চৌকিদার অনীগা থবক্কগী পোখাহনগে ভৌরম্বনি। উকিল অমনা মহোয়গী এপোইন্টমেন্ত লেটরদা য়ুম্ফম ওইদুনা য়েংপদগী থবক লৌথোকপা ওমখিদরে। থোঙজিন মপান্দা খোংনাং মপাহুদা ফন্দা চপ্রাসী অমদি চীংলোমদা ত্রান্সফর তৌখ্রমাল্লে।

# অতোম্পা পুক্সি

[নোংথোম্বম বীরেন সিংহ: শ্রীবীরেন হায়বগা খঙনবা।
খৃষ্ট কুম ১৯৫৫ গী ওক্টোবর থাদা উবীপোক অচোম লৈকায়দা পোকই। গুৱাহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী আর্টস গ্রেজুয়েট অমনি। অঙাং ওইবিঙেদগী হৌনা ইবা খোংপা অমদি সাহিত্য পামজবা মীওই ওইনা হৌবকই অইবা অসি মতমগী ওইবা শৈরেংগী খুৎইদা মতমগী ওইবা ৱাখল অহানবা ওইনা ঈচং থৌন। অকনবা শাফু ঈরোয়নবা পশিল্লক্তুনা শাউরবা নগাবোল অইবশিংগী খুৎইগী খুংমাবা লুচিংবনি হায়না লৌনৈ। মহাক্কা শৈরেং, লীলা মচা, ৱারী মচানচিংবা কয়া ইবরম্, থোইদোক হেন্দোক্না পামজবা, হৈনিংবা খোইদাজবদি শৈরেংগী লমদনি হায়বা তাই। মহাক্কী হৌজিক ফাওবদা ফোঙস্লবা লাইরিকশিংদি:—"লৈচিল্লক্কী থাজ"; "তোল্লবা শান্নগী ৱাখল"; 'হল্লকপা'; "মসিনা ইম্ফালগী ৱারীনি"; "নপাল নাইদবসিদা ঐ" নচিংবা অসিনি। মহাক্কা সাহিত্যদা থৱায় য়াওবা মীশক অমা ওইনা সাহিত্য সংস্থান অয়াম্বগা য়াম্না নকবা মরী থমই। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি লিংখৎপদা অচৌবা শরুক য়াখি; সেক্রেটরী ওইখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী কার্য্যকারী সমিতিগী সদস্য ওইখি। 'ৱাখল'; 'সাহিত্য' নচিংবা চেকোঙ কয়াগী সম্পাদক মণ্ডলদা তত্তনা য়াওখি। ৱারেং শৈরেং

কয়াম্ব ফোংখি। হৌজিক ধনমঞ্জুরী কলেজ ওফ আর্টস এণ্ড কমার্সতা মণিপুরীগী সেনিয়ার ডিমোন্সট্রেতর ওইরি।

ইং ১৯৭৩ দা মা "তোল্লবা শাত্নুগী রাখল" হায়বা মতমগী শৈরেংগী লাইরিক অসিদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা সাহিত্যগী মনা পীখি অমুক ১৯৮০ দনা শৈরেংগী লাইরিক "মপান নাইদবসিদা ঐ" দা ভারতকী সাহিত্য একাদমী মনা ফংই।

"অতোপ্পা পুন্সি" কৌবা রারী মচা অসি ওক্টোবর ১৯৭৭ তা ফোংখিবা "শৈরিক" পত্রিকাগী নিপালশুবা চেফোংদগীনি অসিদা অইবনা মপুরোইববু লাইমক্কি হায়না চেৎনা থাজরবী, লৌথ্রপ লৈংকোই লৈজদবী ইচম চম্বী মৈতৈ নুপী অমগী পুন্সিবু যাম্না ময়েক শেংনা য়েকলি। তৌবগীদি সাধারন্না লৌনরিবা রাখল ধর্ম্ম হায়বসি অতৈ করিশু নত্তে করিগুম্বা অমদা অচেৎপা থাজবা থম্লিবা অমুনি! অচুম চুমদগী রাদি কা হেন্না খংদে রাখল অসিদা চেৎনা থাজরিবী রাধেনা মপুরোম্ববা, মচাশিং হুন্দোক্লমমুনা পুন্সিগী অরোয়বা য়াহিপ তাল্লমদাইদা খনখিবা রাখল অমুনি। মায়াগী তাইবংনিনা অহানবদদি মচাশিংগী থাইনবগী রা খল্লুবদা য়াম্না রাজরম্মী। থম্মোয় পুবা য়ারমদে।

অরোয়বা মিকুপ য়ৌরক্লবদদি মানা মতম কুইনা, থাজনা সাধন তৌজরক্লবা শ্রীহরিগী চরন্দা চঙজবা ঙম্নবা লম্বী থিরকখি। মপুরোইবদগী বিদায় লৌজরগা হৌজিক্কী তাইবংদগী লাপথোক্লবা হোৎনজরকখি। নীংজবা অসিনা শেংলবদি মঙলানগী ওইবা তাইবংদা

তাউহুনা শ্রীহরিগী চরন্দা চণ্ডজবা ফংহুনা অতোপ্পা পুন্সি অমা ফণ্ডজরবী মবায়বক ফরবী মৈতৈ নুপী অমগী মশক য়েক্লি। পূম্নমক অচেৎপা থাজবা হায়বা অসিদা তুংহুনা লৈরে হাযনা ফোঙদোক্লি। তৌবগীদি মসিদা অচেৎপা থাজবগী সাধনা অমা চণ্ডই।]

আরতি ব্রজবাজ নন্দকুমার।
গাওত ব্রজবধূ আনন্দ বিহরে ।

হিদান অদুগী ফম্নাংদা মচা-মশু, মবী মতা মরুপ মপাঙ-শিংনা তুমিন তুমিন ফমলি, মমিৎ মমিৎতদি পি শিন্থবি। ইনে রাধেনা হিদান্দা হিপ্পুনা মমিৎ উইশিন্দুনা সন্ধ্যাত্তিগী ঈশৈসি শকলি। হিদান অসি ইনে বাধেগী শিবনদাংগী ফম্নংনি। ত্রেখোয় খুদিং লোইনা খঙনবনি ইনে বাধে যারবোয়; অরোইবা মতম হায়বদো লাক্রে। মতমগী পাতা মডাযবে। ঙসি ওইবা য়াই নত্রগা হয়েং। হাবেল হযেং খঙবা নত্তে।

ইনে রাধে নাবকপা কুইরক্রে। লাযেংদবা নত্তে; যাম্না কম্না য়েংলক্লি। মাইবা মাইবী অজা পুজা শুরে। মৈতৈ মাইবা ডাক্তর অনীমক যেংঙি। লাই খুরম্বদস্ত্র খোংবান লাই তিনথাক ফাওবা চিথদ্রে হায়বত্র য়ৌরে। ডাক্তরস্থ মণিপুবগী হৈর-হৈরবা ডাক্তরশিংদা য়েংবদগী হেন্দুনা ডিব্রুগড়দা লৈবা আসাম মেডিকেল

কোলেজগী হোসপিটালদা চৎতুনা থা তরুকমুকস্থু য়েংলুরে। লাই-য়েংতুনা ফবা ঙমগদবা লাইনা নত্তে হায়বা খঙডি ; অদুবু মচা-মুপা ইবোহলগী চকুতনা ওসি ফাওবস্থু য়েংবা তোক্ত্রি। ইবোহলস্থু মমাগী লাইনা অসি লাইয়েংতুনা ফবা ঙম্বা লাইনা নত্তে হায়বা খঙডি ; লাইনা অসিনা নারবদা শিবা হায়বসি শোয়দ্রে খঙলবস্থু মমানা মপুক্লিং থুংনবা চক্ তৌ তৌতুনা হোৎনবনি, 'সিগী নত্ত্রা মচা মুপা পোকপা তান্নরিববু। ঐস্থু য়ুম থাদোক্তুনা মফমসিদা ইনে নাবা শঙবা অহিং লেক্তুনা লৈরকপা ওসি কুম্নিমুক হায়-রক্লে। ডিব্রগড়দগী থোবকপা নৌবিবৈঙেদদি মশাতু ফনা কন্নবু উক্রে। পুক্লিং ইরুম লুমদ্রবস্থু মবক অমদি ফদ ফরদবোই নীংলুরবনি। চ্যোক তৌবা থা অহুম শুরগা অমুক চঙলকখো হায়তুনা চঙঙুবা নংদনা অনৌবা অমুক হৌরক্তুনা অনাবসি ফনা শাথিনা হাইজিনখ্রে অমুক চঙঙুবা ঙমখিদ্রে। হৌজিক্তি য়ামফক তাখ্রে। ফমুংদগী হৌগৎত্রে। তশেংনমক ইনে রাধে ফমুংদা হিপ্পতুনা লেপ্পা নাইদনা অশিববু ঙাইরি।

ঐনা ইনেখোয়দা লেকপগী অহানবা নুমিৎতা ইনেনা ঐবু কৌশিনলগা হায়—"বুধ ইনেদি য়াম্না ব্রারেদা। অব্রাবসি খাঙ-তুনা ইনে হিংনীংদ্রে। ইনে য়াম্না শিনীংলেদা। ইনেগী স্বরসে হেক হেক ফুনগৎপা অমা তৌই। মপুরোইবগী খোঙজুম থকপদি শ্রীগোবিন্দগী চরনামৃত থকপগা মান্নরিবনি, পাপ পুম্বা কোক্লিবনি। নঙগী মাঙ্গালগী খোংজুমনি। আদা লৈরিবালিক্লিদা য়াওরিবদো।

খবা হৈবকই, মহাক পক্লগা স্বব ফুনৰসি হৈ, ইনে স্বব ফুনগংলক্লে ।"

ইনেনা খুদোম্বী থিন্দুনা লিক্লি অমখক লৈরিবহু তাক্লমী। তিন পাৱাগী লিক্লি অমদা অৱুবা ঈশিং পীক থম্লা লৈরিবহুদগী ঐনা গিলাস অমদা খরা হৈরগা পীথকই ।

ইনেনা থকচিনখ্রগা হায়বকই—আঃ, ঈংঙে, স্ববসি খরা হেক কোমইদা......... ।"

স্বর চাউনা হোম্বরকই। অওকপনি! মীওইৰগী থাজবা। ইপুক্লিংদা ইনেবু কল্লকচৈ; ইনেবু ব্যবহার তৌজে।

মান্মল কোইরেংগী মুপী অহলনি ইনে ৱাধে। মান্মল মুপী অনী লোল্লি। ইনে ৱাধেনা চহী কুম্‌হ্রাগা হায়রকপা অত্থৱাই-দগী মান্মলনা ইনে ভাম্নুদা ঙাওখিবদগী ইনে ৱাধেবু হন্না তুনা য়েং-খিদ্রবনি। ইনেনা মচা অহুমগা মানা থোকপা পংলৈ মরৈবকপনি। মুপা পূম্নমক মুপী পাম্নবা ঙাক্তনি, অত্থবু কনা কনাগুম্বনা মুপীবু কা হেনজিন্না পামশিনবা থেংনৈ। মান্মলনা ইনে ভাম্নবু পাম্বসিদি করি হায়রুনি, অমুক্তা থেংনখিদ্রি। ইনে ভাম্নুনা ইনে ৱাধেদগী য়াম্না হেন্না ফজখিবস্ম নত্তে। থম্মোয়গী মাইকৈবু কনানা চপচানা লেপ্পা ঙমগদগে ?

মান্মলনা ইনে ৱাধেবু য়াম্না শাথিনা ফুবি। মরম হায়ৰা লৈত্তে। ৱা অমা হায়রুৰগীস্মু ফুই ; কন্না চৎপগীস্মু ফুই। হৌনা নোকপগীস্ম ফুই। তাবদা থাজবিদবা য়াই; অত্থবু থাজবা ঙম্মরোই-দবা থৌদোক কয়া পুন্সিসিদা তশেং তশেংনা থোকলি। নোংমা

ঐনা ইনেহোয়দা চংথোকলুবদা মাঙ্কললনা ফুবদা ইনে বাধেহু শাথীনা শোক্তুনা শংব্র মনা ফুৎলগা পোপ্লি পোপ্লিরবা হকচাংগী মফম মফমদা চীগা যৈরম্মী। ব্রাহৌদি কবিস্তু অকুবা নত্তে; মাঙ্কলগা ইনে অতোম্বী ভান্নুগা মাঙ্গোন্দা ফম্মীন্নহুনা কবিনোমা চানিন্নবিঙৈদা ইনে বাধেনা খৌদেমলুবে হায়। তৌবগীদি, খংনবা অযাম্বা ইনে রাধেনা হৌবগুম তৌই। নোংমস্তু ইনে বাধেনা থোনজবা খুদৈবা-বহু শেৎলগা ইনে ভান্নুগীদা লৈরিঙৈদা হনে রাধেনা মানা মানা থোনজবা খুদৈহু মাগীদা লৈবা মতনদা শেৎপিযু, হৌজিক শেৎ-পিগনু হোংদোকপিরকউ থুপ্পুনা থমজিনজগে হায়রুবগী ফুবদা ঈ থোকমনখিহুনা মাইবা মাইবী কৌহুনা লাকনখি। খুদৈহুস্তু শেগাক শেগাইখি। ফুবদা মমায় মমিৎ ইপোম পোম্বা ইমু মুনা খাম্বদি য়াম্না তোয়খ্রজাৎনি। লকায়নস্তু মাঙ্কলবু নুংশিনদে—নুপীবু থীনা ফুমনলি হায়হুনা। খংনবগী মখোল অমবু তাববদি মাঙ্কলহোয়গী ওইরম্মনি হায়না খন্নরবনি। নোংমা কাংদে খংনবা। অহুবু মচা-নুপা ইবোহল চাউরকপদগীদি ফুবদি খরা হনখ্রে।

ঐখোয়না অতোপ্পা তাইবং অমদা লৈবক্লিবসি ঙসি তরানিমুক হেল্লক্রে। মপালগী তাইবংপাল অসি ককথংখ্রবগুম তৌখ্রে। মপাল থোকপা হায়ববু খোংনাংখোঙদগী বিড়ি অহুক লৈরুবা, পোং অমা অহুক লৈরুবা, কৈথেন্দা অহুক ঙৈহাক চংলুবা অসি মঙায়রে। ইনে রাধেসি ঐনা য়াম্না নুংশিজবা ইনেনি। মানস্তু ঐবু য়াম্না নুনা তৌবিবনি। অহুনা অন্না অনা কয়া খাঙহুনা ইনেগী মপুক্লিং থুংনবা

সেৰা তৌবনি। ঐখোয় পূম্বসি ইনেগী অনাবগীদা খনবনা ওসি করি নুমিৎনো হায়বা ফাওবা নীংশিংনদ্রে। লৈকাইগী ঈশে শকপা মী কৌদুনা ঈশে শকহনলি। নটকী ঈশে তাবগা ইনেনা মমিৎতগী মপি শিন্দ্রে।

হায় - "তাদা, সিংহার্তিগী ঈশেদো অমুক্না শকপিযু তাজগেবা।"

ঈশে তৌবা তোমালনা নটকী শৈহেক্তা শকই,—

"বিরাজিত আরতি শ্রীরাধা গোবিন্দ

ইনেনা মপিনা মখজাই অনীমক্তু পুমচোং চোংলদুনা হিপ্পা হিপ্পা মথুং অনীমক থাঙ্গৎতুনা মখা তারকই—

"ভগত বৎসল প্রতি চরনাবৃন্দে

ইনে চন্দন ইপাক পাকনা থিললি। মোন মনাক্তা মন্দিলা অমম্ভু থম্মি। মথৰাক্তা শ্রী শ্রী গোবিন্দগী ফোটো অমা লংনা কাদুনা হকচাংগা থেংননা পুনশিল্লি। গোবিন্দগী ফোটোদো মথক্তা-পুনশিনলগদি মথৰাক্কি রাই চিনবা খরা ফৈ হায। অদুনা ফোটোসি পুনশিল্লিবনি।

ইনে রাধে রা অমত্তা ঙাওদনা তুমিন্না লৈ। মাবু শঙলিবা মীম্ভু ফনা য়াম্না লৈরি। অনাবা হংবা লাকপম্ভু অমা অনী য়াওবি ইনেগী মচানুপা ইবোহলগা মচানুপী ইতৈমা কুঞ্জে অনীনা ফম্মুং মথক্তা ইনেগী মনাক নকনা ফমদুনা শেন্নরি। ওসিদি মাম্মালনা ইনে রাধেবু লুনা চান্না তৌরৈ—ইনেগী ননাক্তা ফমলি। ডিব্রুগড়দা পুরুবম্ভু মাম্মালগা ইবোহলগনা পুকবনি। ইনে মমিৎ উইশিন্দে তুমিন্নদি লৈ। তরংদা য়েংদুনা লৈ। মমিৎ ওনখৎপদ্রি নত্তে।

মসিগী মমাঙ হেক থংনবা মিংকুপ্তা হায়রম্মী—
"নখোয় ঐঙোন্দা য়্রা ভাঙলক্নু !"

তুমিন লৈখি
ইবোহলনা হুংশা থীতুনা কৌই—"ইমা ! ইমা !"
খুম্লক্তে।
মহৈ মহৈ পুক্লিংদা চিংনৈ।
মাক্কলনা অমুক কৌই—"রাধে ! য়াধে !"
হন্দকম্নু খুম্লক্তে।
ইবোহলনা নমকৌ নমকৌ কৌশিল্লি।
ইনে মমিং অতু লেঙতকই। তপ্পা হায়রকই—
"কৌখরেদকো, নখোয়না ঐবু কৌবসে ওন্থোক্লা কৌখরেদা।
ঐ অরুবা য়্রা ভাঙনরি হায়বসে খঙদমাল্লে।"

ইবোহলনা পাখৎতুনা হংডি—"কনাগা ভাঙনরিবনো, ইমা?
"গোবিন্দগী সিংহার কাবী হনুবী অনী অহুম লাকইদনা। মখোয়গা য়্রারী শারিবনি। মখোয়না ঐবু শ্রীহরিগী নাক্তা পুশিনবিগে হায়রি।"

মাগী য়্রাতু তাবদা ঐখোয় লোইনা হায়ফেং ঙকনৈ। মাক্কলনা হায়—
'মতুদি ফগ্রবা য়্রানি—অতুদা কৈদৌরবা ?"
ইনেনা—"ঐনা হরিগী নাক্তা পুশিনবিয়ু হায়বদা, হনুবী-শিংতুনা হরিদা অমুক্তা হংলকখিগে হায়রি। হোরেল পুংমরি তাবদা অমুক উনসি, মতুদা খঙনসি হায়।"

ইনেসি মশাদি য়াম্না শোল্লে। জ্ঞান অমুক তারক্লুনা মাঙ্গলদা হায়রকই—

"ঐ হান্না চৎলম্লগে। আঃ শ্রীহরিগী নাক্ত শঙ অমা শাহ্নুনা নঙগী নফমম্নু ঐ কললমগে।"

মাঙ্গলম্নু মপি শিন্থে। আতাবা মী পূম্নমক কপ্পরম্মী। খন্না হেন্না ইতৈমা কুঞ্জেনা থম্মোয় শোক্লা কপচৈ।

ইনেনা—"মপুরোইবগী য়াথং য়াওদ্রবদি শ্রীহরিগী নাক্তা চঙবা য়ারোই হায়নৈ। অদুনা য়াথং পীবিয়ো. ঐ হান্না চৎলমলগে।"

ইনে রাধে অনাবা খাংবসে য়াম্না হানা উরে। ওসি মঙানি তরুক্লিগী মমাঙদদি য়ুমগী সনামহী কৌহুনা—"ননাইবু লৌশিনবিয়ো, থাঙবা ঙমদ্রে" হায়না ও খোংনা কপ্লমই। মাগী অনাবদু হৌরকপদা য়েংবা ঙমদে। শারে শারে হায়না থরো থরো ওনলি ।

ইনে রাধেগী অনাবসি অঙাং খাউদা পোন্থনি। কেন্সরনি। মদু ডিব্রগরদা মৈ য়াইরুবগী মৈশা অদু অমুক অমুক হৌরকপদা শাথী শাথীনা ওংনৈবগা অম্মানি।

মাঙ্গলনা হায়—"ঐগী য়াথং পীরবনি। নঙ শ্রীহরিগী নাক্তা চঙজরো।"

মকোক্তা মখুৎনা শৎ শৎ নানবি মাঙ্গলনা।

পুং মরি তারে।

পুংজা অদু লাক্লে। হায়নখিবা পুংজা অদু।

ঐখোয়পুম্বা মুংশা থী। অমগা অমগা য়েংনৈ। ঙৈহাক

লৈরগা ইনেনা ঙসাইগুম মমিৎ অদু লেঙখিত্রে, চপ য়ুংহুনা তরংদা লৈখ্রে।

ঙৈহাক্কুং লৈরগা মোন মথাদগী মন্দিলা মারকই। মন্দিলা খীংহনা শক্লকই—

"জয় জয় রামকৃষ্ণ আরতি করে।

গোপ গুয়াল সঙ্গে সতত বিহারে॥"

হিয়া হিয়া মখুৎ অনী থাঙ্গৎতুনা জগোই শারকই। ঈশৈ লোইরে। বা ঙাংলক্কে।

ক্ষনা কুইরে।

ইনে রাধে ছায়গী কিভমদগী হোংদে।

হুংশা খীরমাম্লে ইবোহল্সনা নমকো নমকো কৌশিল্লকই—

"ইমা, ইমা, ইমা........."

হয়া হয়: কৌরকই। ইনেনা শাটনা হায়রকই—

"করি চাগেদনা ঐবু কৌরিবনো? নঙনা কত্তুবসি কত্তেদা;

মঙনা ঐবু য়েৎপসে য়েৎখ্রেদা। নঙদা ঐগী ইনাক্তা

লৈবিরসু—চংথোকখ্রো চংলো।"

ইতৈমা কুপ্পেনা হংঙি—"করি হায়নরবগে ইমা?"

ইনেনা—"থাল আরতিগী ঈশৈ কারবদি হরিনা য়াবিরে হায়; মথোয়গী মমাঙদা শকউ হায়দুনা ঐনা শকল্লে, অতুদগী য়াররি গোবিন্দগীদা চংলসি হায়নরিঙৈদা নোংমা মীকত্ত সিনা থোরাং পুম্বা লোইনা কায়হল্লেদনা। মানা হেক কৌরকপদা, নচানা কৌরে ঐথোর

চৎলগে হয়েং ওইনা পুবিরগে হায়না লোইনা চৎখ্রেদনা। মসিগী অঙাংসি তাম্থোকখ্রো। ঐগী নাক্তা লৈদা লৈহনবিরগু; মশকসি য়েংনীংদে।"

ইবোহল মতোমতনি ইনে রাধেনা পোকপা মচানুপা। মচানুপী অনীগী মবক্তা মুপা মতোমতা য়াওই হায়দুনা য়াম্না লুনা তৌজে। ঙহানখৈদি ইবোহল ঙহাক উদবদা কদায়দা চৎখ্রে, চৎখিনু, মনাক্তা লেঙদনা লৈয়ু হায়না ঙাইহাক লৈতনা হায়বশ্বনি ইনে বাধেনা। শিরমদাই মতম অসিদা ইনেনা খ্বাইদগী ৱাজবসি ইবোহলগীনি, মুপী থিহৌদ্রি, মফম অমা খঙহৌদ্রি। পোক্কবী মমানা য়োকহৌবা তারে। মসিমক্তা চাউরবা লাইমন অমা ওইখ্রবনি। মচে অনীদা ইবোহলগী মরমদা ৱা কয়া শিন্নজে। ইবোহলবু য়েংলা য়েংলগা মমিঙগী থিংবা ঙমদ্রবা মপি শিন্থে। পেল্লক্কদুনা ও খোংনা কপথোকই। অদুদগী হেন্দোক্নুনা মচীন পোরককই—

"নুংশিদকো।"

ঙসি নীনী হুমনীগী মমাঙদা অৱাকপা মবীমত্তা খুদিংদা কপ্পা কপ্পা শিন্নজে—"ঐগী ইবোহলসে ময়ুম মকৈ পালহৌদ্রেকো! ইচাগী লুহোংবা উদবা তারেদো। ৱাঙাঙ হৈতবনি মাদি। নখোয় ময়াম্না লুনা তৌবিয়ুকো। মানা ঙাঙবদা শাউনীংবা লখা য়াওরবসু ঐবু নুংশিবিদুনা মাবু শাউবিগনুকো। ঐনা নখোয় খ্বাই পুম্নমক্তা শিন্নজরিবসিনি।

ইনে রাধেনা মতীক শোকনা শাউরকপদুদা ইবোহলদু মমিংতা ঈরা চেন্নদুনা তিঙক মাইঙকননা তৌফম খঙদদুনা লৈ। ৱা ঙাঙকম খঙলমদে।

# ঈশিং

[ যুমলেম্বম ইবোমচাঃ ১৯৪৯ দা কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকায় ইম্ফালদা পোকই  গুৱাহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী বিঃ এসঃ সিঃ বিঃ টিঃ নি। মতম খর স্কুলদা সাইন্সগী ওজা ওইরম্মী । হৌজিক্লা মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগকী মথাদা চুড়াচানপুরদা দিস্ত্রিক সাইন্স সুপরভাইজর ওইরি। মহাক জর্নেলিজম অমসুং ফিল্মদসু থৱায় য়াওই। নহা ওইবিঙেদগী সাহিত্য য়াম্না পাম্লকই ; চহী ৯ সুবদা ইবা হৌম্লকই। চেকোং কয়াদা মহাক্কী শৈরেং অমসুং ৱারীমচা কয়া ফোঙখ্রে। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী মেম্বর চহী ২০ লোম ওইরক্লি ; হৌজিক হৌজিকমক সমিতি অসিগী ইকজেক্যুটীভ কমিটিগী মেম্বর ওইরি। সমিতি অসিগী চেফোং "ৱাখল" গী ইদিটরসু ( ইং ১৯৮৫--১৯৮৮) ওইরম্মী। মহাক মণিপুরী সাহিত্যগী থ্বাইদগী নৌবা যুগকী শীংথানরবা কবি অমসুং ৱারীমচা ইবা অমনি। মহাক্লা ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং "শম্ভ্রেম্বী থোরক্লো নহুম পোঞ্জেল শাবিগে" (শৈরেং ১৯৭৩) অমসুং "নুমিত্তি অসুম থেঙজিল্লকলি' (ৱারীমচা, ১৯৮০ ) শিংথাবা য়াই। অহানবগী শৈরেং লাইরিক অসিনা ইং ১৯৭৪ গী মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী সাহিত্যগী এৱার্দ ফংখি। অনৌবা থুৎই অমসুং মফোঙদোক্তা কবিগী থুংগী ৱাখল শকম কয়াদা লাকুনা মীওইবা অমসুং সমাজগী হৌজিক

ওইরিবা ফিভম অমস্তুং মখোয়না অফবা সমাজ অমবু ঈখৌলাংজবা অদু মেৎলবা তৌইগুম্বস্নং শাক্ফুয়াওবা ৱাহৈ অমস্নং মতমগা চানবা টেক্নিক শীজিন্নদুনা মহাক্না শৈরেংশিংদা ফোঙদোক্লকখি। মহাক অনৌবা মওংগী ৱারীমচা ইবা অমা ওইনসু শকখঙৈ। মহাক্না "নুমিত্তি অস্তুম খেঙজীল্লকলি" হায়বা ৱারীমচাগী লাইরিক অসিদা ভারতকী সাহিত্য একাদমীগী এৱার্দ (১৯৯১) পীখি। হান্নগী চৎনবীগী থুংইদা ইবা ৱারীমচা কয়া ইথ্রবস্নু মহাক্কী মরুওইবা দানদি অনৌবা মফোঙদোক্না শাফু য়াওবা উচলদা, সিম্বোল য়াম্না য়াওবা কলাদা হৌজিক্কী শাথিরবা সমাজদা হিংবগী কল্লবা শাক্তমদা হায় হুম্না খাঙলবা মীওইবগী ন্নংগী বাখল ফোঙদোকপা ৱারীমচা-শিংনি। মতমগী শাফুনা য়ৈবদা ৱানা খাঙলবা মীওইশিংদা মহাক্কী মীন্নংশি লৈবিবা অমস্নং মখোয়গী মুশি মুশিবা আশা। অদু অনৌবা থুংই, স্তাইল অমস্নং ক্রাফটসমেন্সিপতা মহাক্কী ৱারীমচাশিংদা উবা ফংই।

"ঈশিং" হায়বা ৱাবীমচা অসি মহাক্কী " নুমিত্তি অস্তুম খেঙজীল্লকলি" হায়বা লাইরিক্কী লৌথোরকপনি । অইবনা মীওইবগী সমাজ অমস্নং পুন্সি অসি অফবা অৱাঙবা থাক্তা পুখৎল নিংই। মহাক্না থিরি কবিংস্বা অফবা অমা ; ওইবা য়াই—অফবা পান্দম, অফবা মগুণ, অৱাঙবা মতীক-মমল, মীওইবগী অফবা সমাজ, অসিনচিংবা। ৱারী অসিদা কনাগুম্বা অমনা ঈশিং থিরিঃ অদুবু ফংবা লৈতে শারবা, ওমচাক্লরবা ফুরা দলানগী জঙ্গল মরক্তা সহরগী মফম কয়াদা ঈশিং য়াউম্ অমতং ফংনদবা অরাম্বা কোকনবা থিবি

অতুবু ঈশিং ফংবদি লাইরতুন। ময়াম্না করেমনরকই। খল্লকই সহরসিগী ব্রাংমদা ঈশিং ফংগদ্রা? অইবনা ঈখোলাংজরিবা মীওইবশিংনা পান্দম অমা ওইনা থিজরিবা পোৎশক নত্রগা ভেল্যু অতু ঈশিং থিবগী সিস্বোলদা ফোঙদোক্লি। হৌজিক্কী পুন্সিগী লাংতক্লবগী শক্তম অমা ব্রারীমচা অসিদা মহাক্কী শৈরেংশিংগুম, লিরিকেল ওইনা থম্মোয়গী স্নুরগুম ফোঙদোকই।]

ঈশিং অসি কদায়দা ফংগনি!

অসুক চাউথ্রবা সহর অসিগী মনুংদা ঈশিং ফংবা ঙম্নরোইদ্রা? ঐবু করিনো তৌগদবা!

ঢুমিংনা পৃথিবীগী লৈমায়থক্তা মৈবি হৈথরক্লি। অস্তর চল্লবা সহরগী নাল্লবা লৈমায়থক্তগী মৈশা থকতোরক্লি। মতোন্না শোরারেন খেংলবোই নীংলবা ব্রাংলবা দলানশিংগী মমায়দগী থকতোরকপা মড়াপ্তনা মীৎ পাঙবা ঙম্নদরে। চাউরবা সোরোকশিং অসিদা মীৎকুপ অমা ফানা খোঙফম অমা থাফম লৈতে। কুক কুক ইন্ন-ইন্ননা মশী' থীঙমদ্রবা গাড়ীশিং শঙায়শেনগী মতৌগুম ছুইস ছুইস পাইনখি। অসুক থুনা চৎলিবা ঐ অসি ইরেঙ লেঙদ্রবগুমলে। মেছিনশিংগী মখোলতনা নাকোঙ শীংজা য়েরবসিদা কনা কনানো থরা শা ভানা খোংবগুম ওস্তোক্লা য়াকনা অমসুং হৌনা নোক খেরি। করিনো তৌরিবসি। মীৎ পাঙবা ঙমদ্রে। কদাইদগীনো মীৎ থক্কৎনা লংলবা মচু মচুগী মপৈনা ফেৎ ফেৎ

হাইরি। অরংবা অসিনা মঙাল্দি পীদে।

ঈশিং। ঈশিং অসি ইফং ফংলরোইদ্রা।

সহর অসিগী প্রজাশিং অসি করম তৌরিবনো। মফম মরাঙ খঙদনা পংলাঙদা লাঙনরি। মখোয় অসি করম্না হিংলিবনো। মৈশানা খ্রুক খ্রুক কংলবসিদা কনামগুম্না খোৱাংবগী মঙৌ উদে, খোৱাংদবগী মতৌম্না নত্তে।

ঈশিং

ঈশিং কদাইদা ফংগনি

"সেনচুরী ষ্টেন্দার্দ হোটেল"

স্পিসিয়েল কেবিন অমদা ঐ কপ্লি।

—বাবু করি

—ঈশিং গ্লাস অমত্তং .....

—ঈশিং !! ..মহুবু ঐখোয়গী মেন্নুদা য়াওব্রা ?

—মেন্নুদদি য়াওদে

—চাগুম্বা তৌবিগদ্রা

—মহুদি গুকচরে

গুকচরে, পুমগুক গুকচরে। খূৎশেমগী মহীশিং অসিনা খোৱাংবসি কোকহনবা মুকঙম ঙমদে। কয়ারক থক্লবনি চা, কফি, স্কোয়াস, জুইস মখল কয়া। অদুবু কৈদৌঙৈদম্না খোৱাংবসি কোক্তে। সহর অসি শীনবা থুংলক্লবনি। ঈশিং থিবতদা। কদাইদা অমুক চৎকনি ! রেষ্টুরাঁ। অমথত্তংদি লৈরি।

"এপোল্লো লুনাখোম রেষ্টুর্বা"

কেবিন নম্বর য়ান।

নাক্তা কনানো অমা লৈপ্লে, মমীতুনা বাহং হ'বগুম তৌই।

—ঈশিং

ওহাকী মন্নুংদা গ্লাস অমা মাওদা থল্লে

— মসি করিনো

— ঈশিংনি

—নত্তে, এনা হায়বদি মসি নত্তে

—মসি নত্তবা কবত্বা ঈশিংনো

—ঈশিং মশক খঙদ্রব্রা

—খঙদে, সি নত্তবা ঈশিংদি এখোয়্ম খঙদে।

করিনো তৌরিবসিবো! কদাইদা ফংগনি। য়েস অমদি এনা হুন্দোক্লম্মি, থার্ড ক্লাস হোটেল অমা এ চঙলমদবে।

হেক চঙখিবগা মেনেজরনা,

—করিনো বাবু

—ঈশিং খরদং পীথকউ

মেনেজর অত্তুনা ফাক ফাক নোক্লত্তুনা লাউরকই,

—চৎলু কদাইদগী অঙাওবনো? হুজিকপু কদাইদগী ঈশিংনো? ঈশিং সুকলৈ লৈতে। চৎখ্রো। এগীসিদা নওগুম্বা অপঙবা চঙহন্দে।

— থার্ড ক্লাস! ভুত মখোয়নদি কদাইদগী ঈশিং মশক খঙগনি?

লৈরম্নিবশিংছু ঐতোন্দা য়াম্না ওন্না য়েৎনহৌই।
করিনো তোগদবসি!
খোঙ অসি থাংমিল্লনা চৎলিঙেদা কমালো অমমা কৌরকই,
—অমুক্তা ঙাইখো হো নিপা অমুক্তা ঙাইখো
হন্না য়েংথোকখিবদা মশক মতৌ ফজরবী নুপী অমা উরকই
—করি খিবনো
—ঈশিং। ঐবু ঈশিং থরদং পীথকউ ইমা
ঈশিং!
—ঐ খোরাংবনা চরম কংলে

নুপী অদুনা ঐবু থুং হত্তুনা কৌরম্মি। কেরবা কা অমদা ঐবু ফমহল্লগা ফজরবা গ্লাস অমা পুথোক্তুনা লানশিল্লকই।

—মসি করিনো
নঙনা খৌরাংলিবছু
—নত্তে সি নত্তে ঐনা খৌরাংলিবদি
নঙনা খৌরাংলিবদি করিনো
—ঈশিং
—সি ঈশিং নত্রবরা
—নত্তে

নুপীদুনা ঐঙোন্দা উশিত্তবগা লোয়নমনা করেম্নবা মীচোক অমা থোকশিল্লকই
—চংলো অঙাওবা

অহুদগী থোঙহু লোনশিনগ্রে।
করিনো ত্তৌগয়বা।

চময়মহুনা লেপ্পিন্দৌদা ক্তান য়াম্না ভারমগদবা মানবা জেম্বল মেন অমা নাক্তা লাকই, ঐনা হংই

—করিগুম্বা অমত্তা হায়জগেবা

—করি ওইবিরবনো

—সহল্লসিদা ঈশিং কদাইদা কংগদগে

মুপাহু ঐঙোন্দা ওল্লা ওহাক য়েংলম্নগা করিগুম্বা পাউথুম অমত্তুম্ব শীরমদনা চৎগ্রে। মখী চৎলম্বা অমনা চঙশিল্লক্লগা ঐঙোন্দা হংই

—করি হংবিবনো

—ঈশিং

—লাকপিয়ু

মহাক্কী মতুং ঈরম্মি। কা অমদা কমহল্লগা গ্লাস অমা পুথোরকই।

—মসি করিনো

—ঈশিং হায়বিবদাই

—সিন্দি নাম্ত্র

—থকচিনবিয়ু। থোরাংবা যেম্বকনি

—ঙাক্কনিগনি

কা অহুদগী থোরকুনা অমুক চৎপা থোরে।

—ঈশিং

ঈশিং থরদং পীথকউ। খৌরাংবনা কংলে।

কনানো অমা মাঙদা চংলি। নহানি। ঐনা লাউই

—অমুক্তা ঙাই বিথো

নহাহ্র লেপ্তুনা ঙাইর্রি।

—সহরসিদা ঈশিং কদাইদা ফংগদগে

—এঃ ঈশিংগী ঈশিং ঙাক্তনি। চঙঙ্না হোটেল অমদা হেক্তা

—ফংদ্রে। মখোয়না পীবা ঈশিংনি হায়বহ্র নত্তে ঐনা থিজরিবসি

—ফংলোইদবা ঈশিংহ্রদি করিগী খৌরাংলুরিবা। অফংবহ্র থকচিল্লু

করিনো তৌগদবা!

সহর অসিগী মী মানদবা, শক্তা অমা ওইনা তৌবা অমা ভান্নরক্তুনা হংই,

—করি থিবিবনো

—ঈশিং থরদং থিজবনি

—ঈশিং! ফংলরোইবু। কুইগ্রবা রানি মহ্র। অহুমকপু অসিদা অমুক্তংদি হংবিরু

মহাক্না ভাকপা য়ুম অহুদা প্রপ প্রপ চঙশীল্লুই। কনানো অমা ফমহুনা লৈরম্মি। অহলনি। মাগী মশক্তুসু সহর অসিগী

মীশিংদগী পূংতোপ তোপ্পগুম তৌই। ঐবু হেক উবদা

— ঙাইখো, চঙশীল্লকখিনু। করিনো, করি পাম্মি

— চানবিহুনা ঈশিং খরদংদি পীবিয়ু

— করি? ঈশিং? লাউ ফম্লোরাউ

ঐ মনাক্তা চঙশীন্দুনা ফম্মি। তপ্পা হংলকই,

— ঈশিং থিবরা নঙবু

— সংগ্র অসি শীনবা থুংনা থিকরববনি। কাইনথংদা অসিদা লাকচরিবসিনি

— করিগীনো নঙনা ঈশিং থিন্নিবদি

— খোরাংবনা কংলে

তশেংনা খোরাংলববা

— লৈরবদি খরদং

— কদাইদগী ঐগীদা লৈগদগেনে। ঈশিং পীবা ঙম্বা মী ওইরবদি ঐ অদুম্না লৈগদরা? সহরসিদা ঈশিং থিবা হেক ফংলরোই। সুকফংবু ফংলরোইদা। সহর অসি শেমগৎপদা পাৎ তুরেল পুম্নমক লৈরোন চনখ্রবনি। তৌথায়হুনা থিরবদি লৈরমগদ্রা অদুবু কনানা ঙম্নগনি। অদুমকপু সহরসিগী রাংমদদি ঈশিং শোয়দনা ফংগনি হায়। নঙ চংপা ঙমগদ্রা?

সহরসিগী রাংমদা ঈশিং। শোয়দনা লৈরম্বা য়াই।

— ফরে, ঐ চৎচরে

সহরসিগী রাংমদদি শোয়দনা লৈরম্বা য়াই।

করিনো তৌরিবসি। সহর অসি লাম্থোকে হায়বগীদমক্তা খা-ৱাং নোংপোক নোংচুপ থুংলে। অদুবু কদায় সহৱগী ৱাংমদি! চৎপমখৈ চংলুরগা সহৱসিগী মনুংদা লৈশীন্দুনা হেক্লা লৈরম্মি। লাম্থোককে হায়বা অমা উত্তম ওমত্রি।

মমৈথংদা হোৎনমমখৈ হোৎমরবা তুংদা সহরগী চিদাইদা থুংলুবে। অদুবু চেকপল ৱাংলবা চেকপল। খাদা চংলি চেকপল, অৱাংদক্তু চেকপল মায়গৈ খুদীমক্তা চেকপল। নোংমদোন পক্ক। ৱাংলবা চেকপল অমনা সহর অসিগী অকোয়বদা খাজিন্দুনা লৈরি। মসি করম্না লাম্থোকনি।

ঈশিং

সহর অসিগী ৱাংমদা শোয়দনা লৈরবা য়াই।

অমুক চাউথ্রবা সহর অসিগী মনুংদা, ৱাং-চাউরবা ফুরা দলান মরকস্নিদা ঈশিং থিবা ফংগদ্রে। ফংলগোই।

নত্রে, ঐবু মমুৎ ওানা থিদ্রব্রা। থিবা ৱাবমখৈ থিরবা ৱাক্রা।

করিনো তৌগদবা

সহর অসিগী ৱাংলদা লাম্থোকুনা থিরবা ওইথোক্লিব্রা। সহরসিগী ৱাংমদা শোয়দনা লৈরমগদ্রা।

তৌগদবসি করিনো।

# অমম্বা

[কৈশাম প্রিয়োকুমার : ইং ১৯৪৯ জুলাই দা খুরাইজম লৈকাই, ভেরা বাজার; ইম্ফালদা পোকই। সিভিল ইঞ্জিন্যারিংদা ডিপ্লোমা পাস তৌই। মহাক অহানবদা চহী অমরোম (ইং ১৯৭৫-৭৬) মেঘালয়দা পিঃ এইচঃ ইঃ ডিপার্টমেন্টদা সেক্সন ওফিসর ওইনা থবক তৌরম্মী। মথংদা (১৯৭৬) মণিপুরগী ইরিগেসন এণ্ড ফ্লদ কন্ট্রোল ডিপার্টমেন্টগী সেক্সন ওফিসর ওইনা থবক তৌ-রকখি। হাই স্কুল অমসুং কলেজ তম্লিবৈদগী ৱারীমচা অমদি শৈরেং কয়া ইহুনা ফোঙখি। মতম কুইনা সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগা খুং-শিন্নরকই। চাউরাকনা ইং ১৯৭১—৭২ অক্টবাইদা "ঈরাওথোল" কৌবা থাগী চেকোঙ অমা ফোঙবদা অচৌবা শরুক য়াহুনা মহুগী সম্পাদক কাওবা ওইখি। মতমতুদগী নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী অচঙবা মেম্বর ওইরকই। "শোর্ট স্তোরি ৱার্কসোপ, ইম্ফাল" কৌবা সংস্থান লিংখতুনা ৱারীমচাগী ঈহৌ অমা শাগৎ-নবা হোৎনবদা অমসুং মসিগী "মৈরীক" কৌবা চেফোঙ পুথোক-পদা ফাউন্দর মেম্বর ওইরকই। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী কার্য্যকারিগী মেম্বর পইহুনা ইং ১৯৮৯-৯১ দা "সাহিত্য" চেফোঙগী সহ সম্পাদক ওই; চেফোঙ অসিগী ইং ১৯৯১-৯৩ গী সম্পাদক ওইহুনা লাক্লি। মহাক্না অঙনবা মতমদা শৈরেং ইরম্লবহু মপুং ওইনা

থুৎ থাবিবদি ৱারীমচাদনি। হৌজিক ফাওবদা ৱারীমচাগী লাইরিক অনী পুথোকখ্রে : "অৱাওবা পুন্সি (ইং ১৯৭৩) অমসুং "ঐথোয় য়ুম্লোন্নবা" (ইং ১৯৯০)।

প্রিয়কুমাব অনৌবা মণিপুরী ৱারীমচা ইবশিংগী মনুংদা অমনি। মহাক্কী অয়াম্বা হীরমশিংদি সমাজগী তোল্ল-তারবা, লৈবাক্না শিংথাবিদ্রবা, পুন্সিগী অৱাবা কয়া ফোঙদোকপা ওমদনা খাঙলিবা মীওইশিংগী শক্তম লাকপনি। হীবম অসোমদা য়াম্না চঙশিন্দুনা হৌজিক্কী সমাজনা থৌশাবিদ্রবা হন্থরবা পুন্সিগী শক্তম লাকই। মফোঙদোক্কা হীরমগা য়াম্না চাননা পারিবশিংদা অনৌবা পেৎশক উবগুন ফাওহল্লি। "অমম্বা" হায়বা ৱারীমচা অসি কলচবেল ফোবম, মণিপুরগী "ঋতু" চেফোঙদা ফোঙথ্রবনি। লাই-ৱবা, খুৎসুমন থর থবক কম্না সুজরগা তাঞবা, পুন্সিগী অৱাবা কয়া লুমিৎ খুদিংগী হকথেংনরিবা মীওইশিংগী শক্তম লাকপা ৱারীমচানি। অমম্বনা থল্লবা মখোয়গী পুন্সিনি : মখোয়গী তুংগী আশাসু অমম্বনি। চরিত্র অমসুং সিচুয়েসন য়াম্না শীজিন্নবা তৌদনা সিঙ্গল ইফেক্ট পীননবা হোৎনৈ।]

থ্বিপানিত্তা মুমিংনি।

থোংজিন্দা মোমবর্তি অমগা কবোক খোয়ত্থম অমত্তগনি অংৗেবীনা লাইদা কৎচরিব। হৌজিক লিরি চাকলম্বা মোমবর্তি মনম মুংশিরব: ধুপ লোয়নমক ভুমখরে। য়ুমলোন কৈরোম্নবশিংদা থাল্লম্বা থাওমৈ পরেং পরেং নিল্লম্বা লাংলম্বা পুম্নমক তাকখরে। অমম্বা থাশিগী অহীংনা তাইবংপানসে কুপশিল্লক্লে। ঙৈহাককী মমাঙদা মৈঙালগী ফজরবা তাইবংপান অমা লৈরম্মী হায়বগী খুদম অমত্তম্মু লৈখিদরে। অমম্বা মরক্তা মাঙ্গোলগী ডখোকভেন্না ঙাক্তনা অঙৌবী তুমিল্লা কম্লী। অমম্বা মরক্তা।

(১)

'নোংনা ফুবদা কল্লাং অসি থর নিংথাইবতনি। কোত্ত অসিদি করিম্মু তৌনদ্রিবনিসে। মসিবু হেক শিদোকপা হায়বসি পাম্মুজ্রনে? হা করি হায়গে কুলবিধু?"

'অচুম্বনি তাইবুঙো। করিগী শিদোকউগদগে। অম্মুক চাংওখ্রবা অম্মুক করিবা কোত্ত অসিনু।"

'হয়েং হাচিত্তা ঙাইরে, ফৌদি কায়কদবা। অদো লক্ষী পুজা নংনবা মসিমা নঙনা কজ্ঞনা য়াই তৈথোকদা তাবা।'

'কগনি তাইবুঙো হৌজিক্তগী হেক্তমক হৌজরগদবনি।,

কুলবিধু খুবকাও লোইকাত্রি মথুংনা চেকথায়রবা কল্লাংগী লৈবাক্তু লৌথোকপা হৌরকই। কল্লাং য়াই অভৈমনগী মমল ঙাংনবগী দরকার ওইদে। হুন্দক থা অমরোমসিদি কচ্ছাইথোইগী ইমুংগী থবক মচা মচাদা তৌঙ্কনা লাক্লবনি। লৈপল নাবগী, উখোং

শিন্দোকপগী. ইমুংগী গুন্ন হাইবগী অসিনচিংবা। হন্দকমুক মখুৎ হাংদনা থবক ফংবা লৈখিদে। মহাক খঙজি ইনাকখুনবগী মতীক কহাইমুক লিকপস্তু লৈতে। লিকপদা মখোয় লৈকাইদা মমিং চংলিবনি। খুৎশুমনগী মতাংদদি মানা লৌনিংলিবত্তুদগী থরা মথৈদি তারক্কনি হায়বা কুলবিধু খঙদবা নত্তে। অত্তুবু থবককী তাঙ্গা অত্তুদি মহাক নাম্বোকহন্নিংদে।

অয়ুক্ক চাকচা মাংদা মপান থংবা ফক্লাংগী লৈবাক ময়াম-তুম্না লৌথোকপা লোইরে। লৈবাকশিংত্তু তাশিল্লি। লৈপী ওইনবা ঈশিং তৈজিল্লি। হিয়াঙ্গৈ থাগী ঈংলক্লবা মতম ওইত্তুনস্তু মযাংলেন্দা কুলবিধু হুমাং মরীক মরীক কারক্কই। মশাত্তু ইচোক চোকথৈ। নিংশিংলকই অয়ুক্কা চাঙাং অমত্তনি থকখিবা।

লুপা কুনথক্তং কহাইদগী কুইনা তকনরবা মত্তুংদা লোরকই। য়ুমদা চঙদত্তুনা ভোমালগী য়ুমদা হায়জিল্লি। য়ু য়োনফমদা! মুংথিল পোবোপসিদা মখোয় লৈকাইগী অহল ওইরবা য়াইমা হীদাকনা ইরো লোথত্তুনা লৈরম্মী। মাদা নংত্তে মী কয়াস্তুনি। মখোয়গী মরক্তা ভোমচৌ য়াওরি। মরক মরক্তা মাগা থবক হেক হেক শুমিন্নবা। অহানবদা গিলাস অমত্তনি কুলবিধুনা থকপা। অমত্তু থকখ্রবা তুংদগী মথং মথং গিলাস তম্না। চানবস্তু য়াওদে। মশাত্তু ইপাং পাংথরকই।

'বস ক্রিমঙাইদনা। মপা কন্নাগী মরল্দনা থকপা নত্তে। ইশাগী হুমাং মমলদা থকপল্লি!'

'তা' কুলবীধু লুপা অনীদংগী লানবীরন্‌ম, ।' তোমচৌনা হায়ভরকই ।

'লাম্লোই, করিগী লালগনি । নঙনা কহ্নাইগীদা থবক শুবা ইকাই । ইনাকথুনবা ইমুংগীদা অমোং অকাম্নগী থবক শুবা ইকায়বা নঙোন্দা করিগী হিদাক লানগদৌরিবনো ।'

'য়্রাজাও ভাংবদু তানিংদতুনা ভৌবনি । লিকম্‌ লিকথরে হায়বনি ।'

'অদো মঙোন্দগীদি ঐখোয় লিদে । লেম্না পৈশা লৌগেদি হায়দেদনা । নঙ থবক শুবা য়াওগেদা হায়য়ু গিলাস অমত্তা নঙে গিলাস অহুম—'

গিলাস অহুমগী বা পল্লকপদা তোমচৌহু হায়ফেং রাখল খল্লকই । খুদোংচাবম্‌ নাম্বোকহন্নিদে । থবক শুনিংত্রবম্‌ গিলাস অহুমতুগীদমক মহাক য়াম্নে । মথা তাবদি কোন্না কোন্না লাককনি খল্লকই ।

'বস, অতুনিদনা । গিলাস অহুম অমুক্তদা থকঈ । লুপা অনী অনী পীবা গিলাস অহুমতু তোমচৌ য়াম্না থোয়াংলবা মীগুম্না অমুক অমুক্তা চিংশিল্লি । কুলবিধুম্‌ থকচিল্লি । মরোল অতু ইহ্নায় হ্নায়না হায়রকই—

'সিমুক মুঙাইবসিবু কদায়দগী কোংলুগনি । পৈশা পায় জরবম্‌ কহ্নাইনা ঐখোয়মুক মুঙাইবা ঙমলমগত্রনে ।'

হায়না হায়না কুলবিধু ফক অমা থারিবতুগী মথক্তা হিপথরকই । করিনো থরম্‌ মরোল লৌবা য়াদবমথৈ মুরুম মুরুম শোল্লকই ।

অহুদগী অশিবগুম্বা মখোল থোক্কবমখৈ য়ুগী নেশানা নম্বরকই। তোমচৌনা ফনা মশা পায়হুনা হৌদোকই। করিমত্তা মচি লেঙদে। কুলবিধুগী থুদৈ মচিদা চেংনা কিরিবা লুপা কুন চংশিহু লৌথোক্লগা তোমালদা পিরম্লগা তোমচৌহু মখোঙ হাইরগা থোকখরে। হৌজিক্তি ইমুংহুদা য়ু থক্লদ্বশিং অমমম অনীনি থোকখিহুনা কনাম্ন লৈহৌদরে। কুলবিধুদি ময়ুমগুম্বা তুমহৌরি।

(২)

লুখাক কোম অমদি অমাংশঙদগী মুগুক মুরবা মচুম্বা অরংপা লৈতনা চেম্বরকই। নমখিগ্রবা মনমহু কুলবিধুদা ইফাও ফাওদবগুম তৌই। মখুংনা লৈবাক থরা পেকখংলগা চেম্বরক্লিবা মচুমহু মেনশি অহুগা থোংবান মচাহু তৌহুনা লৈপল নারকই। মচিন্দা চুপলিবা বিড়ি অহুদি ঙসাইনা মৈ মুংগ্রবনি অহুবু অহুম চুপ্পী।

লৈবাক অহু তৌনা তৌনা ছকানগী পোং শোংপগী হিসাব পাই। বাকী শিংদবা থা অনী হেল্লবনি। ছকান্দার উদনবা থৈহুনা চংলকপা কুইরে। হন্দক্কী থুংগুমন অসিদদি শিংদোক্লগা। খল্লি। মীগী মরল তোনবসি কাংংদা লিল চঙবগা মাল্লবগুম থল্লকই।

অহুগা লৈবাক অহু তৌনা তৌনা তোমচৌবুম্ন নিংশিং-লকই। শাওনিংলকই। থবকগুবা য়াওনবা হায়বনি। অহুবু তৌমচৌ য়াখিদে। মহেন্দ্রগীদা থবক গুবা মহাক ভশেংনা ইকাই। ইকাইবগী মরম হায়ববু অঙাং ওইরিভৈদগী মহেন্দ্রগা তোমচৌগা লাইরিক তম্মিন্নরকই অসিদনি। মসিদনি কুলবিধুনা খাইদগী

শাওনিংলিবা। খল্লকই নহাকনা রাদনা কনানা রাগনি? মত্তোমতা শোনখি—"ইজ্জং য়েংবা নঙনা নংদনা কনানা নংগনি।'

' তা কুলবিধু নতোমতা মুরুম মুরুম শোল্লিবত্থু করিনো? মহেন্দ্রনি। মনাক্তা চঙলকু্না লেপ্লম্বত্থু মহাক খঙহৌদে।

'ঙাওবা তমলিবনি। লাইরবদি ঙাওরকইদনা' নিংঙাইবা লৈতনা কুলবিধু মচিন্দা শং হায়দোকই। মথা তারকই—

'অসিগুম্বা থবক অসিবু শুবিনবা মীদি তাঙবনিদা। চেম্থনরকইবা মচুমসে উবিরেদনা। মনমম্থু ফাওবীরমগনি?"

মহেন্দ্রত্থু থুমথম খঙদে। করিগুংগী কুলবিধুগী মনাক্তা চংজরকপনো খল্লকই। করি করিনো খরা মানা থোকপা ঙাংলম্লগা অত্থুমক থোকখরে। কুলবিধু মত্তোমতা অমুক থবক শুরকই। য়োংলৈ অমগী মথংদা য়োংলৈ অমা থাত্থুনা লৈপল নারকই।

ওহাক লৈরগদি পল অত্থু নীংথায়রকুনা মুশিন মুরবা মচুমশিংদো চেম্থরকই। অত্থুদা নশ্তে ইফুৎ কয়াম্থু ফাওরকই। ওহাক খঙ্গানৈ। অত্থুবু থংনবা মীকুপুদি লিংলিবা মুজা ফুরিংতু লোথোকই। কোকশেং শেংচিল্লগা মচুম মরক্তা লৈবাক অত্থু অমুক তৌরকই। অত্তৌ থুদিংগী চোংথংলকপা নমথিশ্রবা মুশিন মুশিন মুবা মারীকশিং অত্থুনা মশাদগী হেন্দোক্তু্না মমাই মমিং পুম্বা লুপলকই। অত্থুগা মথুং অনীত্থুনা লৈনাং তারবা লৈবাকতু পেকথংতুনা লৈপন নারকই।

(৩)

ওসিদি দ্বিপানিতা হুমিংনি।

কুলবিধু থবক ওয়প থাই। মচা অহুমড়ুদা মোমবর্তি লৈরকনি হায়রম্মী। অতুগা হৌংচিং নিংঙোল চাক্নোবা মুমিত্তা চানবা হয়েং কৈথেলদগী ওা লৈরুসিস্থু হায়রম্মী। মহেন্দ্রদগী লুপা ১০০ থক লৌরগা থোরক্লে। হিসাব কুপ্না পারব। মতুংদা লুপা চামদগী হেম্না পিরকউ য়াখিদে। কুলবিধু শাওদে। মঙোন্দা হেনজিন-দবগীদমক: কনানা মখোয়বু থাজবিগদগে খল্লি।

তুকান্দুদা কুলবিধু ওসিদি ফললপ চংভি। হিসাব বয় ফাকহল্লি। লুপা চাম্ম: কুম্থ্রা লৈরম্মী। মানা থল্লম্বগা লৈরমলিবা হিসাব অতুগা য়েংনবদা জ্ঞান গায়ফেং মাঙই।

মাগী মুপীদম্ থিন। থিনা ঙাংলক্লিবথু অমুক য়াম্বা শেলফম অসিননি থল্লকই।

'লুপা য়াংথৈথক্তা থমজরমগে। নোংমা নিনিসিদা বাকী পুম্বা শিংজগে।' হৈতপ তপ্না কুলবিধুনা হায়রকই।

'থা অমী শুরবনি। ওসি পীগে হয়েং পীগে হায়দুনা লেল্ল-ক্লকসি কয়ামদি কুইরে। নখোয়না শোৎপদা তুকানসে মুংতৌরে। কানদে নথুত্তা পায়রিঙৈ ওসি লোয়না পিখোল্লম্মু।'

(৪)

শাওনা ঙাংলকপা তুকান্দারগী রাথৈশিংদু কুলবিধুদা থোইনা নাচুংবা পোক্কে। অসিগুম্বা বাঙাং শাঙাংদি মপুজিদা কয়ারক তারকলবনি। লুপা য়াথৈথক্তং লোহৌনবা তকশিল্লি। অতুবু ঙাংনবমথৈ ঙাংনরগা উপায় লৈরক্তুদুনা লুপা হুমত্রা পিরম্মী। অতুগা মোমবর্তি পেকেৎ অহুম অমগা অমুক শোচিল্লকই। মানা

নুমিৎ নিনি হুমনিদা শিংগনি হায়দুনা শোল্লস্মিবা লাই মরামদু নীংশিংলুরগা লম্বীদা চংবা চংনা কুলবিধু নোকনিংলকই।

ঙুকান্দুদগী পাংলাপপু লাপনা চংত্রিদ্রে তোমচৌগা হেক থেঙনৈ। কুলবিধুবু উবদা তোমচৌদু আশা অমা উরকপগুম হায়রকই—

'তা কুলবিধু ঐ হুয়েংদগী সত্য, মহেন্দ্রগী থবক য়াওরগে। অদো ওসিদি থরচ থিত্তা তৌবীরম্মু।'

'ওসিদি লাই নুমিংনি তোক্লসি তোমচৌ। য়েংউ় অঙাং-শিংগী মোমবর্তিস্ন য়াওরিবসিনি।'

অদো কুইগুমসেবা। গিলাস অনীথক্কুং। ননাও মথংদা তৌজগেবা।'

তোমচৌনা তকশিল্লকপতুদা কুলবিধু নাহোকপা ওমদরে। ফনা চুংশিরোই খনবনি। অদুবু কদায়দগীনো মরী অমনা পুনবগুম হেক হেক তৌই। তোমচৌগী পুক্সিদা করিনো মফম খঙদবা মাগী পুন্সি শরুক অমা য়াওবগুম হেক হেক তৌরকই। অদুদগী মথোয় অনী মখুৎ পায়নরগা য়ুগী ঙুকান তম্না লাকই। মগুম শান্দবা নিংথমথা ওইরকপগী নুমিৎনা নোংচুপ চীংয়া পকশিল্লক্লে। অঙাঙবা নোংজাবীগী মচুগা লোয়ননা।

অহিং অসি কয়াম থেংলবা খঙদে। মাজোলগী উথোকতেন্দা ওাহুনা উইরোল উইরোল তৌরমদগ। মপুরোইবনা করি করিনো ওাংহুনা চৎলকপদা অঙৌবী মিংকপ থোক্লকই। অমম্বা অহিং ওই-

ওইহৌনস্ু য়ুম্নোম্নবশিংগী থোংনাওদগী থোরকপা থাউমৈগী মঙালদা কুলবিধুনা তুরোই ঙাম্নোই চঙলক্লিবহৌ উরকই। অঙৌবিবু উবরা উদবরা খঙংদে ইমুংলোমদা মশাহৌ হাইরং তুরং চঙখি।

'অয়ুক অঙনবদগী থোকখিবহৌ অস্ুম হায়না মনম চেল্লগা অথেংবদা হল্লক্লবনিনে? থৌদোক অদি অনৌবা মত্রবস্ু ঙপ্পা অঙৌবীনা হায়রকই।

'নঙগীসিবু ৱারকইবা হায়হৌরা?"

"অঙাংশিংগীস্ু খরা খনবিয়ু হাযবনি।'

"অঙাংশিং"—হায়রুরগা ফুরিংখাও মারকই। ফমজাও-হৌদা ফমলম্বদগী তুরেই ঙাম্নোই হৌগৎলগা মশাপুম্বা কোয়না মারকই।

'করিনো থিরিবহৌনা?'

'মোমবর্তি। ঙসাই ঐবু মোমবর্তি লৈথিবগুম তৌবনি। ইচাশিংনা লৈরকউ হায়হৌনা। লাইদি মরা লৌদে মখোয়দি ইনাক-খুনবগীনি। লাইরবগীদি লাই লৈতে। অদো মোমবত্তিহৌবু!"

'অথেঙবা অহিংসিদা করি তৌদৌরিবনো। অঙাংমখৈ তুম্নখরে। চাকফাও চাদবমখৈ মোমবর্তি লৈরকনি হায়হৌনা ঙাইরম্বনি।'

হায়না হায়না অঙৌবী শাওনিংবা অমস্ু পোল্লকই। মচাশিংহৌনা য়ুম্নোনকৈরোম্নবগী অঙাংশিনা হয়াও তয়াম থাওমৈ পরেং থানবহৌ উরগা তুকক তুকাই চম্লা কোম্নোংদা মপা হললকপা ঙায়-রম্বহৌ নিংশিংলুরগা মপুক্লীং মুংশিরকই। মমিৎতগী পি মরীক অমনি শিম্নখিবগুম তৌই।

"অঙাংশিং হৌদোকউ চাক চাগনি। মোমবর্তি থানগনি। নহাক মোমবর্তি হৌজিক লৈরুচো হৌজিকমক........

ফুরিংথাওদগী অনী চৎপী তংখায় তারবা অমা লৌথোক-লকই। অতৈ কোয়মা মাই। মতুদগী হেম্না য়াওদ্রে। শেগায়রবা অনীচৎপীত্থু অঙৌবিদা লাক্নুনা লংশিল্লকই। অতুদগী মকোক অতু লেকথবকই। ফমজ্ঞাওতুগী মথন্তা। অতুগা লোংনা ফমুংদা হায়থখি।

কবিনে। মবোল খঙদবা খবা মচিন্দা শোল্লম্বতুদগী থংনবা মীৎকুপ্তুদি অমুক্তং ওক হায়রম্লগা থকখিবা যু ময়ামতু ফমুং মথক্তা লোইনা কামথোরকই। হঞ্জিন হঞ্জিন হন্দোরকই লময়াইদা থাল্লম্বা পোদোনতুস্থ অমুক্তং খংঙাল ঙাল্লম্লগা মুংখবে। পুম্মম মমথরে। ইমুংদো হৌজিক্কি।

মঙাল মচেৎ অমত্তা ফংদ্রবা ইমুঙ অতু হৌজিক্কি যু হন্দো-রকপগী নমথিরবা মনমতনা থনখরে। ঙহাক্তংগী মমাংদা ধূপ থাওমৈগী মনমতনা ইমুং অতু থল্লম্মী হায়বগী খুদম অমত্তস্থ লৈতরে। নমথিখ্রবা অনম্বা মবক্তুদা তৌফম খংদনা অঙৌবি কাংথোন মচিদা ফমতুনা লৈরি। কুলবিধুস্থ ফমুং মথক্তুদা হঞ্জিন হঞ্জিন হন্দোক্লি য়াম্না রানা। অতুগা ফৈজুপ হায়দোক্নুনা নচাশিং-তুনা মমিৎ তরু তরু পাংলি। অমম্বদা। চেকমোক লাওদ্রবা অহিংনা অশিবগুম য়াতারি।

# ক্লাক্কী মচা ক্লাক উরোক্কী মচা উরোক

[লেমাবম বীবমনিঃ - ইং ১৯৭২ দা নাউবেমথোং খুমন্তেম লৈকাইদা পোকই। গুৱাহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী বিঃ এস সিঃ বিঃ টিঃ নি। ছাত্র ওইরিঙৈদগী সাহিত্য অমসুং কলাদা থহায় য়াওরকই। সাইন্সগী মীওই ওইববসু সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগা শৃংশময়না লাকই নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী অচওবা মেম্বরনি ; সংস্থান অসিগী সেক্রেটরি ওইনা চহী কয়া থবক পুরকই। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ অমসুং কলচরেল ফোরম মণিপুরগী লাইফ মেম্বর ওইরি। হৌজিক হৌজিকনক রাইটরস ফোরম, ইম্ফালগী জেনরেল সেক্রেটরি ওইরি। সাহিত্যগী চেফোংশিং—রাখল" "ঋতু" "সাহিত্যগী পাও" গা নক্লননা মরী লৈনরকপগা লোয়ননা 'বিজ্ঞানগী রা'" হায়বা সাইন্স জর্নেল অদুগী হৌদোকখিব। সম্পাদকনি পুন্সিদা সাইন্সকী গ্রেজুয়েট টিচর ওইনা থবক তৌবা হৌখি। হৌজিক্কা উখ্রুলদা ডিষ্ট্রিক্ট সাইন্স সুপরভাইজর ওইরি। অঙাংশিংগী বিজ্ঞানগী লাইরিক অনী ইখিবগী মনুংদা মহাক্কী "মচীন মপুরা" হায়বসিনা মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগনা শীনবা অঙাংগী লাইরিক অফবা তান্নবগী মনা ফংখ্রবনি। অঙাংগী বিজ্ঞানগী তম্ন-লাইরিক ইবা ওইনসু থোইদোকনা মনিং চংলি। হৌজিক ফাওবদা মহাক্কী য়ারীমচাগী লাইরিক অহুম ফোঙখ্রেঃ "পিকনিক পিকনিক" (ইং ১৯৮০) ; "চেক্লা পাইখ্রবদা" (ইং ১৯৮১) অমসুং "ক্লাক্কীমচা ক্লাক উরোক্কী মচা উরোক" (ইং

(১৯৮৮)। "চেক্লা পাইখ্রবদা" হায়বা লাইবিক অসিদা ইং ১৯৮৪গী ভারতকী সাহিত্য একাদমীগী এৱার্ড অমসুং মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী সাহিত্যগী এৱার্ড পীখি। মণিপুরী ৱারীমচাগী অনৌবা যাওল্লদা শীংথাননবা অইবা অমনি। অনৌবা খুংইদা হৌজিক্কী মীওইবগী অমসুং সমাজ. মকুংওইনা লায়রবা অতোল অতাশিংগী পুন্সি মুংগী নিংয়েংদগী তোপ তোপ্প। মহাও অমগা লোয়নননা মহাক্কী ৱারীমচাশিংদা পুথোরকই। অচম্বা লোনদা, অদুগা থৌদোক খবগী পাম্বৈনা মীয়ুংশিগা লোয়নননা মীওইবগী লাইবক হুংফাও অমগা লোয়নননা, মনুংহুঞ্জিন্না উৎলি। ৱাহৈ খুরতনা, ইঙ্গিং খরতন মাগী চরিত্র তাকপা ঙম্মী। মুপাশিংগী চরিত্র য়েকপদা মহাক য়াম্না খুংলোই। ৱারী খুৎলিদা অয়াম্বনা মতৌ মান্দনা খাওতক্তগী হৌরগা লোইরোই লোইবোই সিঙ্গল ইফেক্ট পীননবা মরুওইবা থৌদোকশিং লীলাগী যুখল হাইদোকপগুম হাইদোব্রকই। পাবিবশিংদা মথংদা কবি মথংদা বরি হায়বা অমা পোকহন্দুনা মুংঙাইবা .পাকহনবা ঙম্মী অমসুং মীওইবশিংগী, সমাজগী অনৌবা মিংয়েংদগী থোবকপা শক্তম অমা পীবা ঙম্মী।

"ক্বাক্কী মচা ক্বাক উরোক্কী মচা উরোক' হায়বা ৱারীমচাসি মসিমকনা মিংথোন ওইবা মহাক্কী ৱারীমচা তরানিথোই য়াওবা লাইরিক্তগী লৌথোরকপনি। লাইরবা, তোল্ল তারবা লৌমীশিংনা পুন্সিগী অৱাবা করম্না থেংনবা, মখোয়বু ইনাকখুনবা খুংকন পাঙ্গনবশিংনা নৈখায়বা, মখোয়গী আশা করন্না মাঙখিবা, অসিনচিংবা শক্তম কয়া

তেল্লবা, অতুম্নদি ওইবগা শাফু য়াওৱা ৱাবীমচা অসিদা উৎলি। অইবনা মীনুংশিগা লোয়ননা হংলি—ৱাক্কী মচানা ৱাক নত্ত্রগা উবোক্কী মচানা উবোক অতুম ওইবগুম লৌমীশিং অমসুং মখোয়গী মচা-মগুশিংসু অতুম লৌমী ওইদুনা লৈরগদ্রা ? মখোয়দি পুন্সিগী চাওখৎপা থাক্তা কাদুনা পুন্সিগী মহৈ য়ানৰা ফংলরোইদ্রা ? ৱারী খুৎলিদা ফ্লাসবেক মরক মবক্তা শীজিন্নদুনা অইবনা পীনিংলিৰা ৱাখলগী শাফু অপাৰশিংদা ফাওহন্বা ঙম্মী। সঙ্গলৈবা ইনাকখুনবা মীওইশিংনা লৌফম অমগী খৎনবদা চয়া হিংজবা লৌউবা অমগী থৱায মাঙখ্রবদা মহাক্কী মুপী অমসুং পীক্লিবা মচা অনীনা করম তৌনা পুন্সিগী অৱাৰবু লাম্থেংনবগে হায়বদু উত্তুনা হন্থনা লৈরবা মীওইবশিংগী মরায়বক্কী চাউববা ৱাহং ৱাবীমচা অসিদা হংলি।]

মাঙ্গোল উখোকতেন্দা ঙারিবা খুবাবমুক্তা পাকপা মিংশেন্দুদা য়েংলদুনা চন্দন থিল্লি ইবেনি কৈথেল কারমদাইশিদি হোৰে হোৰে হাথু-হাথু ঙাক্তনি।

—মিংশেন'সিদা শিনগে হায়ববু থিবোংদা কিৎ কিৎ নমশিন্দূনা তোক্লে।

মথন্তা মুরুম মুরুম শোল্লি। হোবে-হোবে মৱকসিদা মীয়াই ওইরপ তৌবী মুপী অমসু য়াওররে।

—ইবেম্মা! নঙগী থবীদু লুপা অমতৈ খাইরম্মু। নঙ তাদদু চমফুং চানিংই হায়য়ে।

—লুপা অমৈ থবী করম হায়না ঙমদোইনো খঙদ্রেদা।

—ইবেমশা নখোয়গু হাকমল্লেদা লুপা অমৈবু খায়দ্রবদি।

—ঐখোয়না তেম্না য়োম্নিংলিনি। চিংদ তৌরিনি ইচে।

—হোয়নে, হোয়নে মতমগীনি নঙনা থোকপা পীরম্মু।

—ইচে ওইবগী খায়রবনি।

—য়াম্না শিংলকউসে।

নুপীদু চংখ্রে। ক্বা লৈবা চংলুবা মচা নুপীদু হাথু-হাথু চেল্লকই।

—ইমা! ইমা! নঃানবাইগী পুপুদো লাকহৌই।

—কনাই পুপুনো?

—মশা য়াম্না চাউবা ইম্ফালদৈদো।

—হৌজিকপো অম্বুক থেংখ্রকান্দা।

ইবেনি খঙই। মহাজন শেলুং শোয়দনা ওইরমগনি। অম্বুক কুইবা চহী অনী হেল্লবসি লাকউদ্রগা, করিগীনো ঙসি! ময়ম অমদি শোয়দনা লৈরমগনি।

নোংমতংদি লম্বীদা থেংনখি। হায়রম্মী,

—কেশতো ঐখোয়না শোয়দনা ঙমলগনি। মীহাৎপদো মফম লৌথোক্লে। কেশ হেক লোইবগা ইশু নুপাদুগী মমিংদা লৌফম অসি পাল্লদৌনি।

ইবেনি, মতুদা থোইনা হরাওবা তোদে। মপুকনীংদা খল্লি-করিবু কান্নরুদগে! জেন্দবু পীরবস্নু. থবকপু লৈথোক্লবস্নু। অমুক হল্লক্কদবস্নু নত্তা।

অহল অতুনা মথা তারকই,—ইবেম্মা ৱারবস্নু ৱানা মতম খরদংদি খাওলো। ইপা, নোংমা চৎথোরক্কে। শে, লুপা চাম্মসিদং ইশুশিংগী মফি মরোল লৈবিয়ু।

অহলতুনা লুপা চাম্মাখক পী। ইবেনি লৌরক্কে। হায়রম্মী,—দরকার লৈরকান্দা হায়জবক্কে।

হাযরম্বগী ৱানি নোংমতস্নু চৎলুদে ইবেনি। ঙৈহাক খঞ্জান্ন-রুরগা মচা নুপীদা থৌদারকই,

—ইবেম্মা! চিনি মথায় অমতংগা লৈরু।

ইবেনি তপথরে। নোংমা ফাদোক লাকপনি, খঙনা খঙনা করম্না উন্নদনা চৎকনি। থবী থুম্মোক অতু মাঙ্গোল কাচিন্দা থাং-জিল্লে। ফদি অমা পায়রতুনা থুম্মোক মনাক্তা ফমথৈ। অমমমতা ওইনা থবীশিংতু লৌখৎলতুনা তৈথোকই। মমিৎনা কোম্থোংদা য়েংই।

—খজিক্তং থুনা লাক্লুদি ফনিদা।

কাউগে খন্না কাউরুরবনি মাঙগী ৱা, মাঙগী পৌদোক। অতুবু ঙসিদি মমিৎতা ঙন্না চোংথোকলক্লে। হংতুনতা লাক্লবা ৱাহং অতু ঙসিন্নু হংলি—ঐনা কনাদা করি লানখিতুনা অসুক তমখিবা চৈরাক অসি ফংলিবা!

(১)

মচানুপী অহল অসি পোক্লবা মতুং কাইনথং ফাওবা মাগী মুপাতু থবক অমত্তা পায়য়ু য়াখিদে। ফনা নৌতুনা, হায়জতুনা য়েংই।

--করিনো, থবক অমতদি পায়নবা তৌশি।

য়াইমা খুমদে।

—লৌপরি অমতং ওইরবস্মু পায়রবদি, মী হায়র য়াম্বা নত্তে। চাবা ফাওদি লেম পানা কোম্নগনি।

—লাঙ্গোলতুতং পায়রোই হায়বগী অস্তুক কুইবসি চরা নাম্মতা চারফাও খাঙলক্লিবনি।

খুঙ্গংদা পোকপা. খুঙ্গংদা লৈবা লৌমী মচা অমনা করিগী লাঙ্গোল পায়রোই হায়না লেপলিবা? মসিগীস্মু ব্রারী লৈ।

লৌমী ওইজরবস্মু, খুঙ্গংদা পোকচরবস্মু য়াইমগী মপাতু মমিংত্তা লাইরিক ময়েক খরা উজহৌই। মহাকথক লৈত-লায়রগী মৈশানা মনীং থুংনা মহৈ তম্বা ফংলকখিদে। অতুনা মচা নুপাসিমত্তংদি চরা নাম্মতা চারবস্মু লাইরিক লাইশু হৈবা মীওই অমা ওইহনগে হায়বসি মাগী মঙনি।

চহী তরামুক শুবা অতুব্রাইদা য়াইমবু ইম্ফালদা থমতুনা লাইরিক তমহল্লম্মী ।

—মেট্রিক হেক লোইদ্রিফাও য়ুমদা হল্লক্কে খনগনু।

মপানা চেংনা শিন্নে য়াইমদা। অস্তুক চেংপা ব্রা অমা মপানা মঙোন্দা করিগী শিন্নরিবা! মপানা হিংলিঙৈদা থঙহৌদ্রে। শিগ্রবা মতুংদা খঙলকই।

য়াইমা মপাগী মতৌ অসি উৰদা মাগী মরুপ-মপাংশিংনা, শেল পুগে হায়রুৰদা মহাজনশিংনা তত্তনা হায়রকই, চৱা অনী-শুনা চাবা ফংদবা নঙনা কৈ কান্নদোইনো, নচা লাইরিক তমহল্লুদনা। মেত্রিক লান ঙমদৌরিব্রো ? কাক্কী মচা কাক, উরোক্কী মচা উরোক, লৌমীগী মচা লৌমী। শিদৌ থৱায়নি অদুই শরুকপুদি লৌরা ইঙ্খোল্লা অমা পানবিয়ু।

খুমদি খুমলমদে। মপূকনীং কিশি কিদুনা লাকখি—নখোয় পূন্নমক্কী মমাংদা অমুক্তংদি হায়দুনা। অদুবু মঙতা মঙ ওইদুনা তোকখ্রে। চাওরবা মাইথিবগী চৈনাখোল পুদুনা য়াইমগী মপাদু লৈখিদ্রে। চৈনাখোল অদু য়াইমদসু ফাওহৌই। অদুনা লেপখি, চবা লখা হেল্লবসু ইপানা পামলমদবা শিনশিদদি শোকখ্ররোই।

অদুবু হিংবগী ফিৰমদি নোংমা, নোংমগী ফৎৗল্লক্কে। মপা হেক লৈখিদবদগী লাইরিক মখা তমথবা ঙমদ্রে। মপাগী মঙ অদু মঙফাওনহনবা ঙমদ্রে চহী তরাহুমদোই তরামরিতা ঙাইরিবা লৌমী মচা অমনা মতম অসিদা করি তৌবা ঙমলুগনি। ময়ুমদা হল্লক্লে। চহী থরগী মতুংদা ময়ুম পাল্লে। মচা নুপী অমসু পোক্লে। ফিভম অসি নোংম নোংমগী লুশিলক্লি। য়ুম পুবগী লুমলবা পোৎলুমনা মকোক থক্তা ননখরক্লে। য়াইমগী নুপী ইবেনি মপু-রোইবগী পুকচেল খঙবা খাঙবা কনবী মৈতৈ নুপীনি। খাঙবা য়াবা খাঙদুনা মপূরোইবৰু পেন্নবা হোৎনজৈ।

অদুবু, ইবেনি মীনি। নোংম ফাদোক শাউনিংবা নুমিৎতদি ৱাহৈগী লাল হৌরকই। ৱাকৎলকই ৱাকৎফম থোকপা নুপীগী

য়াকৎ।

—নুপা নত্রো থাকউদনা।

য়া য়াম্না ভাওদে য়াইসা। তেনশিল্লকই—ঐগীদা লৈবা ঋুংঙাইত্রগা, নঙনা পাম্বা তৌথো।

ইবেনি, মথাদি তাখিদে। দাবী পীবা ভসত্রবা নুপাগী ঋুংশুক ঋুংজানবা মতৌচ্চুনা হেন্নচুম নীঙঙমলক্তে।

করি নুংগী হায়রুরবা!

ঙসিন্নু অশুম্বক তাবগুম তৌরি ভাঙথোক্তনা ঙাংলকপা মাগী নুপাগী মচু চেল্লবা রাহৈ-ঐঙোন্দা লৈদনা নঙ য়াম্না য়ারমাল্লে।

কনানা হায়রিবা অসুক নুংঙাইরিসিদি।

পুমঈঙ ঈঙখি, পুমপেন পেন্নখি রাহৈ অমমমতনা থম্মোয় অনী অদো!

+

- মথায় অমগী চিনিনি হায়য়ে, অমুক থাকক্কাও কোল্লরোই। চিনি লৈবা চৎলুবা মচানুপীচু অমুক হল্লক্লে।

—ইবেম্মা! ঈশিংতু থম্না শাহন্দুনা থম্মু।

মচা নুপা স্কুল কারুবচুসু হল্লক্লে।

—ইমা! ঈশিং থক্কে।

শুমাং মতোন্দগী লাউরকই।

—চাক চাবদা থক্কদবনি। চাক পীয়ু হায়য়ু নচেদা।

ইবেনিগী আশা হায়ববু মচা অনী অসিত্তনি। মপা হেক

লৈখিদবদগী মচা অনী থাকপা, শেন্নগী ভার পুন্বা মকোকথক্তা তারে। মচান্নপীগী দমক্তদি খোইনা খল্লুদ্রে। মচান্নুপা অসিমতংদি মপানা নীংজরহন্তু থ্রংহনগে হায়রসি ইবেনিগী অচেৎপা অনীংবনি।

(২)

মচান্নুপা অসিগী হাকতক্তনি, মাগী মুপানা পুকচেল শুনিখিবন্তু।

—থবক অমা থিদ য়াদ্রে।

ইবেনি পুমঙক ঙকখি। মহাক্না কয়ারক হায়জ থেমজন্নুনস্তু ওলহনবা ঙমখিদ্রবা পুকচেল অন্তু মচান্নুপা অসিনা কয়াদা লায়না ওলহল্লক্লিবা!

— অঙাংসিমতংদি শেমদা য়াদে।

ইবেনি করিমতা শুমখিদে। মপুক্লীংদদি হরাওবগী ঈথক কারকই।

নুমিৎ নীনি হুম্নি মুক্কী মতুংদা অমুক হায়রকই।
—হয়েংদি চাক ওন্তা থোংউ।

— কৈগীনো?

—খুরাইবুংঙো শেলুংগী ঐখোয় বাজীনা উরম্বা লৌফম অন্তু ঐনা উবা তারে। পরি অমনি। চে চাং পুম্নমক ইনরমলে। লুপা চাম্মাস্তু ফো ওইনা তমগে হায়হুনা লৌরক্লে।
— লৌফমন্তুদি শগোলশেমগী বোকুলনা উরি হায়দায়নে?
- লৌশান পীদে হায়হুনা শংতোক্লে।

—কৈকাননোদা ! মরা-মখোঙ শেংদবা ৎবক তৌগুমসি ।

—নঙ খঙপেৎতে । মশানা য়াদ্রুনা চে চাং পুম্নমক ইনরবনি ।

—হৌজিক কানসিদা ঐদি কিজখ্রে ।

—করিদি তৌনি ? ইচা করম শেমনি ! কদায়দৈ চানি । মখা করি তারুনি ইবেনি ?

কুম অনী ওনখ্রে, য়াইমনা লাঙ্গোল পায়রকপা । লেম পাবমক নংত্রবস্ত চরা অনী ফাওবদি পুক ৎন্না চাবা ফংজরে । লৌ মতমদা লৌবুক কুমগনি । অতে মতমদনা মচা নুপা স্কুল থিনদোক-থিনজিন তৌগনি । মচা লাইরিক তাকপীগনি । শান্নমিন্নগনি ।

চহী অনীগী মতুংদনি । নোংমা মহাজন্দু লাকখি ।

—ইবুঙো য়াইমা ! লৌদু কমদৌরি ।?

—খুরাইবুঙো ! ঙসি তরানিম্নুক লৈবগদি খাওবা ময়ারনি ।

—মদুদগী নুমিৎ নীনি হুন্নিকা ঙনখৎপা য়াররোইদ্রা ?

—করিগীনো ? খুরাইঙো !

—শুম তৌবনি । লৌফম অসি নঙ বাজী লৈরিঙৈ চহী তরা মুক্কী মমাংদা কৈশাম দারোগা অমরদগী লৈহৌবনি । অম্নুক কুইবসি হায়রকত্রগা থনাগী ফম মচা অমা পায়জৈ হায়বরা করিনো মচা নুপাদুনা মপাগী লৌনি মা অমুক হন্দোকচরগে হায় । ঐস্নু য়াই । মপা মপুগী লননি লৌজশন্ন । তৌবতদি চহী তরাগী মমাঙদা লুপা লিশিং তরেতজ্ঞা লৈবনি । চহী তরাগী শেন্দোই

শেলেপ পুন্না থিযু নত্রগা লম শমদা লিশিং তরামগা থিযু হায়রবনি। মানা হায়ববু তরেততা য়োনহিবনি, অমা শেন্দোই হাপকে য়াদ্রগা মুন্দূনা লৌগনি হায় হায়রে।

—মানা হায়রগা হেক্তা য়াবা নত্তেদা।

—নঙবু থেম্বা শোইদনা লাকখিনি। ধমকা কাম্ব তৌররনি। চেকশিল্লু হায়গে লাকপনি।

—মতুগীদি করিস্তু ম্নুংশা থিবীরুন্নু ' মথক্কী তৌবা য়াবতুতা তৌবিরকউ।

মুমিং তবেত নিপালনি লৈরগা পাউ তারে। লৌফম অসি কেশতা লৈরে।

নোংমা মহাজন্দু হোবে হোবে লাক্তুনা হায়বৈ—মমুন ফাবা ফাদবা ওসি নীনি হুমনিসিদা ফৌ অসি খাওদবা য়াদ্রে।

মৈরিকপীদগী মৈচাওবী। নাকল অনীমক হন্নদ্রে। ইনাক খুনবা সঙ্গ লৈবা, শুকন পাঙ্গনবা ওাক্তনি। কবি তৌগনি য়াইমা! লামবা ফংদে। তূম্বা য়াদে ফৌনা মহাক্কী থরাইনি মহাক্কী আশানি। ইবেনিস্তু অতুমওাই। মুপাগী ৱাবদা বাবা মুংঙাইবদা মুংঙাইবা মুপীগী হৌনশানি। মহাক খওই মাগী মুপাগী মরিংজেন। অতুনা ৱাই, ম্নুংশা থিজৈ। থেমজিনজৈ।

—মখোয় শেঞ্জাও পায়বা, সঙ্গ লৈবা ঙাক্তনি, খংনগে হায়বমথৈ খংনজশন্নু। শাউবিরুন্নু।

—মতু হেক য়াবা নত্তে। চহী অনী মহাজনগী চেঙ চাত্নুনা

হিংলক্নে। খুদোংথিরবা কান্দা চেনগদ্রা ?

— শামু অনী য়াথিন্নবদা হঙোইনা কৈদোংদাইনো ? কান্নদেশে।

—ভুম্মিন লৈয়ু, নঙ খঙপোং নত্তে।

লাউহংলি। য়াইমস্নু খঙখিদবা নত্তে, মাগী মুপীগী রাহুদা অচুম্বা য়াওরি।

রাথোক অসি নোংম নোংমগী কনশিলক্নে। কেশ লোইদ্রিমথৈ নাকল অনীমক্কা লবুক্তা কুম্বা য়ারোই হায়না হুকুম থোক্নে। নুংতিগী সিফাই লাকুনা শঙলবে। তিনফা-কাকফৈ, নোংজু-মুংশা মরক্তা তুম্বা মচেং, চাবা মচেংতা উজখিবা লৌ, মতুনা মমুন ফাহুনা মচুলাংশিলক্লবা মতমদা লৌফম চংবা য়ারোই হায়বসি তাবদা য়াইমা লৈফম-চাফম খঙদ্রে। মুমিং মরি মঙানি লৈরগদি মমুন ফারবা ফৌশিং অদো চরোংদগী কেনখ্রগনি।

মাগী মুপীনা, পাউ অমস্নু পুবকই,—হয়েং সিফাই শঙহুনা লৌ খাওগনি হায়হুনা শগোলশেম বোকুলনা মী খোমলি।

- বোকুলনা ? মাদি করিগী ?

— ঐদি নহানৈঙনা হায়জবহুনি। মানা উরম্বা লৌফমনি, কৈগু মুংঙাইবা হৌনদে।

—ঐনা মুন্দুনা লৌবা নত্তেনা।

—খঙদে খঙদে, য়াওদ খিং য়াওবীরুরম্ন হায়রিসিনি। থোকঅবা অমা মরাই লাকচরনি।

অমরে'মদনা মহাভননা হায়.- ইবুংঙো য়াইমা মীশিং অসি য়াম্না ফৎত্রে। ইপাদি ফনা হনবনি। য়াদ্রবনিনা থেংনবা ভাবে। হয়েং অসিমক লবুক কুমদবা য়াদে । খাওবা, লোকপা চেন্নমক হযেং লোইনবা হোৎনগদবনি। ঙপাম্না পৈশা শীনি হায়দু, খুলং থিক। বোকুল হায়বা থবোই অহামবা অচুনম্ব শাক্তিনি কা হায়দুনা চোংথোরকপা শাই। যেংউ! মাগী হুকুম হায়বদু ককলবনি। মাগুম্বনম্ব সিফাই শঙদুনা লৌ খাওগনি কা হায়রদনা। কনানা খাওগে নেংশি। ইপা সৈ করিমতা কিগন্নু।

যাইমা করিনা তৌগদবা! মঙগা চপ মান্নখ্রে। খুলং নেকলুবস্ম কেশ লৈবা লৌফমনি হায়দুনা অমতা য়াবিবকাত্রে য়াইমা মীনা ভাঙনবা তাই,—কেশ মীনা ঙমখ্রে।

কনাগুম্বনা মঙোন্দা হায়বকই,—তা বোকুলনা হায়রিবদি কেশ মখোন্দনা ঙমলে হায়না?

য়াইমা তপগফম খঙদে। অশাউবা অমস্থং লাকচখিবগী মৈশানা মশা শিননা ৱাহরকই। খনবা মখোখা খল্লুবগা চপ হুংনা লৈপলে—অহিংসিমক্তদা লৌ অসি খাওগনি।

কনামতনা থেম্বা তাদে। থাঙ্গাল ঙমা পুদুনা লবুক কুমখ্রে। ইবেনি, করিনো তৌগদবা। মচা পিশক অনীদুগা করিদি তৌগনি। অহীং চুপ্পদুমা নোংঙানবা ভাইদুনা লেনখি।

নোংহেক ভানবগা মচা মুপাহু পোশিল্লগা লবুক অম্না থোকলক্লে। মংমদগী লংক ফাওবদু কিলোমিটর অমমুক্তি ওইগনি।

চেনবোই-চোংবোই লাকপনা য়ৌখিবা খণ্ডহৌদে। লাপতকনা উই, মীয়াম অমা লবুক্তা লৈবদু। কোকচাওবী কাখি। অস্তুক ওম্না কদোনদগী মীয়াম্নো!

মীয়াম কায়ত্নুনা চেন্নরকই। ইবেনিদি নকশিল্লগা উরকই মীওই অনীথক করিনো অমা ঘুন্নরিবদু। হেন্ন হেন্না চংশিল্লি। খণ্ডলে অমদি মাগী নুপানি। মহাকনা লাপ্তকনা কন্থি থোকনা লাওখি,

—করিনো. তৌরিবত্নুবো?

মীয়াম মরক খাইত্নুনা চেনশিনখি। লৈকাইগী মী খরনা ফাই,

—কান্নররোই ইবেম্ম! নও চওলুরনু।

কনানম্মু খামদে। ঙৈহাঙ্কী মতুংদা অহৌবা মখোল অমা তারকই। মীয়ান কায়ত্নুনা চেনখ্রে। ইবেনিদি চেংদে। চপ লেপ্তুনা লৈরে।

নুপা অদু চেনখ্রে। মাগী নুপাত্ত তপ্না তপ্না তুখখি।

অত্নুক তমখিবা মিকুপ অত্নুবুনি ইবেনিনা করম্নদি কাউ-রুগনি! ওসি মকম্মু মমিৎতা শংশং উরি, গুলিগী চৈনা ফংলবা মাগী নুপানা ওন-থোইখিবদো, মরোন মরি থোক্কমথৈ লাউ খোং-খিবদো।

+

—ইমা। ঈশিং য়াম্না শোরে।

মচানুপীনা ইমুণ্ডদগী লাউরকই। ইবেনি মপি তৈথোকই। ঙ্কপই খওদনা কপখিমাল্লে।

—ইবেম্মা ! নঙ অমুক্তা য়েংলুচো। চৎখ্রবরা ?

মচানুপীদু চেম্থোকখি। থবীশিং অদু তৈথোকপা লোইরদুনা ফি অমনা খুমজিল্লে। মতম য়েংই। নুমিৎ জুরি কুমখ্রে।

মচানুপীদু অমুক চেল্লকই।

– ইমা ! শগোলশেম খুরা বোকুলগীদা ফমদুনা লৈহৌই।

ইবেনি মখা তারকখিদে। মমিৎ তন্দন পাইবগুম তৌই। মথুৎতগী ফদি ভাখি।

—তু ইমা ! আদা থোক্লক্লে।

মহাজন শেলুং, বোকুল অদুগা মাগী নুপাবু নোংমৈনা কাপখিবা নুপা অদু। মরী মরী থোক্লকই করি করিনো ভাংলদুনা মরী মরী চৎখি মখোয়গী কোম্থোং লাননা। হন্নাফাও য়েংলমদে, মহাজন শেলু', বোকুলদংদি ফলপ ফলপ য়েংলম্মী।

—ইমা ! হোরেন ঐগী লৈখা বোই অমা লৈরকউ।

মচানুপাদুনা ইমুগুদগী চেম্থোক্লুনা হায়রকই ইবেনি মিকপ খংথোক থোক্লকই। মিৎ পাওনা পাওনা মঙ মঙলুরে। মচানুপী-দুদি মমাগী মতৌদু হাইকেৎ ভাব তাবগুম তৌই। ইবেনি রা অমতা ভাংদে। মফি তনহোং হোংই। মাঙ্গোল কাচিন্দগী থবী থুম্মোক্তু মকোক্তা থোঙ্গৎলদুনা পরপ পরপ থোকখি।

শুমাং মতোন্দগী লাউরম্মী,

—অভাংদু পুখ্রিদকা কুমহনগনুকো।

# শাহিং চাবা অমগী রারী

[লাইতোঞ্জম প্রেমচান্দঃ ইং ১৯৫৮ দা খোইশ্নাম লৈকাই, উরিপোক, ইম্ফালদা পোকই। মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়দগী বিঃ এঃ পাস তৌই। ছাত্র ওইরিঙৈদগী ইবা খোৎপা অমসুং সাহিত্যগী লমদা থৱায় য়াওরকই; মরুওইনা রারীমচা ইবদা য়াম্না খোয়জঙ-লকই। সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী সংস্থান কয়াগা মরী লৈন-রকই। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী জেনেরেল সেক্রেটরি, কলচরেল ফোরম, মণিপুরগী ইকজেক্যুটিভ মেম্বর অমসুং মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী মেম্বর ওইরকই। মহাক মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা মতমগী রারীমচা ইবা অমনি। হৌজিক্কী সমাজ অমসুং মীওইবগী ফিভমবু মশক য়াম্না খঙবা অমসুং মখোয়গী শাফুগী অকনবা সুংফাও হুকথেংননা ফাওরবা অইবনি। মহাক্কী রারিমচা অয়াম্বদা মীচমশিংগী মরাইবক্কীদমক মীসুংশি অমসুং অৱাবগী স্বর অমা থেং-নগনি। হৌজিক হৌজিক্কী সমাজদা থোক্লিবা থেংনরিবা থৌদোক্কী য়ুমফমদা শাগৎপা রারীমচাশিংনি। হৌজিক ফাওবদা রারীমচাগী লাইরিক অনী ফোঙথ্রেঃ "শাহিং চাবা অমগী রারী" (ইং ১৯৮২) অমসুং 'নাত্তোনচাবীগী বসন্ত" (ইং ১৯৮৮)। ইনাকখুনবনা পণ্ডখুম্দা খুনগৎলকপা লাইরবনা হেন্না হেন্না লাইররকপা, অচৌবা ইনাকখুনবশিংগী লেমজনিঙাই লৈত্তবা লমচৎ, মরাল লৈজদবশিংবু

পুলিস অমস্তুং খুৎলাইপায়বশিংনা ওৎপা নৈবা, অসিনচিংবা উৎপা সমাজগী শক্তম মহাক্কী "নাত্তোনচাবীগী বসন্ত" হায়বা ব্রারীমচাগী লাইরিক্কী ব্রাহৌদোক "সারে জহাঁসে আচছা" দা থেংনগনি। মহাক্কী লোল চম্মী; খুৎই, মফোঙদোক অমস্তুং ক্রাফটসমেন্সিপ মতমগা য়াম্না চূনৈ।

মহাকী ব্রাবীমচা "শাহিং চাবা অমগী ব্রারী" হায়বসি মসিনা মিংথোল ওইবা লাইরিক্তগী লৌথোরকপনি। ফুঙ্গা ব্রারীগী য়ুম-ফমদা ইবনি। লুখ্রাবী মচা চন্দ্রকংনান অমনা মহাক্কী অহল ওইরবা মমা, মুপী অমস্তুং পীক্লিবা অঙাং থাক্লনবা হোৎনবগী মহুত্তা লাইরচুদৎনরবা মহাক্না জুব্রার শান্নে। জুব্রারত্তনা মহাক্কী কারবারনি। অদুবু লাইরবগী অকনবা চৈথেংনা ফ্ বদা লাইরবা কোক্লবা উপাই অমত্তং থিরকই। মীনা কৈ ওনবগী মহৈ তমদুনা মশামক কৈ ওন্দুনা শাহিংচাবা অমা ওইনা উমং ব্রামং, চীংলক্তা লন ফংননবা মতম খরা লৈরুরগা মনিমুক্তা তাল্লিবা মী হাত্তোকুনা মণিমুক্তা ময়ুমদা পুরক-পদদি মহাক্না অহোংবা ওয়া থেংনখি। মশাগী থব্রায় হাপলম্বা চন্দোনউপু থমলম্বা মমাঙশংগোই লৈরমদ্রে। ময়ুম মনুংদা লোন্না চঙবদা থেংনরুই - মহাক্কী মুপীগা অতোপ্পা নিপাগা থাগোম্বনা তুম-দুনা লৈবা, মচানিপাস্থ তুমলম্মী; মমাদি উদে। ফিভম অদু খঙ-লব্রুবদা মহাক্কী মিংলুদগী পি শিন্থখি। মহাক্না মচীম্না চীক্লুনা পুরক্লিবা মণিমুক্তাগী খাউ অদু মচাগী কাম্বদা থম্বীরম্নগা মশামক মী ওনম্হোক-লুবা তৌদনা শাহিংচাবা কৈ ওইনা অমুক উমং তম্না চৎখি।

য়ারীমচা অসিদা তোল্ল-তারবা লাইরবশিংগী দশা, মথোয়গী কায়র-ঘা আশা উৎপদা নত্তনা মীনা মশাগী মরায়বক মশাগী চরিত্রনস্থু শৈমজে হায়বছু তাকই। হৌজিক্কী মতমগী তোল্লবা মীওইশিংগী লৈত্তাদ্রবা পুন্সিগী শক্তম অমা বারীমচা অসিদা উই।]

মাগী শাথীবা কিভম অমুক অমুক ওইহল্লিবসি মন্নাইবক্তা থাজবা য়াম্না থম্বত্নুননি!

—কয়ানো চৎপিরক্লিবসিবু?

—লুপা মঙাতনি।

ঐস্থু চৎচরে।

অত্থুগুম্বা চৎথোক-চৎশিনগী অরোইঘছু মঙোন্দা লোইনা চঙশিল্লকপগী দাউছনি মানা কন্না য়েংলিবসি। পুং কুম্মরি জুরার-তনি মানা তৌরিবা কায়বার। ফনা হৈনবু মযুম পুই। তনস্থু তনব-জাৎনি অতৈ গবক য়েংলুগদবস্থু। লুখ্রাবী মচা চন্দ্রকংনাননি। রবীন্দ্রনাথকী রাখলছুদি য়াওরক্কে। স্কুলবু জেলগুম্নদি রবীন্দ্র-নাথকুম উরকই। লাইরিক হৈফাত্তবনা ফংলিবা শিনকম মতাং-শিংছুস্থু পামদে। সমাজস্থু শাওই। করিগুম্বদস্থু হায়দোরকই শান্নবমথৈ শান্নরুরগা,

সমাজবু শিংনরিবনি।

—ইন্নাইবকসি ফৎলক্রে।

হান্নগী থাজবীছনা থাজরকই। মাঙবদা মহাকী শক্লক

থুংলকই। তোংবদি সুকয়াউবু য়াওহক্রে। নোংমৈদি মহাক্কী মমা অশোনবীহু শোয়দনা শিথিবস্ত য়ারে ইংথমথা অহুম-মরীদগীদি উচিব-নাচিন্না শৎনক্লবনি। মপাগী অহুক মুংশিবা লীচৈ অকোনবীহু ক্বাওবা য়োম্থোক্রে :

— হিংবা নরক তারবনি।

মমা অশোনবীহুনা থবাক য়ৈবহুনা হায়। মাগী মুপীহু উপাই লৈতে।

—ৱরাইবক্কীনি।

শাওনহুম হায়বিরমই। খুম্বা ঙমজদে। থাদক্কী মচা অক'ক্বা খোম্লাং মবোক্তগী চুপ্লিবহু লৌদুনা পমহৌই। থৎনবদি তোয়রে, —ঐখোয়না হেন্না তান্নিংলিবনিনে। করিনো ঐনা শুরুগদৌরিবসিবু নঙহুম ইকায়ব্রা? অম্নুম লৈবা তাবনি।

মাগী মুপীহু হন্দক্তি খুম্নকই,

—তানফম য়াম্না লৈ। মীগী মচানা ঙম্লগা নঙদি করিগী ঙম্লোয়? অমবু ওইরবস্নু অঙাংসিনা চাওরকাও নঙবু অহুম হায়না লৈবা ঙমখিগদ্রা?

হন্দক মাগী মুপীনা হংলক্লিবা ৱাহংশিদি খুম্বা য়াম্না লুই। হন্দক্কী ৱাহৈ থরসিদি দাও য়েংনিংগনবা মকোক্তুদা মৈবগুম তৌই; তুংগী লম্বী অমা ঙাইহাক য়েংই।

মখোয়গী জুরার কাংবু মরক্তা অহল অমা য়াওই। মাইবা শাই, মন্ত্র-জন্ত্র য়াম্না খঙই। কবুই অমনা তম্বীরমহুনা মীনা কৈ

ওইগী মহৈসি অহলদু ফজনা খঙই। অনৌবা চাংয়েং অমা পাম্নকপা মতাংদুদা শাহিং চাবা অমগী শক্লোন লৌবদু মহাক শাথীনা পাম্লে। অহলদুদা কৈ ওনবগী মহৈদু তম্বীনবা গিরি গিরি তকপা হৌরে।

মহাক্কী য়াম্না পামজবা মতৌ অদুদা অহলদুস্থু থা অনীগী তুংদদি মীনা কৈ ওনবগী মহৈদু হেক তাকপীরে। মহাক হন্দক্তি দাও য়েংবগী কারবায়রদুদা পুক্লিং কয়া চঙশিন্রে। কৈ ওনবগী চাংয়েংদু হঞ্জিল হঞ্জিল তৌদুনা লৈরে।

মপুকনিংদা খঞ্জে,
—য়াম্না চাওবা মহৈ অমদি হৈরে।
শাহিং চাবগী শক্তম লৌবা ওম্নবদুদা হায়রকই,
মতাংসিদা তমগদবা মহৈদি মসিতনি।
মপুকনিংদা চেৎনা থাজে,
মী ওইরগনি।

মহাক কৈ ওনবা ফজমা ওম্রে। অমুক মী ওন্থোকনিংবা মতমদস্থু হেক্তমক ওন্থোকপা ঙম্রে। লোইনা তুম্নখ্রবা অহিংগী মতমদা চন্দোল উপু অমদা মাগী মথরায়দু ছাপচিল্লম্লগা কৈ ওন্দুনা হেক চৎলি। অমুক হঞ্জিল্লকুনা চন্দোন উপুদুদগী মাগী মথরায়দুগা শিন্দোকনদুনা মহাক অমুক ওল্লি। শাহিং চাবগী থরায় য়াওবা মহাক্কী চন্দোল উপুদু কনামতা ফংলোইদবা মথোয়গী অমনবা শক্লোইদুগী মীনা উদবা কাচিন অদগী অরাংবা মকম অমদা লোৎশিন্দুনা থমই।

—ঐ থবক অমা চংপা তারে।

চাক চানা চানা মাগী মুপীদা হায়।

—লাইবক য়েংবরা ?

য়েন্দেম ইরোনবতু হাপ্লতুনা মাগী মুপীমু হংলকই।

—থবক খুদিংমক লাইবক য়েংবা ঙাক্কনি। থা তরুকসিগী মতুংদা মঙং অমদি তারকদৌরি।

—করি থবকনো ?

মতুমা হংবা য়াদ্রে।

মাগী পিগুম য়াওনা মমিং লংখৎলকপীতু হেক তৌরক্রবদি মাগী মুপীতু মথা তাগন্দে।

—ইমাদদি হায়রবরা !

—চংলমদাইদা হায়রবসু য়াবপোংতুবু। থা তরুকথক্কংনি।

—খঙদ্রে, নঙনা ফগদবা য়েংলো। ফত্তবদদি অমুক হন্না তৌবিরগনু।

উপাই লৈতবগী থমথেংবা অরোইবা মতাং অতুদদি মাগী মুপীমু অয়াবা পীথোক্লে।

চংলমদাইদা তাক্লম্বা য়াবগী খোঙকমতুদি মুকলৈ লৈত্রে। শঙ্গোইগী কাচিন অতুদগী কনাসু উহলমদনা তুমিল্লা চংখিগদবনি শাহিং চাবগী শক্তমতু ওন্থোকলতুনা। মাগী মুপী তুমদ্রি। ফুঙ্গাগী মৈ ওমশিন্দুনা লৈরি। মাগী মুপী টরুবদনি মাগী পুন্সিবু ঙাইহাক্কংতুদা অমুক নৈনরুবতু। পুন্সিগী অর্থ অমা ইনৌ নৌনা খঙলকই। মখোল পিক্না তারি মাগী পিকলিবা মচাগী নাখোকপগী মখোলমু।

অহিংত্থু ইচিক চিক্রে। মহাকস্থ ব্রাথল চিকনা তৌরি। ছুংগুম কনখিবা থম্মোইত্থুনা পূকনিং মুংশিবগী পান্না অমদি ফজনা ফারে। পোদোলত্থুস্থু চিকনা চাক্লি মাগী অমুবা শোয়ত্থু চিক্লা কাম-থোক্লত্থুনা। লোইনা তুম্নখ্রে। অহিং মিংশেল থাংবদা হৈনয়বা মমিং অনিত্থুদগী ইথা থাজদবা পি মতুম অনীস্থু ওসিদি তারে। তুম্লিবা মমাবু চেংনা থুরুম্মী। মাগী মুপীগী শমক্রু খুংবা খজাইত্থুদা কাইনরমদাইত্থুদা অমুক্তুং মচীন্দুনা শোক্লম্মী। মাগী ওঝানা তম্বীবা নরসিং মন্ত্রত্থু তুম্লিবা মচাদা কাম্বিরম্মী।

শঙ্গোইগী কাচিন্দুদা চওখ্রে। চন্দোল উপুত্থু তপ্পা থাংদ-বে। মথুম হাংদোক্রে। অত্থুদগীদি শহিং চাবা কৈগী শক্তম অত্থু ওল্লে। অরাংবা মচুনা মশা পুম্বা শিন-থুংবা, অথৌবা খুজিন ময়া পাল্লবা, অরংবা অভাওবা মমিং অনা য়াওরবা, অশাংবা মকোয়ম্না লোইনবা তমথীরবা মুর্ত্তি অমা। চন্দোল উপুত্থু মাওগী থুবাং অনী-ত্থুনা খুমজিল্লগা অমুক থাঙ্গৎলম্রে। য়ুমদা অমুক্তুংদি য়েংলম্মী। অত্থুদগী শাহিং চাবত্থু মীওইবা মরক্তগী লাপথোরক্লে অশুকপা উমং অম্না।

খল্লম্মী, শাহিং চাবা শক্তি লৈবা অমগী শক্লোন লৌরবনি চীংগী চীংচেপ কয়াদা লোককী লোকচপ কয়াদা মওম শান্দবা কয়া-মাইওক্লবা তারকই। মাইওক্লরকই। তোয়োং তোরোং লাউবা ঈশিংগী মখোল, উচেক্লা তান্না তান্না খোংবা, শানা নক্লা-লাপ্পা খোংবা চীংমুংত্থুদা নিংশিংলকই য়ুমদা লৈহৌবা মাগী মুপী, মমা মচা।

মশক খণ্ডবা.লৈ কয়া শাৎলম্মী মশক খণ্ডবা চীংদা। মমিং খণ্ডবা উচেক কয়া পাইরম্মী মমিং খণ্ডবা চীংদা! মীওইবগী খোপ য়াওবা শহিং চাবত্থনা হিংলকই মহৌশাগী ফজবা মরক্তুদা হুমিৎ তাখিনি, থা থোরক্কনি, মাগী মমিৎ লংখৎলক্কনি, কোইচৎ অমুক চৎকনি। অরংবা অমতং উবদা মাগী মমিৎতু হেন্না লংখৎলক্কনি। থিরিবনি মফম কদাইদা লোৎত্নুনা লৈবা হীরা, মনি, মুক্তা। অত্থবু কদায়দবু লৈরিবনো মানা থিরিবত্থ? অমুক্তংবু উদ্রি।
—থা তরুক।

মাগী হুপীদা হুমিৎ তম্লম্বত্থ থা তরুক্নি। হেনলম্লগদ্রা, ৱাৎলমখিগদ্রা? কদায়দগী খণ্ডলুরগনি লৈ মরক্তুদা. উজাও মরক্তুদা, হুমিৎ মণ্ডাল চণ্ডবা লোকতুদা।

য়াম্নদি কুইরে। হাঃফেৎ অমদি ভাবনা শাজিল্লি। শামু কা'লুপ কাংলুপ লৈরম্বা মফম ফাওবা থেগুনরে। কদায়, মখোয়গী শামু ময়াত্থদ্রি। পুম্নমকশিংত্থগীদমক অথৌবা ময়া, অথৌবা খুজিল ইরায়লায়না ফংলবত্থ শিজিন্নফম হুক্লে লৈহন্দ্রে।

নোং ঙানফুং- ঙানফুং তৌবা মতমত্থদা অত্থক থাপখ্রবা মফমত্থদা মীগী খোঞ্জেল তাবদা শাহিং চাবত্থ ইঙক-ঙকই। অপাক অপাকপা ঈশং কাবা নুং ময়াম। অচৌবা মনা পুংবা চহী লীরবা উজাওশিং, নাকন্দা য়েংথবদা লোকথানা চিংথবা মরক্তুদা মীওইবগী শুরু—শুরু নৈবা খোঞ্জেল। চীংত্থ নোং তাখিবগী হুজিক ফাওবা নাল্লি। অনানবা চীংমাইত্থদা চোং-চোংত্থনা মীখোলত্থ থিরকই।

মশা লোংবা উপাল অমদা কাখংলগা কোইয়েং য়েংলকই অয়ংবা মমিংতু হেন্না লংখংহন্নহনা। মী খয়া বিয়চান্দগুম্বা খুং-লাই পাযহনা করিনো খরা তৌহনা কোংলগা বোরাদা হাঞ্জিল্লি। কোংলিবহু করিনো হায়হনা থোরবা মমিংতুন। চেকশিন্না য়েংলকই। অয়ংবশিং অহু উবদা ভাবনা শাজিন্নকই, হীরা, মণি নত্রগ মুক্তাদি শোয়ত্রে। মীশিং অহু খুংলাই য়াওব্রা মুন্না য়েংই। মী অমখক্লা নোংমৈ অমা পাইরিবহুগা তৌরি কোংলিবশিং অহুদগী হেন্না অতৈ খুংলাই য়াওদে।

হন্দক্কী অসিনা অরোইবা চাংয়েংনি। মপুকনিংদা চেৎনা নিংই। খুদোং চাগদবা মুংজাও মথক্তুদা পাকথ পাকথ কাখং-লাকই। মশক উহন্দনা চীংমুং নিনবমখৈ শাহিং চাবহুনা ঙংলকই। মীশিং অহু থবক লেপ্পখ্রে। মমিং কিরূপ কিরূপ কোইনা য়েংনৈ। নোংমৈ পাইবদু মরু অমথক মথক্তা কাপখৎলি। শাহিং চাবহু মুংথক্তুদগী নোংমৈ পাইবহু তম্না চোংথয়কই। নোংমৈ পায়বহুসু মরু অমহু মথরায় লাল্লমদাইদদি অমুকসু শাজিন্নথোক্লে। শাহিং চাবহু হন্দে। অথোব মরা পানবা মখয়াৎতু লাওনা কাথোক্লহনা নোংমৈ পাইবহুবু মুপকোন কোনশিল্লি। মশামকনা কয়ারক চাংয়েং তৌহনা লাক্লিবনি। পূম্না লাকমিন্নবা শক্তি কাংবুদগী অমখক্তং ময়াংলেন্দা খুজিন্না থুম্না লেংবদা মুংশিনরম্বা ময়ামহু কায়হনা চেন্নখি অমদা অমদা। কনানা কদায়দা চেনখিবা মী অতৈহু, জ্ঞান তাহৌদে ; নক্লা তাহনা লৈ অশিবা নিপাহু। শাহিং চাবহুগী ওইথংবা মথোঙসু নোংমৈনা পানখিবগী অরৎপা লৈতনা ঈ চেম্নখি।

মীশিং অদু ইনক নকনা চীংনুংদা কেম্প শাদুনা লৈমানে। মী খর লাকপগী মীনিল তারকই। অরংবা মতুম্। থল্লবা খাউ অমা মচীঙ্গা চিল্লদুনা থূনমক হন্দোরক্লে মফমদুদগী।

ছৌজিক্তি য়ুমদা থূনা য়ৌনিংবগী অপাম্বদুনি। অরাংবা উ, ঈশং কারবা মূং অদুক কুইনা মল্লপ শান্নরবপশিংদু মিকুপ্তুদগীদি য়েকনবগুম নীঙলে। অঙাংবা লৈপাকথক্তুদা ৱারিবমখৈ পম্থনিংদরে। য়ুমদগী খোয়কপা কয়াম কুয়রবনো হায়বদুসু খঙনিংবনা লাংতকনরকই।

মখোয়গী য়ুমগা খ্বাইদগী নকনবা চীংদু উচিন নাচিন্না য়ৌরে। নারক্তুদা ফমদুনা মুমিং তাবা ৱানা ঙাইদুনা লৈরে।

মুমিং অসিগী অহিংদগীদি মহাক শাহিং চাবগী মুর্ত্তি অসিগা খাইনরগনি। মাগী মুপীগা ৱারী শান্নরগনি। নোং ঙানবদগী মাগী মুপী নোক্লগনি। খঙদে, মাগী মচাদু করম ভৌরমগদবা? মাগী মম দুবু? মফম খঙদবা মুংনাংনবনা মাগী থম্মোইদু মথক মখা ওলহল্লকই।

— মথংদগীদি শাহিং চাবগী শক্তম অমুক লৌরুদ্রবসু য়ারে।

শাহিং চাবগী মুর্ত্তিদু থাদোক্ত্রিঙৈনা থল্লকই। অথাপ্পা ফজবা চীংদোন্দুগী মরুমদা ঙাংলৈনবা মুমিংদু তপ্পা তপ্পা ওম্থখ্রে। অসুম্না তারকই কনাগুম্বা খুঞ্জাগী তৌত্রিনা তান ইনবা থুলং ঈশৈগী শৈহেক। লাপ্না পুরকই পুগনবা মাঙংবনা পুখ্রী থম্বাকগী লৈনম।

থকতা থক থক কুপ্লি মদিং থরাম্না থাম্সু কাখৎ-কুমথ শান্নরি অমুবা লৈচিঙগী চীংশিংদুদা। শাহিং চাবদুনা খাগী মাই-খোঙদু থরায় য়াওনা য়েংলদুনা ঙাইরকই খেংলবা অহিংগী মতমদু।

মখোঙতু চিংবদদি থারবনি। ঈ হাইফেৎ তাখ্রে। হৌজিক-পুদি উনা অমা শুমজিল্লুবতুদগী মরক-মরক্তা থরদং তারকপতু নত্তুনা থোইদোকনা তাদ্রে। মচিন্দস্মু বোরাখাউটু চিক্লি। মরিঙজেল ফুদোক্লতুনা অশোকপা মখোঙতু ৱানা চিংলতুনা শাহিং চাবতু ময়ুম তম্লকই।

লৈনাইতু ইচিক চিক্লে। অহনবা য়ুম অমনিস্মু লৈবা উরে লৈচিল থাংবা থাবলতু ফাওনা লোইনমক্তি হোংদে। খরদি হোংলে। মখোয়গী কোম্বোংদা তপ্না তপ্না চঙশিল্লকই। হিংসাগী হৈনবীনা তারবা মকোক্তুদা হৈথরকই ব্রজ লীশিং লীশিং। মখোয়গী শঙ্গোইতুস্মু হোংবদা য়াওরম্লে। অমনবা শঙ্গোয়তুগী মহুত্তা মুশিবা থাবলগী মঙালদদি মুরৈননা উরবা মনা-মশিং থুরগী ফজনা শেম্লবা ফৈদোম। পুন্সিগী অনৌবা থোনা অমা পুদুনা লাকপদু খঙহৌদনা খুইথখি।

মথং উপাই য়েংলকই। মাঙ্গোল তম্না তপনা কাখৎলকই। মচীন্দগী বোরাখাউটু মাঙ্গোলতুদা থম্লদুনা অচিকপা অহৌবা মখোল কয়া হৈনরকলবা নাকোংতুনা থোঙতুদা তপনা তাশিন্দুনা ইমুংতুদগী থোরকপা মখোল তাননবা লাকনৈ। ইচিক হুল্লবা অহিংতুদা মখোয়-গী ইমুংতুস্মু কনামত্তা চেক মোক লাওদে। থোঙতুদা তপনা নম্মী পুনা পানবা কাউরঙনরা তপনা হাংদোরকই। কোইয়েং য়েংই চন্দোল উপুতু ইমুংগী মফম অমদগা থম্লা? লৈতে। অরংবা মমিংতু কোইওং ওংলবস্মু ইমুংগী মফম অমত্তদস্মু উবা ফংদে। ইঙক ঙকই আলমীরা অহনবা অমা ইমুংতুদা লৈরম্লে। মফম হোংলবা ফমুংগী লুখুমদা মাইথল অহনবা অমস্মু লৈরম্লে। চন্দোল উপুতু মাইথলগী

মকমদা লৈবগ্না য়েংনবা তপনা তপনা চঙশিল্লি। মী হাৎলুরবা শাহিং চাবহুগী মমিৎ অনীহু থংউই উইশিনহল্লি কমুং মহুংগী দৃশ্টহুনা। উবকই, মাগী নুপীহু মুপা অমগা থাগোন্নবা তুমহুনা লৈবা।

থঙয়েং যেংনিংলকই মচাগী ফিভম। আলমিরা মনীংগী কমুংহু তগ্না অমুক চঙশিল্লি। মশা নোইরিবরা, ময়াং কংশিল্লবরা, মহুদি থঙদে; গিপ্তি গিপ্লি মাগী চাউত্রিবা মচানুপাহু। নাঙ্গিংবনি তপনা মমাইহু। অর'বা অঙাংবা মমিৎ অনীহুদগী তপনা চেন্থ-রকই মিৎলুগী পি। অশোনবা মমাহুদি? ইহাং হাংই মমাগী কমুংহু। মচাগী নাকন্দুদম্থ হীপ্তে। চৌংদা লেল্লুবা শাহিং চাবহু-নদি কদায়দগী থঙলুরগনি মাগী মমানা কদায়রাইদা কনাগা হিপ্লিবা?

শাহিং চাবগী করি পাঙ্গল? উপাই লৈত্রবা মতমসিদা পুল্লিগী পারা পুম্বদি ফারে। মরক মরক তারকপা ঈনা মরীক মরীক ইমুং-হুদা চাইথোক্লিবহু নান্দি নাম্থোকলমনিংই অরোইবা মতমহুদা। মচৌরা চৌক্‌না পুবকল্লিবা থাউ অহু মাঙ্গোলদগী লৌশিল্লুহুনা মচাগী কাঅদা থনগ্নে। তপনা থোরকলে ইমুংহুদগী।। অমুক উমং তগ্না লাকলে অমুক শাহিং চাননবা।